


* সোরারেন অমসুং পৃথিবীগী থম্মোয় লমহৌরবা
মীৎলু পীরাংগী উপন্যাস। লালহৌবা
মৈতৈ পাখং অমগী অত্তেক অকায়বা
মরেপ থুমহৎলবা পুনসিগী মীংশিং
থুগমবা পাখোং চনখি ঃ
কনানো সোরারেনগী
মচা নুপী ....?*




বেঙমোম
বীঃ এমঃ মাইস্নাম

# সোরারেনগী মচা নুপী নত্রগা নুপী অমা লৈরম্মী

ব্রজমায়ুম [ বীঃ এম ( ব্রজমনী ) মাইস্নাম্বা ]

* ইখিবা চহি :— ১৯৭৩ ( অক্টোবর ২১ —নোভেম্বর ৪ )
* অহানবা থুৎলম :— দিসেম্বর ১৯৮০
* কোপী মশাং :— ১০০০

* ফোঙজবা :— উমা পব্লিকেসনগী মখাদা মাইস্নাম নিঙোল বালানা ফোঙবা।

* ফোঙবগী তেংবাংবাবা :— মণিপুর স্টেট কলা একাদমী '৭৯ ৮০গী পাব্লিকেসন গ্রান্ট

* মখুনগী দিজাইন পুথোকপা :— পেরিস মাইস্নাম্বা
* মখুম অমসুং মচুংগী লাই য়েকপা :— আর কেঃ সোরোজ, এলঃ ইবোপিশক অমসুং বীঃ বামোলজিৎ শর্মা।
* ব্লোক শাবা :— এনঃ মঙ্গী সিংহ এন্দ সন্স এলাংবম, লৈকাই

* মমল :— লুপা ৮, খোযদোকপা মখুন লুপা ১০,
* ফংফম থোকপা পুন্নমক :— উমা পব্লিকেসন, ঙুরাম লৈকাই, ইম্ফাল

* লাইরিক নমবা চে অসি মনিপুর সরকারগী মখাদা মনিপুর রাইটরস এন্দ পব্লিসরস এসোসিয়েসননা অতোঙবা মমলদা ফংহনবিশি।

* ফংফম :— ইম্ফালগী মরুওইবা লাইবিক য়োনফম অমসুং অইবগী ময়ুম

* নম্বম :— শ্রীগোপাল প্রেস, পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল



অহানবা খুখল

তময়াগী চীংয়ানা কপলী !

"She died, and left to me
This heath, calm and quiet scene;
The memory of what has been,
And never more will be."—wordsw



"ইবেম্মা ! সোয়ারেনগী মচা মুপী ।
মুংলবা নংগী খোঙ্গুলনী
উনা শঙলেনগী য়ারীনি
তময়াগী চীংয়ানা কপলী
নীংশিংবগী অতেক অকায়নী
মুপী অমা লৈরম্মী
অহিংনা নোংঙানবা ঙায়রী
মুংশিবগী খুদোল তমলী —
সোরারেনগী মচা মুপী !

ব্রজমায়



# ॥ ১ ॥

## মমী তাহৌরবা খোঙ্গুল

ঐগী পুনসিগী সোরারেন —ময়েক মুংথ্রবা চীংখোং পুয়াগী লৈহাউ অসিদা মাগী মমী অনদি তাত্থনা লৈহৌরী ..! হৌথ্রবা পুনসিগী লামায় —নীংশিংবগী চৈনাখোল ফংলবা মঁংলুনা, পীগী ইতিহাস অমা লীবা তারিবরা ..? কুনশিং কয়াগী মমাংদা নোংমা ঐনা শাগৎখিবা পুনসিগী পৃথিবী —কুমশিং কয়াগী মতুংদা পুমতোয় তোয়রবা লৈকংলাগী অচাকপা মৈরক্তা, পুনসিনা করিগী কপলীবা —? নায়থীবগী অরোয়বা পন্দুপ —মফম অসিদা লোয়শিনবদি পাঙ্মী। পোক্লফম লনদমগী লৈমায় অসিদা ঐগী মোংফম মচা অমতংদি লৈহৎঙনীংবতনা মরম ওইনা হল্লকপনি! মোংফমদা লেমহৌবা মীংচংকী মথাক শোয়না মীহৌরুবা নত্তে —লৈবাক মীয়ামগী রাফমনা যুমফম ওইরগা নোংলৈ মুংশিং মরক্তা কোয়ডাওনহুনা লাকখিবা ঐগী পুনসিগী বারী মতেক অমতং লীহৌবনা চুমলীবরা? ঐ ইশামকপু লম অসিগী মশক নায়বা নহা অমনি হায়দুনা উৎচনীংলুবগী রাফমদি নত্তে। ঐনবু লম অসিগী করি মশক নায়বা থবক তৌথ্রবা ...?

মাগী নীংশিং খুদমগী মমী তাহৌরবা চীংখোং চীংয়াদা অনুতাপকী ময়েক লারবা পন্দুপ অমা নোংমা হৌরবা য়াই হায়বা অসি মতম অমদা খনবা ঙমখিবরা? হৌখিবা পুনসিগী লামায় কয়াবু হনগৎনা য়েংলুরবদি অসুপ্না ওইরকপা য়াই হায়বা অসি করিবু খাজরুফম লৈরিবা? অনৌবা তাংকক অমা ওইনা হৌগৎলগা চীংখোং অসিমক্কী পুনসিনা মতৌ করম্না মীংলু পীরাংগী শৈরোই অসি ফংবা তারিবা ?

কায়নবগী শম্বল খারবা পুনসিগী হিদেন তাফম —ময়াইদা চিংখায়রবা খম্মোয় অনিগী লাপথোক্লরবা লম্বেল —মথরা ঐগী অনুতাপকী বারী? 'মুংশিবগী চাংদম্নহুনা চিংখিবা অঙৈগী লৈই অনি' অহুগী মরক্তা মায়থীবগী ইতিহাসনা পুনসি লাইমনগী চৈনা চৈথেং অমদি পাউদম্বা তারিবরা? নীংশিং খুদমনা মচু শংহৌরবা চীংয়া অসিবু থাদোক্লগা মহাক কদায়দা লৈথ্রবা ....? হিংলগনা মফম কদায়দা —শিরগনা মফম কদায়দা ....! মাবু অমুক উম্নবা ফংথিগদ্রা ....?

মতম কুইনা, লমদম তাম্না লুমদোকলুববা ঐগী পুনসিগী নোংলৈ মুংশিং, মুংশিরবা চীংথৈসবাক অসি থাদোকপা তাখি। মহুগী মরম হায়ববু ঐহাক লমহেনবা পাথং অননি হায়দুনা ইশক তাকপা তারিবরা? লাপথোক্লরবা চহি কয়ানা থরো থরো ওন্থখি—থম্মোয় অনিগী মরক্তা! মতম খরদি দুংওল্লুরে ঐগী থম্মোয়! থীবা ফংখিদবা কুইরে—মাঙথরবা মাযথোং কয়াগী মরক্তা মাঙখিবগুম তোরে। শিরম্বা য়ারে হায়দুনা খল্লুরবনি। মাস্তু মানা থোকপা হায়না খন্দোক্তুনা কবিম্ন থৌশারু-দবনি। অদুবু য়ামত্রবদা মনী অমদি নৈনবপ্পনিনা পাক হেক কাঙথোকপা ওম্বগী থোনাদি লৈত্রিবনি। অনৌবা থোংজং অমা হৌবা তারিবরা!"

"বী! অমুক উন্নখিসিকো! ঐবু ক উবীগনুকো!"

চহি কয়া মমাগী অবোযবা পাউমেন—চীংদোন অসিদা লেপ্তুনা ঐগী মায়কৈ যেংদুনা লাওহৌবা খোনজেল, চহি কয়াগী মতুংদা ওইবনলাব। চীংখোং চীংয়া অসিদা নৌহৌনা খোন্থাং যৈরবী—"বী! অমুক উন্নসিকো! মীংলু পীবাং অসি তৈথোকপীনখো!"

পুনসিগী অবোযবা পন্দুপ অসিদা অবোযবা ওইনা অমুক্তংদি উন্নবা পাম্মী—পীরাংনা থুমহৎহৌববা অদুগী মাযথোং! অদুবু ওসিগী মুনিং অসিমদি উন্নবগী খুদোংচাবা অদু ফংগনী হায়বগী থাজবা লৈতে। মা লু পীবাংগী মায়কৈ যেংদুনা লৈবা তারিবরা? মাযশীবগী অবোযবা পবেং যৌবম্ন ঐতনদি নংবু মুংশিরী—ওসিম্ন নংগী মাযকৈ য়েংদুনা তেংথাবা তারিবরা? ছৈবেং পামজথরবা ঐগী থম্মোযগী শৈশকপবু থাম্বা ওমদে। পবেং খবদং তাখিবা তারিবরা—?

"আই! ইবেম্মা!
সোবারেনগী মচা মুপী।
পীনা থুমলবা মীংসিনা
কোরৌগী অবোযবা মশেক্তা।
নংগী মায়কৈবু যেংদুনা
পুনসি লোযবা ওায়নী,
নংদি অমুক লাকলবোয়
লেপলববোয় নীংথায়রবা মুতি!"

মুংশিবগী বানী—কাযনবগী চৈনা চৈথেং অসিবু লৈরমদবা তারবদি মুংশিবগী মগুন অসি অহৎক হাক্লা থাংলমদবা য়াই! সোবারেনগী মচা মুপীবু ঐনা য়োনা মুংশিরম্মী—ইমাগা অবোযবা পাউমেননা থৌনা অমম্ন পীরম্মী—মহুগী মহৈরা ঐনা ফংলীবা কাযনবগী বানী' হাংলবা থম্মোয়গী লামায়নি—মুৎলবা পুনসিগী ময়েকনি, লোয়রবা অশাগী চৈথেনি। নীংথায়রবা পুনসিগী লেমহৌবা মমীগী চৈনানি।

ঐহাক নত্তে, কবি কালিদাসকী আউট পোষ্ট তারবা ফাদোক [যক্ষ]। রামগীরি চীংদোন্দগী অনৌবা লৈচিল হুতি নত্তে, ঐগী ছৈরেংগী পরেং! চীংদোন্দা পায়রিবা ভৌরুনবা লৈচিলদা নত্রগা ভাংলৈনবা নোংজাবীদা পাউ চেননিংবগী লাংতক্কবা অত ঐভোন্দা লৈতে। ঐহাক থাজদে—লৈচিলনা পাউ পুই নত্রগা তন্মী হায়বা অসি! মাগী লৈফম তাংদাংবা খংবস্মু নত্তে। মাবু খীবা মফংলক্কবা অসিনা মরম ওইদুনা থৌশাদবা অমম্মু য়াওরে! মাবু মমল লৈতবীনি হায়দুনা মীরাইক্কবদি নত্তে। অনকপদা, অরাপ্পদা মাগী মায়কৈ উরি—মহাক লৈরি হায়বদি খংঙি অদুবু খম্মোয় কয়াদগী থক্কোরকপা পেন্দবগী খোল্লাউ কয়ানা চীংখোং চীংয়াদা নীল্লুরগা হন্দোরক্লুনা খোম্নাং য়ৈররী! হেন্না মশক থীরবা মুর্তি অমা—মী থাইনবুদ ফজরবনি হায়নরবস্মু ঐতনদি উরি – অদুদৈগী মায়হিং খাংলবা মায়খোং অদুগী মরুমদা লোৎলম্বা পাখোংগী রারী, নীংশিংবা ফরবা থম্মোয় অসিগী লেমহৌবা তাঙ্গোয় অসিনা পুমতুম হেক তুন্না মাঙদ্রিমখৈদি করিগী কাউরুফম লৈ ......?

নোংমস্মু মহাক্না ইমাংদা লেপলখি – "য়েংঙু, ঐসে কয়াম্না ফজৈ ....?"

মমী অমা উরম্মী—মাগী মুর্তিগী মরুমদা। ঐনা মাবু মীৎকুপ্পুনা য়েংখি—"মায়হিং মচেৎ অমতং কারিবা অদুবু ফজৈ হায়সিরা?"

"মায়হিং?" কদায়দা পাকলীব'?" মহাক্না অসি হায়রগা মিংশেল য়েংগদবগী কোয়থী থীরম্মী।

"ঐনা উই, নংগী মায়খোং অদুনী ঐগী মিংশেল!"

"অসিমতং ফহন্নবা হিদাক অমতংদি নহাকস্মু থীবীরকপা য়াই—লৈবাক অসিদা লৈরিবা পাখং ময়াম অসিবু ওন্থোক্না ময়াক য়াওখিদ্রেহে!"

মন্নুং হুনজিনবা অর্থ অমা লৈরম্মী মাগী রাহৈ। মাগী পুনসিগী মরুমদা শকথুপ্পুনা লৈরিবা মুর্তি অদুনা ঐভোন্দা করিগুম্বা ঈথিল অমা পীবগুম তৌথিবরা?

"পাম্বে অমদি থীরিবনি, ঙসিমকপু হেক ফহনবদি য়াবা নত্তে। নংগী 'অনৌবী মুর্তি' অমা শেমনিংবদি কুইরবনি!" ঐনা অসি হায়রগা চিংনরপ তৌনা মথা থরম্মু শমথখি—"থাজগী কোকঙমত্রবা মায়হিং ওইখিবস্মু কনানা খংবা.... ?"

"ঐদি থাজদৌনা পোকপদগী লোয়নরকপা দাকফম নত্তে। নহাক্কবু মতম চানা হিদাক তৈবীরবদি কোকখিবা য়াই। নত্তে, ঐগী শক অসিবু ইফ-ফজদ্রবরা?" মাগী কোথজবা রাহংনী।

"মোংফম য়োরগা খংগনী!" ঐনা তেক্তন্না থুমখি।

"করম্বা অর্থনো?" মাগী নোকমীবা রাহংনী।

ঐনা শন্দোক্লুনা থুমখি—"নংগী ফজরবা শকফম অদু নোংমা মোংফমদা মাঙখিগদবনি; ঙসি ওইরিবা পুনসিগী মুর্তি অদুনা হয়েং করি ওইগনী হায়বা খংলবরা?"

মহাক্না হ্মরক অমুক হোৌরকখি —"মোংফমদবু মিংশেল লৈবা হৌনবরা ···?"

মোংফমদা লেমহোৌবা থোঙ্গুলগী মমী —পুন্নসি ইতিহাসকী মৈরা পরেংগী মৈঙাল, থোয়না মীহোৌরুবগী থোংথাং নত্তে, ঐগী কঙাওনরবা পুনসিগী খোংচৎ। হিংবগী মরেক মহাউ খাংদ্রবা পুনসি খুন্নাইগী খাঙেনফমদা ছৎ য়েংথোকলুই —উরবখি শোন্দম নাদমলবা মুতি অমগী মায়হিং কারবা মায়থোং। মহুনা ঐবু করেম্নখিবরা? নত্তে, কুমশিং কয়াগী মীরোন মরক্তা সোরারেনগী মচা শুপীনা ঐগী পুনসিগী ছাইজিন্দা করিগী কপখিবনো? মাবু মুংশিবগী লময়োৌরবা খম্মোয় অসিনা শমথরি —অত্তুঙৈগী ছৈরেংগী পরেং —

"আহ! ইবেম্মা! সোরারেনগী মচা শুপী!
নংনি অয়ুক্কী মঙ, নংনি অহিংগী মঙ
নংনি মুংথিলগী মঙ, নংনি পুনসিগী মঙ
পীনা থুমলবা মীৎসিনা
কোরৌগী অহানবা মশেক্তা
নংগী মায়কৈবু য়েংলী,
শরুক্তা ঙায়রবা পুনসিগী মুর্তিনা
নংতগী মঙলেনবু ঙসিম্নু চুপলী
থরায় হাপলখো —থৌনা পীরখো ...—!"

মপাম লমদম খাদোক্তুনা য়ুন্নাক হোংপ্রবী চন্নুরা —থোঙ্গুল লীরুবগী হল্লকপা খোংচৎনা পীরাংগী পন্দুপ অমা হোৌরবস্নু অনোবা পাউদম অমদি পীবা তারিবরা? চীংদোন্দগী উরাউ থারাউত্নুনা মাবু কৌরুবগী করিবু কান্নরিবা? নত্তে; মায়কৈ মরি, শুমদায় মপালগী অত্তিয়াদা পায়রিবা লৈচিল অসিনবু ঐগী পাউজেল অসি পুবীম্নু য়াখিগদ্রা? ইথক ইপোমগী ইরাউংখোল অমনা চীংয়া তময়াগী অকোয়বদা পাক শন্না শন্দোকপগী মখো অমদি ঙসিম্নু তারিবরা ···? অত্নুঙৈগী খোংথাংনা পরা অত্নুমদি কাম্থোক্তুনা থমখিবরা?

মতম কুইনা লাপথোক্নরবনি —নক্না লৈমিন্নরম্বা খম্মোয় অনি। মফম কদায়দা লৈরমখিগনি, কমদৌনা হিংলমখিগনি হায়বা থদে। শুপী হায়বা অসিমক্তবু মুপাগী মরুপ থুগুনা হিংনবনা অয়াম্বনি। হিংবগী চৈনা চৈফুনা পুনসিমকপু মশক মচু মাংহনবা হায়বা অসি হৌনশানি। ঙসিদি মহাকম্নু মশক মচু হোংপ্রবরা ···? লৈচিল নোংফাইগা প্রমান তৌনরবা মীওইবগী পুকচেলবু করি খাজরুকম লৈরিবা? মরুপ মপাং কয়ানা ইত্তোমতা ছন্দোকপীরমলবা ঐগী পুনসিগী অত্তেক অকায় মরক অসিদা লৈচিলগী সাহিত্তনা কায়নবগী মহাক্যাবা অমা লেংবা তারিবরা? উম! লৈচিল নোংফাই অসিদা ঐনা খাজবা অমতংদি লৈ,—

নোংপুবা লৈচিল অসিনা মহাক্না লৈরিবা মফম অদুদা নোং মরিক থরদং চুরুবা থোক-লবদি মমল য়ামলবা নীংশিং ৱারী অদু মহাক্না শোয়দনমক নীংশিংলমথিগদ্রে …? নোং চুরবা অহিং কয়া, নোং চুরবা খাঙপোকশং মসুংদা লেনখিবা পুনসি —মহাক্না কাউরমদবা থোকলবদি নোংগী অহানবা নোংলীক্না ঐবু নীংশিংবীরমগনি ! করিগুম্বা মথং মথং হায়দোকথ্রবা পুনসিগী লামায় অদু মহাক্না কাউথোকখিবা থোকলবসু ; ঐতনদি কাউবা ঙম্বগী থৌনা লৈগদবা অসিবু কৈদনো ?

"সী ! নোং চুথরক্লে, চৎলো য়ুমদা চংহৌরো !"

"নংদি ? চোৎনা চোৎনা চৎখিগে অসিরা ?"

কুমশিং কয়াগী শাংলবা অমম্বা অহিং —মীকপ থোকলুদ্রবা অহিংগী চুরম্বা নোং, লৈখোম লৈনাংগী খুদোংথীরবা লম্বী —নোংঙাক্লমদায় য়ৌরকখিবরা ? মঙলাক্লবগী চৈরক্তা মঙফাওনবগী মঙাল অমা ফংবগুম তৌখিবরা ? হিংবগী নীংতম্বা পাম্বগী মচু শংলবা থম্মোয় অসিনা য়োংহ্লিং ফলাং থাংজিনবগী মসুংঙায় অদু পামখিবরা …?

"নংবু মুংশিবগী লম্বেলদা অকি অথং লৈতবা ঐগী থৌনা অসিনা য়ুমফম ওইরগা মুংশিবগী তোঙানবা লম্বেল অমদা লমজিং মৈরা ওইরকপসু কনানা থংবা …?" মাবু য়েংনা য়েংনা হায়খি ।

"হোয়নেহে, ভক্তা বীরমঙ্গল থাকুরো ?" মহাক্না ঐবু ফাগী তৌহ্নুনা লক্করকখি, "অহিং অসিদা নংবু ইস্কাল তুরেলদা মী অশিবা কোন্দুনা লাল্লক্রগা ঐখোয়গী চেকপন অসিদা কারকইরোইরেকো !"

মহাক্না ঐবু বীরমঙ্গল থাকুরগা চাংদমনখিবা অদু য়াম্না নোকনিংলম্মী —নোক্নসু খুমখি —"ইরোইদনা লানবা য়াবা ইস্কাল তুরেলনি, থোংগী থোং মঙনি, নখোয়গী চেকপন অসিদি থম্বু থমথো ; নোংমদি ঐস্সু জেলগী চেকপন চোংলগা নংগী ননাক্তা লাকপসু কনানা থংবা … ?"

"হন্দক অমুক লাকলবদি নহাকপু লোংফম পীবগী মহুৎতা ফাহনগদবনি ।" মশ্বাই তানা নোকচখি !

"নংগী মুংশিবগী কৈগুমশংদা ফাদোক তারবা ঐগী থম্মোয়বু ঙসিমক জামিন্দা চৎথ্রো হায়রিবরা …? ফরে, অদুদি মীৎলু পীরাংগী বীদায় … !" ঐনা অসি হায়রগা চৎকদবগী তৌশিন্নরম্মী ।

"ঙম্মোয় কৈসু !" মাগী মায়থোংনা ঐগী থবাক্তা ঙাম্বাথরগা চেজেৎনা কোনশিন্দুনা ওইনজখি —নোকমী নোকমী !

মেরা থাউমৈ মখোংদা লেপম্মিম্মখি ইবানী । ৱারী কয়ানী —মীনোক মীংয়েং ! নোং জম জম চুথরকখি অহিং অদু ! খংহৌদনা মুৎখি —ৱাতোনদা থাম্লিবা মৈঙাল ! অহৌবসু অরোয়বসু মেরা থাউমৈ মখোংগী ৱারীনা লোয়শিনবগুম তৌখিবরা ?

মচুশংলবা বারী কয়া লৈখিবগুম তৌখি মেরা থাউমৈ মখোংদা। ঙমমতু মফম অসিদা লীরুবগী কায়বা লৈজে। নোং চুরবা অহিং অতুগী শৌদোক অতু হান্না লোয়শিনবনা চুমলীবরা ?

"তু! য়েংঙু, সী! মেরা থাউমৈ মুথস্রে ···!" ঐনা খুৎ খিন্দনা য়েংহনখি —"পুনসি হায়বা অসি মেরা লোয়বা ঙায়রিবা মেরাগী থাউমৈনী! ঐগী পুনসিমু ইখং হেক খংহৌদনা ফুৎ মুংখিবমু কনানা খংবা ? পুনসিগী অকোয়বা অসি নোংলৈ মুংশিৎনা কোয়শিনবা হৌরবনি হায়বা অসি নহাকমু হান্নদগী খংলেদনা! অতুনা নংগী লম্বীদগী ঐহাক হন্দোকখিবনা ফবমু কনানা খংবা ? কন্তাওনরবা পুনসিগী খোংচৎতা নহাক্না খেংনরুবা অসিনক্না খোংথাং অমা থাংজিনবা ঙমখিদবমু য়ারি ···!"

নোংমা পুমচোং চোংলবা মাগী ইথক ইপোম হৌরবা হকচাং অতুনা ঐবু পুনসিগী থাদোকলরোয় হায়বগী মতাগুম্না হান্নদগী হেন্না চেজেৎনা কোনশিল্লকখি —"নংনি ঐগী অহানবা, নংনি ঐগী অরোয়বা, ঐবু পুনসিগী থাদোকপীগনু !"

থম্বাল লৈকাদা ঈশিং ইরিক্না ফজহনবগুম্না নোংলীক্না রাসি হাপ্লবা ঙৌরোক ঙৌরবা মায়থোং মতুবু ইথুং অনিনা চপশিন্দুমা ফনা কুইনা মীৎয়েং থমখি! হেক খংনবা মীকুপ্তা লমহেল্লবা চীনবান অদিনা মাগী মচু শংলবা চীনবান্দা ······! ইস! করিনো ? করিনো ......?

নোং পুমচোং চোংনা ঐহাক লাকখি, অহিং অতু! লমদম তান্না অমদি চহি কয়া মমাংগী বারী অতু লমদম তান্না অতুম্মক লৈহৌবগুম তৌথ্রবরা ? মাগী লম্বীদগী হন্দোকনিংলম্বা পুনসিনা হন্দোকপা অদুবু ঙমখিবরা ···? ঐগী চীংখোংগী পুনসিদা মহাক লাকখিবগুমম্মু তৌখিবরা, ? মাগী নীংশিংবগী মমীনা মঙলানগী সংসার অমরা ?

"ঙসি উনবা অসিনা পুনসিগী অরোয়বা ওইবমু কনানা খংবা ...?" ঐনা অসিদং হায়রমলগা লাকপগুম তৌখিবরা ?

"অরোয়বা অসিনা অহৌবা ওইরবমু য়াই —নংনা লৈবা মফমদা ঐগী ইমীদি খোয়দনা লৈবা ওইসনু !" মহাক্না অসি হায়রগা থাউমৈ মখোংদা লেপহৌবগুব তৌখি৷

মৈতাল অমা লৈরবদি মমী অমবুদি করিগী লৈরোয়দগে ? মতৎ কয়া খোক্না তৎলবা পুনসিগী অকোয়বা চীংয়া তময়া অসিদা মমী শামী মুৎসি মুৎসি তাহ্নমা লৈহৌরিবা খোঙ্গুল অসিনা কনাগী বারীবু ইরমলীবনো ——?

চীংদোনদগী অমুম য়েংখিবা অকোয়বা মীৎয়েং —পেন্দবগী লাশৈনা চাকথেক-খিবা পুনসি অমম্মুং চীংয়া তময়াগী অকোয়বদা করিনো উরিবসি ? চাউথং খোংথাংগী বাংলবা কৈরাক্তা কাথংনবা হোৎনরম্বগী ইরায় ইনীল —তায়োন্নরবা মঙলান অমা ওইনা মঙকাওনরবমু মথৈ য়াল্লে হায়তুনা পেস্বোচবা তারিবরা ? অনৌবগী অমম্মুং অওনবগী শরুফম অমবুদি ময়েক শেংনা উবা ফংলে। থরমথৈদ্দি ইনোং পীবগুম তৌখিবরা ? মরক অসিদা ঐগী পুনসিনা নীংশিংবগী চৈনাখোল অমা শরুক য়াবা

ইনৌ নৌবা ফিজোল অমনা কৈতেংন্নুনা মশক ওনখিবা শকফম অহুগী মায়থোং মরুমদা মায়হিং মচেৎ অমদি মউরি! ঐগী ইফমদা অহুকৈগী লাপথোকহৌরবা মায়থোং অহুনা করি করম্বা দাকফম অমগী মশক উৎলীবনো? কনানা খংবা মহাকম্ভ মফম অমদা অনৌবা মায়থুমগী অনৌবা মীংফম অমা হোংন্নুনা লৈরম্বস্তু য়াই !

খোংথাং অমস্তুং খোংচৎ শোয়রবা পুনসিনা মতু ইপোন পোন্না হল্লকপা হুমিংতা উরুবা অনৌবা শকফম —শাথীনা নীংবা কায়বা অনিগী মরক্তা মীৎলু পীরাংগী চৈনা-খোল অমতুম ফংখিবরা? মৈতৈ পাখংশিংনা চুখ-লম্বা মৈরী —তাঙ্গোয় তারবা মৈথুম মরক্তা করিবু পেন্দুনা নোকলসিগে? অমনবা ফদি ফরাগী পোমফি অমবু অনৌবা মায়থুম ফি অমনা য়োমশিনবা অসি অনৌবনি, অওনবনি, হেক্তা হায়রসিরা? মসিরা মৈতৈ পাখংশিনা পান্দমখিবা ইরাউখোলগী অরোয়বা পম্মুংফম? হিংবগী নীংতম্বা লৈত্রবা মফম অসিদা অনৌবা মৈরী অমদি নোংমস্তু হৌরকলোয়দবগী মরম অসিবু কৈদনো? মী কয়া মাং থাহুনা চৎখ্রে, ঐস্ব নোংমদি চৎখিবা তাবনি অহুবু মমী তহৌরবা খোঙ্গুল অসিদা তুংগী মীরোন করিগী লাকলায়দগে! মতমগী ইতিহাসনা অহুগী পাউখুম পীতৌরসনু! ঐগী মীৎলমদা উরিবা ওসিগী অকোয়বা চীংয়া তময়াগী য়ারাদি ঐহাক লীবা তারিবরা?

মতম কুইনা পাংথোকলুববা রাজ্যগী অনৌবা কোরৌ মশেক্তা লৈতেংন্নুনা লৈরম্বা অসিবুদি হরাউ ম থোকপনি। ঐখোয়গী ঈহৌনা ইনোৎ খরবুদি পীখিবরা? অহুবু পেন্দবগী অনৌবা মৈরীনা করিগী চাকখৎলকলীবা? মরম লৈরম্বা তায়! হেন্না ফবা মীরোন অমা —হেন্না ফবা সমাজ অমা, লৈহাউ হাপ্পগী মখৌ অমদি তারিবরা? নীংথমগী থারবা উলেনদগস্ম হেন্না শাথীরবা শকফমনি উরিবসি! রাজনীতিগী থৌরী শিংনবদা ছিলায় নাম্থোরকপগী অনৌবা য়াওন —সমাজনা নোংমা নোংমগী লৈখা তারকলী! খোয়দোকক্তা মওং হোংদোকনবগী মখৌ ওসিস্ম তারিবরা? কোক অমনবা অমদি মায় অমনবা ময়ামগী অনৌবা শাবগী লীলা অসিমক অহানবদা লোয়শিনবনা ফরোইদ্রনে? কাংথোং কায়রবা লৈমায় অসিদা হিংবগী নীংতম্বা ফংদ্রবা চাকখাউ কয়ানা মীথা থাহুনা লেনবা অহু পামখিবর? ঙাওচৎনরবা পুনসি কয়াগী ছুম চারকলীবা শঙলেন য়ুম্বী —লাইক্লনবগী মতমবু লৈরিবরা? পুনসি তংখায় অনস্থূ মীয়ামগী লাম্থেংনবদা হৌখ্রবা মতম —ওসিদি খুংলায় থাদোকপা তারবরা? নত্তে, ঐগী করি ইথোবু লৈহনা অস্থুক কুপ্পা য়েংলুবিরা মীয়েংনো? ঐগী য়ারী চৎথবন্দুম ফরোয়দ্র? লম অসিগী লৈহাউবু মুংশিবা অমদি ময়ামগী য়াইফনবা য়াখল থনবা নহা অমা ওইনা পোকলুবগী অশোয়বা হায়ববু অসিনী। "ইশুমাংগী চম্মোং-নহুনা লৈরকলবা যুক কয়াগী অমদি মীরোন কয়াগী মহিক মকোন অসি নহারোনগী শক্তি লৈরবা শুমজিং অমনা শিংতোকপনা অহানবা খোংজং ওইফম থোকপ্রা।"

মতুগী পারা অৎমদি চাউকান কাম্থোক্তুনা থমলগা হিংবগী মীপাল্ল তাংলিবা লমদম অসিনা কনাগী মায়য়োক্তা লেপলুবা ঙমগনী ? অনৌবা খোংথাংগী লাইমীং লৌমিন্ন-খিবা মরুপশিং অদুগা ঐগা খেন্নবা রাখল কয়ামরুম লৈবগুম তৌখিবরা ? মহুমক্তা মায়থীবগী পোলোয় অমা ফংখিবরা ? ' নীংতম্বা লৈবাক অমা শেমগে হায়রবদি মীপাল তাংদনা হিংবা ঙনবা হোৎনবগী অহানবা পারা অমদি শংনবা তাবনি। মীপাল তাংদনা হিংবগী নীংতম্বা অমবু ফংলবদি তোঙানবা নাংতম্বা অমা লৈরিবরা ?" মতম অমগী শাওগনবা অমদি ঈ-খেগৎলকলীবা নহা অদু ওইরিঙৈদদি 'নীংতম্বা' হায়বা অসি তোথায়না লৈবগী অর্থ অমরোমদা লৌবগুম তৌখিবরা ? ঐ ইশানা ইশাগী খোংথাং অমত্তং খোংচ পুলায়া থাংলুরে হায়দুনা ইবন্তা চৈজবা তারিবরা ? তোগান তাবতগী পান্দম অমনা ঐগী পুনসিবু হুমদোকখিবা নত্তে। মরম কয়া লৈরি। লৈখিসন্নু। মাংদা উরিবা লৌবুক লমহাংগী রারী নত্তেক অমতুম লাংথোবনা চুমলীবরা ? নীংতম্না হিংনবগী ঐহাক হোৎনরম্মী —লৌবুক লমহাং অসিদা পুনসি অনিগী মচু শাংখিবা রারী অদুবু করিগী কাউরুকম লৈরিবা ...? মীৎলম অসিদা ঙাসিসু লেপলরা — অদুগী মুতি অদু মর্মাশ মী ·· !

"মালেম ইমাগী পীবুক অসিদগী হেনবা পুকৈবু লৈরিবরা ? মাগী রাহংনা।

ঐনা ফাগী তৌখি —"লৈন্নৎ অসি তৌরগা সনাগী পোনী লৈরমগনি হায়দুনা থনজবা শারিবরা ···? থুনখোং ফাওবা ঈশিং ওনথ্রবা নাগী নতপাক" অসিদা করি হি-য়াইবু লৈজরিবগে ?"

মহাক্তা চিংলেম্না থুমলকখি —"থুনখোংনা ঈশিং ওনজথ্রবসু সনাদি লৈরম্বা য়াই, লন অসিগী মমাং সনা লৈবাক কৌনিংদুগা ....।"

"উম ! লৈরমলরনি ?" করেম্নখি —"সনা লৈবাক নত্তে ; লৈখোম লৈবাকনি !"

"লৈখোম লৈবাক অসিনা হিংবগী চিনজাক অনা পীরিবদুদি ··।"

হি-য়াইগী অখোইবা পুকৈদি মালেম লৈমনি হায়বা অসি হান্নদগী খংলবসু নোংহৌনা হিংবগী নিংতম্বা পুনসি অমা অহানবদা শেমহৌবনা চুমী হায়বা অসি খংবা ঙমখি। মহাক্তা পীরম্বা মতাম্লা ? মাগী খোঙ্গুলগী মমা তাদুনা লৈহৌরবা লৌবুক লমহাংগী মচু শংলবা পন্দুপ কয়াগী পরেং —থম্মোয় অসিনা করিগী কাউরুগনী ?

"নত্তে, নহাক লৌ-উবা হৈজগদ্রনে ?" ঐনা হংঙি।

"করিগী হৈতনী নোংমতং তমলবদি, মহৈ মরোং অতৈসু থাবা য়াই।' থোনা লৈনা থুমখি।

"কন্নদবা রানী ইবেম্মা।" ঐনা হৈনিংদবা উৎখি —"শন লৈতে, লাঙ্গোল লৈতে ; ইংখোল মতোনগী লৈহাও অসি "হাজম সোইলনী, —নৌবীগী থুল অমি মহৌশাগী লৈহাউ চেনবা সনা লৈবাক অদু ওইদ্রবনি"

"ওইনীংবা ওইসনু —চীং নীংথোন ইতারোইশিংনা মনমদা মচা পোত্থনা থাং-জোনা পাম য়ানবগী পাউদি তায়দনা ? ঐগীদি শন লৈ, লাঙ্গোলসু লৈ, ঈশিংখোংসু লৈ —হজম সোইল অসি ওইবা য়াই সনাগী লৈহাউ !"

"মীথোন্দগী য়াইগনী অসিরা —পোৎ য়াইনদে খুল অসিদা !"

"য়োৎপাক অমতসু য়াবা ফংলোইদ্রনে ?" মহাক্না হংলকপি।

"য়োংপাকপুদি ঐগী ইমুং অসিদসু লৈনে।"

"মতুনী ঐগী লাঙ্গোল।" ইচং থৌনা খুমখি।

"শনদি কদায়দগী য়াইরুগনী ?" ঐনা লক্লখি।

"নং অমা অসুক চাউনা লৈরিবৈদবু শা শনগী ছুমাং মমলবু করিগী মপাল তাংনীংঙায় লৈ —মখোয়সু য়ারিপোৎনী, মরোল খোক্কবী শাজে খাংবনি।" ইচম হেক চমনা ফাগী তৌগনা মপুক্রিং তিংনা নোকচখি।

"নংসিদি মহা লাইহোরিনী ! নচিল অথমক্লা ঐসিবু শন হায়রবকো ?" ঐনা মীৎ ফংখৎতুনা য়েংখি।

"নংবু নত্তে, নংগী মুপা খোকপা পাঙ্গল অমসুং থৌদাং অদুবুনি।" নোকমী নোকমীনা ঐবু মুংশি মী য়েংনা য়েংলগ মখা চৎথরকখি —"নংবুদি ঐগী ইথম্মোয় অসিদা মুর্তি অমা শেমদুনা ইরাৎচরিবা ঈশ্বরনি ! য়েংঙু নখোয় সহর মচাশিংনা লাইরিক খরা হৈরগা কেরানী ওইবা ফংদ্রগা হেক্লা নীংবা কায়দুনা লৈগদবগী শরুক লম অহাংবা লৌবুকশিং অসিদ খোংদাবদি কৈদৌই ? লাইরিক হৈবা থুদংবু সরকারনা থবক পীবদি কৈদগী থমগনী ?"

ঐনা মতাং চানা ওকখি —"অদুনবু ঐহাক কলমগী মায়পাকপা লম্মী অমা ওইনা লাকলিবসিনি —পাউ চেগী থুংলায়না সমাজগী মওং হোংদোক্লবা হোম্নরুরে, মহৈ য়ানদ্রে, জেলগী মহাউ তংসুরে, ইতুং ইনবীনবা লৈত্রবা সহরদগী লাক্লবা পুনসি অসি লৌহৌনা থুংলায় অমদি পায়খৎপা তারবনি ..?"

"থুংলায় ...?" মহাক্না ঙক্লপ্না হংলকখি —"নোংমৈ পায়রগা লুট তৌগে হায়রিবরা ? লাঙ্গোল অসিসু অওনবা সমাজ অমা শেম্নবগী থুংলায় ওইবদি য়ারোইদ্র ?"

"মতুনী ঐগী "রীমীয়ান" খীওরীগী অহানবা খোংথাং —ঈশানক্লা মতুগী লময়ানবা ওইদ্রবদি চেদা পংই ইবনদি মহৈ ফংলরোই, ইমাগী অরোয়বা পাউমেননা ঐবু মী পাংহনবীরমলে।"

"করিনো "রীমীয়ান থীওরী" হায়বদি অদুগা ইমাগী অরোয়বা পাউমেন হায়বনা করিনো, করম্বা ইমাগী য়ানো ?" মহাক্না থংনিংনা হংলকখি।

"নোংমা থংলকখিগনি —নত্তে, নংবু সহরগী পুনসি অদু য়াম্না মীহৌরিবরা ?"

"মহাক্না লৈবা মফম অসিনা ঐগী সোয়ারেননি —ঙসিদগী হৌনা লাইমীং লৌরবনি —থুংলায়গী পুনসি...!"

মালেম ইমাগী মতম্পাক্তা খোংদাবা হৌখিবা থুমিৎ—হেন্দোক্লা বচু শংলবা খোদোক অমা ওইবগা লোম্বননা হায়ডমজবা থুংডায়বগী ঈহৌ অমনা থম্মোয় অসি থুমহৎখি। থাজদনা ফুদোরকপ মাগী অমৈবা শমকম, ঙৈহাক্তি মীৎ কুপকনি হায়বা কাউহনখি। পাম্বোইবী ওইন্দুম উবগুম তৌখিবরা? অমুক অডনবা অহুগী রা নীংশিংলী। ইংখোল মতান্দা লৈবাক তৌদুনা লৈরম্বা অহু ম্নাহৌরুকপগী অহানবা মীৎলমদা উরকখি মনাক্তা চংশিন্দুনা লেপলুই, শৈহো ঈশৈ অমনা মাবু ফাগী তৌদুনা লরুবা হৌরুই —

"ইপু লৌনী য়াল্লু হৈ
ইপা লৌনী য়াল্লু হৈ
নোংপোক থুরেন পাম্বোইবী!
হৌখি পুনসি লাংওন্দা
লৈখোনখিবা লোফমনি
তি-য়াই লনগৈ লোৎখিবা
ইপু লৌনী য়াল্লু হৈ ...।"

মহাক্লা লৈতৌবা অহু চপ লেপলগা থুনলকখি—"এঃ নোংপোক নীংথৌ অপানবগী শায়োনলো ..?"

"লৌবুক অহুদা নংগী অহানবা খোঙ্গুল থমলমলগা কোরৌ নোঙ্গাহুনা মাংখিবদি তৌজনু—নংগী নোংপোক নিংথৌগী রোল লৌগদৌরিবা ঐদি মতা অমনি—কৈরাক থারগা হেক্তা চিংথগদবনি!"

"ঐনা মহুমক তৌরবদি কমদৌগনী? নোংপোক নীংথৌনা চীংদোনদগী লেপলগা মমাবাবু কৌদুনা উরাও থরাউথিবা শৈহেক অহু নীংশিংলীবরা ?"

"নেভর! নংগুম্বী ছোনৌ চুবী পাম্বোইবী অমগীদমক ঐনা চীংদোন অসিদগী উরাউ থারাউগনী হায়দুনা খনজবা শারিবরা?"

খৌনাওগী ভিংসল অমম্বুং শরু পান্দবা লৈতোম অসিনা হায়বা কমখি—রাহৈ অসি। অহুবু থম্মোয় অসিনদি মহাকপু কদায় কাওধা থুংশিখিবা? অওইবমক, ভসিদি ইথম্মোয় অসিনা চীংদোন্দগী উরাউ থরাউরবী —

"আহ ইবেম্মা! সোরারেনগী মচা থুপী।
শাবী ইনেম মচা পামুবী
নপামগী অমদম য়েংলুবদি
নীংবা কায়বগী মায়কৈনী
চীংমুং সনা লোক্তগী
নংদি অমুক লাকলরোয়
পীরাংনা মায়কৈদি মমাখরে!"

মহাক অখোইবা মুপীনি। খোয়দোকপা মগুন অমা লৈ—তোঙানবা শক-লোন অমমু লোংশিনলনা শম্বদৌনা হেক হেক উংখোরকপগুম তৌখিবরা ? শকলোন অমুনা ঐবু অঙকপা পোকহনখিব্রা ?

অমুনা মহাকপু খেংনরুবা ঐগী কঙাওনরবা পুনসি অসিমক ফনা ফজনা হোংলক-খিবরা নিংঙি। অঙুম ওইনমক ঐগী লু-তোং অমমুং শিংলী অসিদা মচু শংশিবা দাকঙম অহুমদি মহাক্না মুংশনবা হোৎনবা ঙমখিবরা ? অহানবা খংলকপা মতমদা য়াম্না য়ারমদে, চৈশাংখি —মমৈথংদি ঐবু মৈখৌ শংবী অমত্তুম ওইরকখিবরা ? মরম অদুননি ঐনা য়াবু অমুকী মতিক পাম্মুরিবা অসি।

"সী ! ঐগী পুনসিগী খোংশাং অসিদা নহাক্না করি খৌদাং অমা লোগে নীংলী ?" নোংমা ঐনা হংখি।

"অফবা মমা অমা ওইনা ঐগী ইচাগী মীরোন পরেং অসি মৈখৌ শংলগা অরাংবা কৈরাক্না কাখৎনবা হো নবগী খৌদাং লৌরগা মৈথাঙ নায়না পাউদম্বা হায়বহুনী।" মাগী অর্থ লৈরবা পরেংনী।

ঐ পেনখি মাগী রাহৈ, ফাগীনা লাকখি, "মীরোন কয় ফাওবা হিংখিগে হায়রিবা ?"

মহাকমু ফাগী হৈবীনি, ফজনা পাউখুমখি —"ঐদি ওমরগী বর ফংলবীনি, নংগী অনৌবা মপোকনা ঐগী পীবুক অসিদা পোক্লক্রিমথৈ হিংখিনী, নংগী ঙসি চাকলীবা 'রাখলগী নৈরা' অদু মীরোন কয়া ফাওবদি চীংদোন অসিদা লৈহৌবমু কনানা খংবা।"

"উম ! 'ঐহাক' চংখিবা য়াই অদুবু 'ঐহাক' হিংহৌগনী।"

মহাক্না অমুকমু ফাগী —"নংগী ফিলোসোফিগী কৈরাক অদু খরা নেমথৌ, মীনা ভাব তাররোয়। মক্তে, ঐগী চমলবা পুনসিদু কোপী তৌরগা "পাম্বোইবী থীওরীন।" মখম ওইরগা অনৌবা নমুনাগী উপন্যাস অমা ইংগে হায়বগীদমক ঐবু নায়িকাগী রোল লৌ হায়রিবরা ? উম ! ঐগী অশেংবা মীং অদু-কি কোপী তৌজগদুকো …!"

"পাম্বোইবী থীওরী করিনো হায়বু নহাক খংজরবরা ?" ঐনা মখা তানা হায়খি, "মশক মমীং লোৎলগা ইব। অংদি ঐগী লময়োনা হৈনজবীনি …।"

"কায়দবা রানী।" মহাক্না ঐবু খংশি হেক শিথরকখি —"লাইরিক পাবিনবমু লৈতবা, পারবমু কোপী অমনা মীরোন মঙা পান্নবা লম অসিদা উপন্যাসকার ওইদৌ শরুক ঙশায়দগী লৈবাক তৌরগা মোরোক খারবদি থুনা মহৈ য়ানগনি ! পুকনা ময়াওদ্রবদা কনানো কলম পায়দুনা খবল ইপোমদা অমিন্না কাদুনা চৈরেং ইগদবা কবি ! লৌবুক লমহাংগী সাহিত্য অসি হায়না খুমাং চাওশিনবতমা কলমগী সাহিত্যদা সেবা তৌবা ঙমগনী।"

ঐহাক য়ানিংখি মাগী রাঙাং। চিনজাকবু রাংলবদি লৈবাক অমগী অতৈ

চাওখৎ থৌরাংগী থবক পায়খৎপা য়ারোয়। মরৈবাক নীংবা সীপাহিশিংন মপুক য়াওজ্র-বদি মরৈবাক নীংবগী থাক য়ৌনা লাম্বৈংনবা ঙমদে —মৈতৈ ব্রাহৈদা লানদি পুকনা শোকনৈ হায়দুনা প্রমান তৌনৈ। সমাজবু নৌনা শেমবা পামজবা মীওইশিংমা, মীওই কয়াবু হিংহন্নবা হোৎনবদা খ্বাইগী অচৌবা থৌদাং লৌরিবা লৌমীশিনমীশিংদগী হৌবনা চুমলীবরা ? লৌফমস্সু লৈতবা সহরগী লম্বীদা, থবক ফংদবগী অমদি লৌমী শিনমীনা য়াইফরে হায়দুনা লাওবনদি মখোয়বু শৌগতুনা লানচংবগী মপুং ফাবা লারাইগী আন্দ-লোনলা ? মদুগী মহুৎতা মখোয়না হৌজিক ফাওবা লৌবুক্তা খোংদাজ্রবা করিগীনো ? কোল কারখানাগী মৈখু উদ্রবা অতিয়া অসিদা কোল কারখানা লিংবগী লাউরুবা খোল্লাউনা খোম্থাং য়ৈরগতা তোকখিবস্সু কনানা খংবা ? লৈহাউ চমলবা লৈমায় অসিদ ঙসি করিবু লৈরিবা ? চীংনায়দা মরাং কায়না হৌরম্বা লশিং পাম্বী ফাওবা মতমগী অমদি মীপাল তাংবগী হৈনরুবা লাম্মৈনা চাকখ্রবা লমদমগী লৈমায় —লম্বী খোংগী শম্বম খরবা হৈবোং মন্নুং অসিদা ঐখোয়না ঙসি করম্বা থাক্তা হিংলীবনো ? মথৌদি ঙসিসু তারি, অওনবা খোংথাংগী কৈরাক ! অদুবু করম্বা পাম্বেনো ?

ঐগী চমলবা লৌবুক লমহাংগী ব্বারী অসিদা সমাজগী পীদোল্লবা শকফম অসিনা করিগী তোংলরিবা ? ঐগী পোক্লফম লমদমগী লৈমায় অসিবুদি ঙসিসু মুংশিরী, মাগী পীদোল্লবা শকফমনা ঐগী মীৎলু পীরাংগী ব্বারীদা অচৌবা থৌদাং লৌরি অদুবু লৈকং-লাবু মরুদ্যান ওইনবা শেম্বদা ব্বারগদবা লম অসিগী মীবুদি মুংশিদে হায়সিরা …?

হিংনবা হোৎনবগী হৈশিংবা অমদি লোয়নরবা ঐগী ব্বারী —খুঙ্গংগী পুনসিদা য়াম্না খুনমক চুশিন্নবা ঙনখি। কয়াদা মুংঙায়গ্রবা মতমশিং অদু! খুঙ্গংগী লৈশা পাখং অমদি মুপা মুপীশিংগী মরক্তা, লৈখোম লৈনাং মরক্তা লৌবুক লমহাংগী অনৌবা পুনসিগী পন্দুপ অমা হৌগৎপা তারম্মী।

মতম অমগী ব্বাফমনা মমী শামগ্রবস্সু নীংশিংবগী দাকফম কয়াদি য়েক্তুনা লৈহৌরী। অশুম্না মুমিৎ কয়ানি, মথেল কয়ানি লৌবুক লমহাংগী পুনসি। মথং-মখং খুনগ তুনা লেংশিনবদি তারবনি। মায়খীবগী হল্লকপা খোংচৎপু ঙায়দুনা লৈরমলীবা থম্মোয় অনিগী লময়োরবা ব্বারী —পী শিম্বগী মহৈ অমদি ফংলোয়দবা অসি কৈদনো ? নীংশিং ব্বারীনা লাঙ্গোয় চনগ্রবা চীংয়া তময়া অসিদা ঐগী পুনসিগী অরোয়বা পরেংনা সোরারেনগী মচা মুপীবু খীবা ফংখিনী হায়বগী থাজবা লৈরিবরা...?

"I loved a love once, fairest among women ;
Closed are her doors on me, I must not see her
All, all are gone, the old familiar faces."

—C. Lamb.



## ॥ ২ ॥

## অরোনবা মুর্তিগী পাখোং

ঐগী পুনসিগী চীংখোং পন্দুপ —মীনোক মীৎয়েংগী অহানবা পরেং কয়াগী মচু শংলবা খোঁদোক অতুমক্না মীৎলু পীরাংগী অরোয়বা পরেংদা লোয়শিনবা তারিবরা ? অম্মুক্না নোংমা মৈচাক মৈশানা কাখেকলবা য়াই হায়বা অসি নোংমতম্মু মতম কায়থোক্তুনা খনবা ঙমখিবরা ...? চৎখরক্কদবা তুংগী পুনসিবু মাংজোননা খংদোকপা হায়বা অসিবু কনানদি ঙমফম খোকলীবা ? ঐহাক খংখিদে, ঐগী তুংগী পুনসি ! ঙসিদি য়াম্না অর্থ লৈরকলে — চীংদোং পুনসিগী অহানবা লামায়দা য়েকখিবা মুতি অদু ......?

মুমিং অদু মচু শংলবা মীনোক মীৎয়েংগী অর্থনা কুমজিল্লবা খোঁদোক অমা ওইবতম্মু নত্তনা চৎখরক্কদবা পুনসিগী মঙলেন অমবু শাগৎপগী অঙ্ক খোৎপগুম তৌখিবরা ...? নোংমাইজিং মুমিংকী অঙণ্বা অয়ুকসি। য়েকপা লোয়শিনদ্রিবা মুতি অমা লোয়শিনগে খন্দুনা হোৎনরম্মী। মাঙ্গোলদা পেন্সিং বোর্ডনচিংবা পুদোকলগা ফমখরম্মী। থোয়না ঙাকপিরুম্মু ঐহাক লাই য়েকপম্মু খরদি মহৈজে। ঈশৈম্মু অদু মঙায়

ঈশৈ ঙংনা ঙংনা তুলী পায়খৎতুনা য়েকলীবা মুতি অতুগী মমীৎ পনগে হায়দুনা হোৎনরম্মী। প্যাক হেক খুৎ থাবা ঙমখিদে। ছৈরেং অমদি ঈশৈনা পীক থল্লবা মীৎ অদু নীংশিংবা ঙমললমদে, শাগৎক অতুমকম্মু য়েকলীবা অতুগা য়ৌদ্রবরা হায়না খল্লম্মী। ফিদম মাংলবী ফজবী অতুগী মুর্তিনা ঐগী নোংপোক খুলেনগী চীংখোং অসিদা মহৌশাগী লময়ৌরবা মঙাল অতুনা নোংমা ইখং হেক্ থাজনা ঙাল্লখিদ্রে হায়বগী চিংনবা অমম্মু লৈখিবরা ...? তুলী খাদরগা চুরুপ মচে অমা চমতুনা খকলগা ঙৈহাকুং খাখল তৌবা তারম্মী। মীৎ উইশিল্লগা করিগুম্বা অমা নীংশিংনবা হোৎনরম্মী।

“ঐগী মুর্তিবু অতুক খরায় তানা য়েকলীবা করিগীনো ...?”

মেংলবা মুপীগী খোনজেল অমনা হায়রকপগুম তাবা ফংলম্মী। কদোনদগীনো হায়বা ইখং খংহৌদে। পেন্সিং বোর্ডকী মরুমদা মী অমা চংশিনহুনা লেপখিবগুম

তৌখিবরা ? সন্তম অমদি তাখি। ঐহাক মাং পাংথোকপগী মতম লৈরমদে, ব্রাখলদা লুপলমা। হায়দোঞ্জরা লমায় কয়াবু মাংশিংলুরগা লাক্কদবা লানাম্বদা কমদোনা লংদায়নবা য়াগনী হায়রা অসিগী চুশিনখ্রবা ব্রাখল অমা লৈরকপা কুইরবনি। অফবা ফত্তবা অমদি ওইবা য়াবা, য়াদবা কয়াবু নৈনবদা ফল ইতা তাদনা পুনসিগী পান্দুপ অমা লোয়খিবনা হানখ্রবনি।

"নংগী শকফম শোকলবা মীরোন কয়াগী মায়থোং, নংগী শাথেক কায়রবা মুতি, নোংপোক থুংলেনগী চিকলগা চী-তম্পাক অসিদা নোংমা নংনা লৈশারিবৈগী ওমহৎপা মুতি অহু অমুকুংদি য়েংনাংডি —নংগী তুমলবা মীরোন অসি তুম্বা হৌদোকনিংডি।" অর্থ হৌফম থংদবা মাইবীগী চোয়রোলওম্না চিল অসিদগী হায়দোকখি।

অনৌবা ব্রাহ্ম পরেং থরম্ব অমুক নৌনা তাবা ফংলম্মী —"ব্রাবীনি মতম অনগী হায়দোঞ্জবা ইতিহাস —শায় খোমগৎতুনা য়ুন্নাক হোংলবী নীওোল ঐবু অমুক নৌনা লৈশাবী ওইবদি কৈদগী য়াগনি ? হোয়, হৌখিবা মতমগা চয়া ফজরম্বা শকফম, ওসিগী মায়হিং থাংলবা শকফম অসিবু "অনৌবা শকফম" অমা য়েক্কে হায়রবদি করি তৌবা তায় .. ?"

অম্মুম লুনা হেনজিল্লকখি — মাগী ব্রাহং। অদুবু ঐহাক পাউখুনদি পীখি— "অগানবদা মায়হিং ওসি কোক্কবা মচু অমা খল্লিবসিনি —নীংথিনা শল্লগা মচু খাল্লবদি ঐগী আর্ট অসি মমৈগা ফাগী তারোইদ্রব…?"

"মুন্না থনখো, হিংলাক হিংথুদা তুলী পায়খৎতুনা ফাগীদি তাহনদনু ঐগী মুতিবু ! মতন থরদি ঐগী মুতিবু লোংশিনজুনা থম্বস্থ কৈ।"

"থম্মোয় অসিদা পুনসিগী লেংদ্রবা ওইনা থনলগদবনি। নংগী মোমোন নোকপা অনৌবা শকফমনা ঐগী পুনসি হৌবদগী লোয়না ফাওবগী অচেৎপা পান্দমনী।"

মহাক্রা অমুক নৌহৌনা লাররকখি—"ঐগী মুতিবু ইরাংজুনা থমলীবা নংগী থম্মোয়গী তপবোন অহুদা সোরারেনগী ওগোয় শাবী মেনকা তজুনা পায়শিল্লজুনা তপস্যা অহু থুগায়খিবা খোকলবদি …………?"

"বীশ্বামীত্র মুনিগী রোল অহু ঐসু মতেক অমতং লৌজুনা মহাক্যাব অমা লেংবদি কমদোই ? অদুনগুনমক নংগী মুতিবুদি কৈদৌঔেদস্থ মনী শামহল্লোয় …! ব্রাখলনা শাগৎপা ৱারীগী শবহেনবী মেনবা তদুনা নহোনগী বনিবু হেন্দুনা ব্রান্তরুফম লৈরিবা .. ?"

ঈশ অমস্থং চৈংরং পামজগ্রবা থম্মোয়গী শৈশকপনা ওসিস্থ লোন্না থুন্না শৈশারী চিল লেংজুনা ওসিদি অভিনয় উৎনীংদ্রবনি অহুবু থম্থং অসিদদি খোন্থাং য়ৈজুনা লৈহৌরী পরেং থরা —

"নংনি ঐগী সোরারেন
নংনি ঐগী মালেম
নংনি ঐগী পুনসি
নংনি ঐগী মোংফম ......।"
নংনি ঐগী ইতিহাস ...... !

মীৎ হেক পাংথোক্লুনা মায় হায়গৎলগা য়েংখৎপা তাথি —'নৌবী' [ মপুং ফাবা মমীংনা অনৌবী ] লেপলম্মী। কদোমদগী ফাওরকপনো হায়বা খংহৌদে। ঙসাইমখৈস্থ মহাক লৈবগুম তৌথিবরা ? অয়েকপা মুর্তি অহ য়েংনা য়েংনা হংলকখি, "কনাগী মুর্তিনো ওজা ? হিংলৌবা মুপীরা ? রখলনা পুথোক্লুনা শাগৎলগা ঐগী মুর্তিবু নমুনা লৌগদৌরিবরা .. ?"

"নত্তে, নংগী নমুনা লৌরগা য়েকউ হায়রিবরা ?"

"য়েকপীস্থু কৈস্থু !" মহাক্না ইচম হেক চম্না কোথজবগী মওংদা মখা তারকখি, "ঐস্থু ঙসাইমখৈ কুপ্না য়েংলৌবনি, রাখলনা শাগৎলবস্থু হিংলৌবা মুপী অমগী মমী অমা তাদগুম উই —সে হায়রো কনাগী মুর্তিনো ..?"

'মমীৎ তাংবানিদনা ! হায়গু, মমীৎ পাল্লগা কনা মানবা য়াই ?" ঐনা মাবু য়েংনা য়েংনা নোকমী নোকমী তৌরম্মী।

'মমীৎ তাংবানিদনা' হায়বা ঐগা রাহৈ অসি নৌবীনা অর্থ অমরোমদা লৌখিনাল্লে নিংঙি। ঐবু চাথোক্কদবগী মতাংগুম্না য়েংলগা হায়খি—"মমীৎ হান্না পানখো, অদুগা হায়গে।" অসি হায়রগ নৌবীনা ফনা কুইনা শাথেক শাবান অদু য়েংলম্মী—"মীৎ-তাংবদি মুর্পী অদু নত্তে, ওজাগী লাওরবা মীৎ অনি অদুনা থম্মুং য়ৌনা য়েংবা হৈতবা ওইরিনিদা ......!"

কোচিৎ অমা য়াওরম্মী মাগী রাহৈ। থওইনা মতুদা মপুক্কিং থীংজিন্দুনা মখা তানিংবগী মাহোবা লৈরমদে। হংনীংলৌবা পাখোংগী রাহং অদু ঐহাক্না চুমজ্রিং চংথখি – "শকওং শক্না অসিদা হায়বা ঙমদ্রে ? নখোয়গী খুল অসিদা মানবা লাকপা লৈবরা য়েংঙুদা মুন্না !"

চুং ফিরাল চানা ফজরবা হকচাং কয়াৎ কয়াগী মপুং ওইরবী মুর্তি অদু নৌবীনা মুন্না য়েংলে, ঙৈহাক্কং খল্লুরগা হায়রকখি—"লৈতেবো ওজা হিংলৌবা মীদি মমীৎ থুমজিল্লবস্থু খংঙি অদুবু অয়েকপা মর্তিদি মমী' হেক পানজ্রিমখৈ মশক লাকশিনবা রাই —মমীৎতা লোয়না লৈরে। সে, মমীৎ পানশিল্লো, কনা মানবগে য়েংলসিদনা ...।"

"শোয়দনমক কনাগুম্বী অমদি মানগনি, অদুনা নংগী নমীৎ অদু রাইরগা ফজনা য়েকশিল্লবদি তুংগী মীরোন কয়া ফাওবনা নংগী নোংপোক খুলেন অসিগী মীংথৈ শকনহৌগনি — ঐস্থু নংগীদমক মশক নাইবা মুর্তি অমা য়েকপগা লোয়ননা অনৌবা নংগী খুৎলেন অমা শেম্মনীংবগীদমক মফম অসিদা লাকপনি ...।"

মুত্তি অসিগী হৌরকফমবু কদায়দগীনো ? হোয়দা, অহুবুদি কয়া কুইনবু লোংকনী— অসিদবু লাকলবদি নোংঙা উগদৌবদি লৈরেদনা ...।"

"লৈনে, লৈনে ...?" ঐনা নোকফেৎ তৌরম্মী।

"অহুবু কনানো হায়বা ......?" নোবীনা কোখরকখি।

"হায়ন্নু, কনা ওইরম্বা য়াই নংগী রাখলদা ···?"

নোবীনা ঐবু ফনা কুইনা য়েংলকখি, ঐনস্থ মাবু য়েংলুই। খোয়না অকাপ্পবদি য়াওখিদে —মীৎয়েং অনি অহু। মাগী খম্মোয়দা ফোংদোকচবদি ঙমদবা, নিংজিং মাংজিনবা অমদি চিংনবগী রাখল অমা লৈবগুম তৌখিবরা ? পাক হেক থৌনা ফনা পাউখুম পীবা ঙমখিদে। ঙৈহাক খল্লুরগা য়াম্না মরৌ লৈবা অহুমনদি ওইরগা নমফুদা হৈশিংলা খুমলকখি —"ওইরম্বা য়াই ···!"

"কনা ..? কনা ওইরম্বা য়াই হায়বা .... !" ঐনা থংনিংনা হংঙি —"মরিক চুম্না পাউখুম পীবা ঙম্নবদি হোৎনৌকো ....?"

"লমদম তাম্না লৈহৌরবী ওজাগী কনাগুম্বী অমগী মুত্তি নত্তনবু অতৈ কনাগী ওইরুফম লৈ ···?"

ঐগী পুনসিগী হৌরকফম লৈ — মুত্তি অহুগীস্থ হৌবকফম অমদি লৈফম খোক-পনি। নোংপোক খুলেনগী মৈহৌবোনগা শাগোম্নবকপা ইতিহাস লৈরম্মী —মহুমক নোংহোনা হনজিনবা পামলুবগী তেংথাবদি নত্তে। অনৌবা মুত্তি অমদি ঐহাক য়েংনীংলম্মী—লমদম তাম্না লৈংহৌবরীনি হায়বস্থ য়াই। ঙৈহাকি খল্লম্মী, রাখল কয়া।

"কনাস্থ লৈহৌদে ঐগী ·।" ঐনা নোবীগী পাউখুম পীবা তারম্মী "নোবী, লাক্নদৌরিবা মীওইবগী পুনসি হায়বহু মীৎতাংবগা অমহানী —হায়ন্নু, নহাক নংগী তুংগী পুনসি খংলবরা ? থরমথৈ ফাওবদি পানজি য়েংলগা খংবা ঙম্বদি য়াই হায়বস্থ মরিক চুম্বদি ওইরোয়। য়েংঙোয়, পুনসি হায়বা অসি অমুম্না লুম্নেল অমদ্রা খুৎনা-ম্না মাহুনা লমথুংফম খীবা খোংচৎনী !"

ঐ থংখিদে — ঐগী তুংগী পুনসিগী খোংচৎ অমস্থং মহুগী পম্থুংফম ! ঐনা মাবু খোয়ক্নম মোমোন নোকপা মায়খোং অমা য়েংনীংলম্মী —মহুগী চাওরবা খোদাং অমা লৌবস্থ তাখিবরা —!

"অহুবু খংলবদি ঐহাক লাই ওইরোয়দ্রা ?" নোবীনা খুমজৈ, ইপং হেক পংনা।

"চুম্মী, ঐস্থ খংদে —লাক্নদবা পুনসিগী রারী, ওইরক্নদবা পুনসিগী মুর্তি, লোয়-গদবা পুনসিগী মফম অমস্থং মতমগী মোংফম — থেংনগদবা খৌদোক রাখোক, অকি তুংজংবা, অরা অনা। পুন্নমক অহু অমম্বদা পোৎ পীবনি ! য়েংঙু, নখোয়গী খুল অসিদ ঐনা খুন্দাহুনা লৈখগনি হায়বা অসি থংখিদে, খাজখিদে মতম অমদা। কয়া কুইনা লৈখিনি হায়বস্থ খংদে, করি করম্বা খৌদোক রাখোক খোকখিগনি হায়বস্থ খংদ্রি,

মতুংদা অমুক মফম কদায়দা ঐগী কণ্ডাওনরবা পুনসিগী পোলোয় ওইরুগনী হায়বস্ু উবা ঙমদ্রি। পুন্নমক অসিগী মহুৎশিন্দুনা নমাংদা য়েকলীবসিনি মীৎতাংবীগী মূর্তি!"

"অদুবু ওজা, মূর্তি অসিগী হৌরকফমদি ওজাগী মুংশিজবী অমদগীনি হায়নিংঙি, অদুগা মহাক অদু য়াম্না নক্নস্ু লৈবগুম তৌবরা …?"

"লৈ, য়াম্না নক্না, ঐনা থরায়মকনি খন্দুনস্ু মুংশিজৈ!"

"কদায়বাইদনো ওজা?" য়াম্না খংনিংবগী লাংতক্নবনা হেনমনখিদুনা হাথু হাথুনা হংলকপা নৌবীগী বাহংনী।

নৌবীনা ঐবু শেরান্নবা মওংদা লৌখিবস্ু য়াই হায়বগী চিংনজবা অমা লৈরম্মী! মদুমক শেংদোকপা ওইনা বাফম অমদা পুখোক্লুনা হায়খি —"মুংশিবদা কণ্ডাও-নদুনা য়েকপা মূর্তিদি নত্তেদা —অদুমকপু নৌবী, খংবদি য়াম্বা খংনিংঙি নোক্কদবা কপকদবা, বাগদবা, মুংঙায়গদবা পুনসিগী শরুক। অদুবু উদে খংদে —ওজা মপু ইবুংঙোগী লীলা …?"

"অদো, মুপীগী মূর্তি য়েংবদি য়াদবরা ওজা? শক-উম্ববা তুংগী পুনসিবু অমম্বা অহিংগী সীন অমনা মশক তাকপদি কমদৌই?'

নৌবীগী বাহং অদু ফনা ফজনা মরৌ লৈরে হায়বা অসি খংলম্মী। ঙৈহাক্তং খল্লু-রগা খুম্মী —"অহিংগী অমম্বদি হয়েং অয়ুকী মঙাল অমা লাক্কনি হায়বা খংঙি, পুনসিদি খংদে হয়েংনা করি …? অনিংবা অদুমক থুংদবস্ু য়ারি।"

"হোয়নে ফরেনে —মুপীগী মূর্তিনা অমম্বা পুনসিবু মহুৎ শিনদ্রবদি য়াদবরা?" নৌবীনা নোৎশিল্লকখি।

"মমীৎ পানদবা মু যাগী মূর্তি অমস্ু য়েকলে, ইমুংদা লৈবনি; তৌবস্ু মুপীগী মূর্তিদি কলাগী তুংনফমনি অদুগা ঐগী অয়েকপা মূর্তি অসি তুংগী উমমদ্রবা পুনসিগী মশক তাকপদস্ু নত্তনা পাখোং অমস্ু চন্দুনা থমনিংবনি।"

নৌবীনা মমীৎ লংখৎলখি —"নত্তে ওজাগী কৈদ্না অসিদি হিংলিবা পুনসিগী বারীবু নকোয়নদুনা থমলগা মীহুৎ খরগী মূর্তি পুখোক্লুনা চীংখোং চীংয়া অসিদা থুৎশেমগী বারী হায়বদি উপন্যাস অমা ইগদৌবা মানশিল্লকলে। নত্তে, করি পাখোংনো ওজা?"

"নংবু ফোংবা ঙমজগদ্রনে?" ঐনা মথা তান্নুনা লকনখি —"নত্তে, নহাকপু ঐগী বারী অদুগী নায়িকা ওইগে হায়রিবরা?"

"ওইজনিংদে কৈস্ু।" ইকায়বগী মওংদা নোকফেৎ তৌরকখি —"অহানবদা ঐগী মীৎ অসিগী নমুনা লৌরগা মীৎতাংবীগী মূর্তি অদু মমীৎ পাংহনখো —অদুম তৌরবদি মথস্তা পাখোং ফোংজরক্লগনি। ঐহাক য়াম্না মশক খংনিংলে মূর্তি অদুগী অরোনবা অফোংবা শকফম!"

ঐনা ভৈহাক্তং নৌবীবু মীৎ কুপ্তনা য়েংলুরগা হায়খি —"হুম! লৈরসম্বু মতম থরদি মমীৎ তাংবী ওইনা। নংগী নমীৎ ল্লায়রয়োয়। মমীৎ হেক পানশিল্লুরবদি অহিংবা মুর্তি অমা ওইনা চোংখোরকপসু য়াই — নংনা হায়বা চুন্নী সুপীগী ফজবদি মমীৎতা লৈ!"

"কনাগী মমীৎ অমুক থীখিগনি?"

"নোংমা ইখং হেক খংহোদনা লেপলবা য়াই; মুর্তি অমা — মহাক অহুগী মমীৎ অহু হেক্তা য়েকলগে —লাক্কদবা পুনসিবু মাংজোননা খংদোকপা ঙম্বা হৌনদে, কনানা খংবা মুর্তি অক্সমক লেপলখিদবসু য়াই।"

"অদো, করিগুম্বা মুর্তি অহুগী মমীৎনা ফজদ্রবদি ——?"

ঐনা খ্না অমরোমদা নাকোয়না পুখোকলম্মী — "নৌবী, ফজবা ফজদবা, ল্লাবগী ল্লানা, সুংঙায়বগীসু ল্লানা লোয়শিনবা তায় পুনসিগী লীলা। য়েংঙোয়, নৌবী মীৎতাংবা অমা ওইনা লৈবনা ফবনী, থোয়না মীপায়রুসু ——?"

"ঐবুদি করিসু মীপায়দে, লাক্কদবা পুনসিবু খংনিংবগী লাংতক্লবসু তৌদে। ওজান তুংগী পুনসিবু অহুক খংনিংবগী লাংতক্লরিবদি করিগীনো?"

"ঐসু থোয়না লাংতক্লবগী ল্লাফমদি নত্তে। তুংগী পুনসিদা মীওইববু মীৎতাংবগুম লৈহনবা অসিমক মপু ইবুংঙোগী তাংলবা খুদোলনি। অহুমকপু পুনসিগী অঙ্কা খোৎপদি লেপ্পা য়াদে। মীংশেল অনি খানহুনা মাং তুং উবা ঙমলবসু পুনসিগী মীংশেলদা হিংবা অমসুং শিবা অসিদং খংঙি, মহুসু অমুক খংদে অকক্লবা মতম।"

"পুন্নমক অহু মাংজোননা খংলবদি করি থোকলম্বা য়াই?"

"হিংবগী মহাউ করিসু য়াওরমদবা য়াই। অহুবু নৌবী, তুংগী মারোনগী য়ুমফম অমদি মতম লৈরিঙৈদা খোলহৌবনা ফরোইক্লরোন?" ঐনা নোংশিনখি।

"ওজাগী পাখোং হায়বহু মহুরা?" নৌবীগী ল্লাহংনী।

"হোয়, লুখম অসিদা মীৎ পানশিল্লগা তুংগী পুনসিবু য়াম্না য়েংনিংবনি —নংগী তুংগী মীরোন অসি য়াম্না ল্লাহৌবা তারবনি।"

ঙৈহাক ল্লাখলখল্লুরগা নৌবীনা অমুক নোকফেৎ তৌনা হংলকখি —"ফরে ওজা, তুংগী পুনসিগী শক্লম লৌবিরা মীৎতাংবীগী মুর্তি অসি মমীংদি করি থোল্লে?"

"সোরারেনগী মচা সুপী!" ঐনা খুম্মা।

"সোরারেনগী মচা সুপী —? নৌবীনা ঙক্লপ্পা অমুকসু হংলকপি —"কনানো সোরারেনগী মচা সুপী হায়বদি —? হুম! অমা খোনসি ওজা"

ঐনা মাগী মত লৌহুনা হংখি —"হায়মু, মহাক করি থোনবা পাম্মী—?"

"অহুবুরো ——নৌ—।" লেপখোকখি।

"কৈদৌবা ……! ঐনা চিংনরপ তৌনা হংখি।

"নত্তে, সোরারেনগী মচা মুপা হায়ববু কনানো ?" হা থৈত্থনা হংলকপা নৌবীগী ৱাহংনী।

সোরারেনগী মচা মুপীগা শকখংনবা মুমিৎতগী ওসি ফাওবগী হ়ৈরী —ঐগী থম্মোয়দা মচু শংহনা লৈহৌরী। ঐনা মাবু দময়োনা হুংশিরম্মী —ওসিমু মাবু হুংশিরি পুনসিগী অরোয়বা হুমিৎ য়ৌত্রিফাওবদি মাবু কাউগদবা অসিবু কৈদনো ? ওসি ঐগী পুনসিনা ফংলীবা মহৈ অসি মাবু হুংশিবগীনি হায়সিরা ···?

ঐনা নৌবীগী ৱাহং অদু পাউখুম পীখি —"অরোনবা অমম্মুং অফোংবা মুর্তিনি, ইনক হেক নক্না ওসিমকম্মু লৈরি —নোংমা অহিংবা মুর্তি অমা ওইনা লাকপম্মু য়াই।" ঐনা লৈতোন কোল্লপ তৌরগা নোকফেৎনা মখা থরম্মু তাখি —"ঐনা করিগুম্বা মুর্তি অসি নংগনি হায়রবদি ... ....?"

"নত্তে কৈম্মু ··· !" ইকায়বগী মওংদা মমায় লুকলপ তৌরগা হায়রকখি—"সোরা-রেনদগী কুমথরকপী লাইরেম্বী অমগুম চুং ফীরান চানা ফজরবা শাখেক শাবান অসিবু ঐগী করম্না ওইরুফম লৈরিরা ?"

"ওইরকপা য়াই — করিগুম্বা ....।"

"করিগুম্বা কৈদৌবা ....?" অমুকম্মু লাংতক্লহনা হংলকপা মাগী ৱাহংনী।

"লৈখোং শেম্বা হৈবা মালী অমবু লৈরবদি নহাকম্মু নোংমদি ময়েক লারবা মীংচংকী ইতিহাসতা লৈহৌবম্মু য়াই। লুরিবদি নংবু লৈতেংহনা শেম্বীরগদবা মুপা অদু কনানো হায়বা অসিনি ···?"

"অদুবুদি ওজা লৈরিসিদিনা।" নৌবীনা পউখুম অসি ইকোম হেক খুমদোরকখি।

"হোয়, নংনা ঐবু অদুক থাজবা অমবু থম্বীরবদি করিগুম্বা খরদি নংগীদমক ঐম্মু তৌগে হায়না খনবদি কুইরবনি। ঐনা নংগী নোংপোক খুলেনবু মহৌশাদগী হুংশিরকই —।" ঐনা অসি হায়রগা নৌবীবু মীৎ কুপ্পনা য়েংলম্মী। মমী অমা উরম্মী —মাগী শকফমগী মরুমদা !

"ঐবু অদুক মুন্না য়েংলগা তুমিন্না লৈরবদি কৈদৌরে ?" অনৌবা ৱাহং অমা তারকখি।

ঐহাক ৱাখলগী ইয়াইদা লুপলম্মী। পুক্লিংদা খনবা ৱাখল অদুমক চিল অসিনা ভাব মেন তাদনা হায়দোকখি —"নংগী নতম্পাক অসিদা ঐহাক পোকপনি, মফম অসিদা ঐগী কোয়ফাওনরবা পুনসিগী মোংফমম্মু নোংমদি শোয়দনা ওইবা তারবনি।"

ঐগী ৱাহৈ অসিদা নৌবীনা থীক থীক নোকথোরকখি —"হোয়নেতে, ওজাবু ঐগী ইতম্পাক অসিদা চাউখিবা ইচারো ···?"

"নং অসিমক ঐগী পাখোংগী মুর্তিন, অনকপা প্রামানগী ৱানি। ঐহাক

চৎলুবা য়াই নংবু থাদোকনা অহুবু অবোয়বা পরেংদা হল্লকনিংবগী অপাম্বা অমনদি কোৱক্কদবা লৈ। খুল অসিদা পোকপা, খুল অসিগী হিংবা, খুল অসিগী মবক তৌবা, খুল অসিদা মোংফম মচা অমতং থমলমহুনা ইতিহাস মচা অমতং লৈহোনবা হোংনবা হায়বা অসি ঐতগী মওনা খুনজা খুদিংগা লৌফম থোকপা পুনসিগী থৌদাংনি, ঐগী চাদা নৌদা শন্দোক্লবা হোৎনবতনা পুনসি কে বসি ঐদি য়ানিংদে।"

"অহুবু ওজা, মাওইনা পোকলবদি মচা মশুগী মীবোন অমদি শেমফম থোকপনি তেংবান মপুগী তঙায়ফম্রবা থৌদাং অননি হায়বস্থ য়াই — মহু নত্রবদি পৃথিবী অসি লৈরবগী অর্থ থোক্কে।"

"হায়বদি না লৈরবোয অসিনা? নত্তে, নহাকস্থ নচা নশুগী কুম্মৈদি য়েংনিংঙি নত্রা? নৈ, সেংনা হোৎনে অহুবু নোবা, পৃথিবী লুয়বগা মশক ওইববা মীবোন কয়ানা নংগা নো পোক খুলেনবু লোয়লমগী চেনাখোল মরক্তা হন্দোক্নু্না থম্মীবনবগী ঙসি ফাওবা নংগী খুলেন অসিনা নাগা মামান্নবা ঙমদবগী মুংঙায়তবা অমদি নস্থ ফাওদিবা নত্রা?"

"ফাওবি ওজা, মীগা মাগাগা মবক অসিদস্থ ঙসিগী খুন্নাই অসিদা শকাং তোঙানবা লোয় ঐখোয়বুদি সতবগী খমথেনা চাওখৎলবা মণ্ডর্শিংনা মীনায় মংশং-দোনা তেংবীবগা খল্লুবদি থবায় অসি প্রোক প্রোক হেক চাকলাবনি।" মুংঙায়তবা উৎতুনা হায়নকপা নোবীগী ব্রাহেনী

"ঙসি নংগী থমু দা চালাবা মৈ অহু নাংখিনা য়োকশিন্দুনা থমলগা নংগী নচা নশুগী মাবোনদা মৈথাঙ নাথহুনা পাউদমলম্বা ঙমলবদি মতুংদা নংগী খুলেন অসিস্থ সহরগুন্না কবিগী শাক মান্নবোয়দগে?"

"শোয়দনমক থমগনি — ওজা লৈখিদবা যাই ঐংঙোন্দগী হান্না অহুবু নংগারা তম্মীবম্বা পাবাদি নোংপোক খুলেনগী চাংযা অসিদা খোয়া মৈহুনা লেংঙৌবগী অচৌবা থৌদাং অমদি ঐহাকস্থ লৌহৌবা তাববনি!" নোবাগী অচেৎপা বাকৈনা।

নৌবাগী পাউথুন ঐহাক পেনখি। মতুঙান্দা অচেৎপা খাজবা অমা থমলম্মী। তমযাগী চিকলবা চাংখোং চাংয়া অসিদা নৌবীনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌহুনা ঐবু ঙাংজহৌবনি অহুবু ঙসিদি নহাক কদাযদা? নোংপাক খুলেনগী চাংখোং চাংয়ানা নৌবাগী বাবাবু চেৎনা কোনশিনহুনা থমলী। মহাক হিংলী হায়বদি থংভি। অদুবু মফম কদাযদা? ঐহাক হল্লকপগী পাউবু তাবদি, পাউ তানিংবগী অমদি ইশক উনিংবগী ইনাক্তা চেল্লক্নু্না মহৌশাগুম চপ লেপ্তুনা নোকলখিদ্রে …?

"Knownig my heart,s best treasure was no more;
That neither time, nor year unborn
Could to my sight that heavenly face restore."
— Words worth.



## ॥ ৩ ॥

## মীনোক মীৎয়েংগী মমী

ঐগী পুনসিগী অচাকপা মৈরী —মীনোক মীৎয়েংগী অর্থ লৈরবা পাখোং কয়াগী শরুক অমম্তু ফম চাওনা কনদুনা লৈরি। মহৌশা লাইরেম্বীগী ফজবা খিবীক্লা লৈতেংলবা খুঙ্গংগী ইংনা চিক্লবা চীংয়া অসিদা লৈতাহুনা লৈরবা মতম অদুদা মৈচাক খরদি নেমথরকখি হায়বা য়াই খঙ্গুং অসিদদি পেন্দবগী অচাকপা মৈরা অমা লোৎশিন্দুনা থমলম্মী। ঙাও-চৎনরবা লমলোং অদুগী লমথায়না কদোমদনো হায়বা অদু অহানবদা লুনা খোক্ক-লম্মী। য়াম্না হৈনরমদে খুঙ্গংগী পুনসি —পুক্নিং লৈতারমদে। মৈচাক হনস্থরবা মৈরী অদু অমুক নৌহৌনা চুখৎনবগী ৱাখল অমনা লৈরম্মী। চৈরক অদুদা মীনোক মীৎয়েংগী পাখোং …! খুঙ্গং পুনসিগী অহানবা লমজিনদা তাদুনা লৈরম্মী—চাউ-রবা ৱাহং অনিথক! খুল অসিদা মরা তাহুনা লৈরসিরা? থুনমক থাদো[illegible]না অমুক চৎথ্রসিরা? লৈথরগনা করি? চৎলগনা মফম কৈদা? ঐ ইশাগী ৱাহংনি—ঐ ইশানা পাউখুম পীবা তারম্মী।

ফুংথিল অদু ঐ কয়া হৈনিংখিদে। ঐগী ইংখোল মঙ্গুং ওইরপ্পা লৈরিবা লৌরী অসিদা ফমদুনা লৈরম্মী। পাউখুমগী ছিলায় পীবা তারম্মী। ইখং হেক খংহৈদে—তুংলোমদগী মী অমনা ঐগী মীৎ অনিমক খুমজিল্লকখি। য়াম্না খোৎনা মোন মোন লাওবা খুৎনি। হেকতমক খংবা ঙমথী, মুপীগী খুৎনী। মীশকস্তু অদুমক খংবা ঙমথি। অনৌবা য়াওনগী ইরাং থাংবী চন্নুরাগী মীনোক মীয়েংনা শুমহৎতুনা ৱাম্থরবা মীরোন, পেন্থো[illegible]না লৈবগী মতম অদু ওইরিবরা? মীনোক মীয়েংগী পাখোং চল্লিবা মূর্তি --নখোয়না কনানি হায়না লৌরিবা ·····?

ফুংশিবদি মমীৎ তাংবনি—ফুংশিবা অদু নত্তনা করিস্তু উদে। মদুগী শরৈ অদুনা থবক অতৈদবু মওং চুম্না শিজিন্নবা ঙমলবদি পুনসিদা অকবা ফল অমা ফংলোর ঐহাক ৱাখলগী তোরৈদা ঙৈহাক্তি তাওথবগুম তৌখিবরা? তোঙানবা সংসার অমদা মঙ্ মতেক অমা মংখিবরা নত্রগা ৱাখলগী মূর্তি অনিনা চীংয়াগী ৱারী অদু খুৎশেমগী

লীলা অমা উৎনব্বা হোৎনখিবরা ? অতুক কুইরবা ৱাবু করম্না ময়েক শেংনা নীংশিং-লুগবা ? মরু ওইবা মচং খরবুদি করিগী কাউরুগবা ?

খংহৌদম্না তাবা ফংখি —"নংগী খুমজিল্লবা মীৎ অতনা করি উই ?"

ঐগী পুক্লিংদা খল্লম্মী —"ৱাখলগী মীৎ অসিবুদি ফনমক খুমজিনতুনবসু মীৎতাংবা ওইহনবা ঙমলোয়, পেন্দবগী লম্মৈনা চাকথেকলবা চৌয়া তময়াগী অকোয়বা অসিবু উসিন্নদনা মুংশিবগী ইয়াইদা লুপ্তুনতা লৈম্মু হায়রিবরা ? অচাকপা মৈরক্তা হৌরকপা মীরোন অসিগী পুনসিদি মৈনি হায়বা খংনা খংনা মৈরানবী ওইবা তারবনি ...! ঐগী মীৎ খুমজিনহুনা ফনমক হোৎনরবসু থম্মোয়দা য়েকশিনহুনা থমলবা নংগী তংতানা কপনিংবা পোকলবা শকফম অত্তুদি মীৎলম অসিদগী মুৎথৎপা ঙমলোয় !"

থীক থীক নোকপগী খোনজেল অমা খংহৌদনা তারকখি—হেক খংনবা মীকুপ্তা খোইথুমলবা পরেং খরা শমথরকখি —"হৌখ্রবা মতমগী ইতিহাসপু হনগৎনা য়েংবগী মহুৎতা অনকপী ঐগী মুর্তিবু থম্নায় তানা য়েংবীরগা পেৎস্থারুবা হেৎনবীয়ু ! মীংখুম-জিনহুনা লাক্কদবা তুংগী পুনসিবু, তুংগী মীরোনবু মওং চুম্না শেম্বা ঙম্নবা হোৎনবনী পুনসিগী পান্দমনি। লাম্বা ফংলরোইদবা হৌখিবা মতমগী য়ুমফমদা ঐবু নোহৌনা করম্বা মওংদা লেপহনগে খল্লিবনো ?"

"সে, থাদোকউ ঐগী মীৎ ! ঐনা পাউখুম পীখি —"অনৌবী —অরিবী কুম-শিংগী মীরোন মরক্তা ঙসি চাকলীবা পেন্দবগী লাম্মৈ অসিবু উরুরবসু কল্লুরমু হায়তুনা ঐগী মীৎ খুমজিনগদগী হোৎনরিববু করিগীনো ? নংগী মুংশিবগী কুহাদা তারবা ঐবু মীনোক মীয়েংগী ৱাংমদা লৈম্মু হায়রিবরা ?"

"শোয়দনমক লৈফম শোকপনি ?" মেংলবা খোনজেল অত্তনা শমথরকখি —

"নংগী থম্মোয় অত্তুদা ঐহাক নত্তুনা কনাগুম্বী মুপী অমতগী মনী তাহনদবা অহু ঙমলবরা ...?"

"ঐনা চিল লেংলম্মী —"ঙম্নবা হোৎনরগে হায়তুনা লমদম তাম্না লাকলিবনি ....?"

থীক থীক নোকপা খোনজেল অত্তু হান্নদগী হেন্না হৌবা হেনগৎলককখি। লোয়নবা তাবা ফংখি —"দুংখিল অসিদবু অতুক শাখিনা চোয়রোন লোনহুনা মঙ মংলীবরা ওজা ....?"

"সে, নৌবী, থাদোকউ —নহাক লৈশাবী মপুং ফারবনী, মীনা উরগা করি হায়-খিনী খংবরা ? ঙসাইদগী নংনা ঐবু মীৎ খুমজিনহুনা করি পাখোং চল্লিবনো ?"

"নত্তে ওজানা ঙসাইমখৈ ৱারী শারিবা অতুবু কনাগনো ? ঐহাক লৌশনবা ঙমদে ৱাহৈশিং অহু।"

"সে, থাদোকউ হায়ম্মী —মীনা উখিনি, ফজদে।"

ঐগী মীৎ থাদোক্লগা মহাক ইমাংমক্কদা চংশিল্লকনা লেপলখি, নোকমী নোকমী।

ঙৈহাক লৈরগা ইকোম হেক কোম্না হায়রকখি —"ওজাগী মীৎ খুমজিনগনা চুম্নতা লক্লজবদা মীনা করি হায়দোয়নো ·· ?"

নৌবীগী অপংবা মতৌ নত্রগা চমনা পংশিন্নবগী খোওং অদু ঐহাক য়োনা খংবা ঙমখিদে। মতম শাংখনা লৈনবগী খুদোংচাবসু ফংবা নত্তে। ঐহাক ইশানা ইশাবু চিংনজরম্মী। মঙদা মঙ মংবগুম, ৱারীদ ৱারী ইবগুম্না ঐহাক্না মানি হায়বা কাউখোক-তুনা চোয়ত্রং পাত্রংগী ৱাহৈ খরদি ঙাংবগুম তৌখিবরা ···? ঐ খংদে মসিগী পাউখুম।

ইমংদা লেপ্তুনা নোকমী তৌরিবা ছাত্রি অমগী গুমহৎনফম ওইরবা শকফম অদু ওজা অমনা শাংখনা য়েংদুনা লৈবা চুমদমাল্লে হায়না খল্লকখি। চহি নৌরবসু মপুম মরৈ ফারবী শকফম অদুদা মীৎ কুপ্পনা য়েংজনবগী খোনা অদু ঐঙোন্দা লৈরমদে। নৌবী, ঐগী থুঙ্গংগী পুনসিদা নৌনা খেংনবা মুপী অমনি, ঐগী ছাত্রি অমসু ওইবতা নত্তনা ঐগী তোঙানবা মীৎয়েং অমসু য়েংজরিবা অরোনবা অমসুং অফোংবা মুতি অমসু ওইরিবনি। মুংশিবগী শকলোন কয়া মরুম লৈ —মদুগী মমুংদা নৌবীগী মুংশি-বনা ঐগী অচাকপা মৈরজা করি ওইরক্কদগে হায়বা অদুদা খনবা ঙমখিবরা ...? মাগী মীনোক মীৎয়েংগী পাখোংনা ঐগী পুনসিমজা করি নিংশিং থুদম খমনিংথিবা....? চীংয়া তময়াগী অকোয়বা অসিদা ঙসিসু মহাক চোংখোক্তুনা লেপলবগুন তৌরি।

"ছাত্রিনা ওজা লাক্লবসিবু হেক্কা য়াবরনে ?" ঐনা মায় লুকলপ তৌরগা হংখি।

"ইস ! ওজানসু ঐঙোন্দা পীক থন্না লাক্লবদো।" নৌবীনা মমাৎ লংখৎলগা নোংশিল্লকখি —"ঙরাংসু ঐখোয়গী য়ুমদা লাকলগা খংহনবদো ; ফাগী তৌবদো !"

"অদুনা ফাগী তৌবনিদনা, মীমাংদা লল্লবদি নত্তেদনা।"

"ঐসু ফাগী তৌবনি, চীংখোং অসিদবু কনাগী মীনা উগনি হায়বগে ···।" অবাওবা মমীৎনা কোয়রুপ কোয়রুপ য়েংলম্মী।

"হোয়, ওজাগা ছাত্রিগা ফাগী তৌনবা য়াই-ক্রস রুমদা, চিম্নটোরেল রুমদা। অদুবু লম্বী সোরোক্তা মীমাং পুমাংদা মতুমক হেক তৌবদি চুমদে।"

"নৌবীনা য়ানিংদবা উৎলকখি —"অদো ওজা, ঐখোয়গী স্কুলগী ওজাশিংনা ঐখোয়বু লম্বী সোরোক্তা লল্লরিবা অসিদি মীনা করিসু হায়রোয়দ্রা ?"

"অদুবু ঐদি নখোয়গী স্কুলগী ওজাসু নত্তে। অমরোমদসু ঐদি নখোয় তাচোগী মরুপনি, নংগীসু নবুং অমনি। ফরে, নৌবী, নংনা ঐসিবু নংগী কনানি হায়না খল্লি ?"

মায় খজিক্তং হায়গৎলগা নৌবীবু য়েংনা য়েংনা পাউখুম ঙায়রম্মী। ঙৈহাক্তি নৌবীসু মমীৎ কুপকনী হায়বা কাউখিবগুম করিগুম তৌদ্বনা য়েংলকখি —ঐগী মীৎ অনি তমনা। ঐনা খল্লকখি —"অসিরা মীৎ চান্নবা হায়বদো ?" ঐগী মীৎ নহাদা তারিবা মাগী মমী, মাগী মীৎ নহাদা তারিবা ঐগী ইমী, অনি অদুসু মপা শোয়দনা মীৎলোক্লখিবগুম তৌখিবরা ? মদু উরগা অমুকসু খল্লকখি —"মমী অসিরা মীৎয়েংগী

পাউখুম, মীনোক অসিরা ঐগী মহংগী পাউখুম।"

ফনা কুইনা লৈথোকনখিদে। ঙৈহাক্তি পুমচিক চিকখি। মীকুপ অতুদা ফাদোক-লুই ঐগী রাখল —মীৎয়েং অমসুং মীৎলোক্লগী তোঙানবা পন্দুপ অমা। নীংশিং-লকখি —মীৎ জুরা অনিগী মীনোক মীৎয়েং। ঐগী রাখলদি অসি ঙাকনি। রাখল অমা থল্লিঙৈদা তোঙানবা থোদোক অমগী মাম্নবা রাখল অমনা চয়েৎনত্তনা মতৎ মতৎ তংথিবসু কয়ানি। অহানবগী অতু অমুক হন্না নীংশিংখিদবসু য়াওখি। ঐগী ফাদোকল্লবা রাখলগী মমী অমসুং ইচেল অমা ঐনা লীরিবা রারী অসিদা ফনা ফজনা তারে হায়বা থংঙি। মরম অতুনা মতেক অমতংদি পনবসু চুমত্রা নীংঙি। নোংমাসু অশুম্না থোকখি, মীনোক মীৎয়েংগী মচু শংলবা থোদোক অমা!

লুংশিবগী মমী মচেৎ অমতসু চংহল্লরোয় —অকনবা তপস্যা অমা তৌরগে হায়না। চপ মংনা খনজরম্বা ঐগী খন্মোয় —মতুদা মতৌ কথন্না মমী তাথিবা, ....?

"হৈমা! মত্তা-অমনিনে —নহাকপু নপুনসিদা মুপী উত্রিবরা? ঐবু অতুক মুন্না নমীৎ কুপ্তমথে য়েংলীবা করিগীনো? শকখংদবা মুপা অমনা শকখংদবী মুপী অমদা অহুম্না য়েংলীবা করিগীনো ...?"

রাসি লৈবী মুর্তি অতুনা নোকমী নোকমী ইমাংদা লেপ্পুনা লৈরবদবু য়েংদবা ঙমফম থোকপরা? চমনা ফজরবা শকফম অতু ঙমহৎপা অমা য়াওই, থাজগী মঙালদোনা মেংলবা মায়থোং —য়েংবগী পেনবা নায়দবা অমা পোকহনখি। খোন-জেল অতুনা ঈশৈগী অমেংবা মুরগুম্বা থম্মোয় অসি পেৎথোকহনখি। মনাক্লগী খোং অসি পাক হেক থাংদোক্লুনা চৎপা ঙমখিবরা?

"মীৎয়েং অসিনী শকখংনবগী অহানবা পরেং —মীনোক অতুনা চান্নবা অমসুং নকশিন্নবগী অনিসুবা পরেং!" ঐনা কোচিং অমা কোৎশিনবা হৌখি।

"আই! আই! মী-জাৎ অমনিনেহে —কিজরেদা ...!" মহাক নোকফেং তৌরম্মী —তুং হন্না হন্না হন্দোক্লবা হেংনতুনা মথোং থাংদোকলম্মী।

ঐনা মনাক নকশিন্নবা হোৎনরম্মী —"ঐহাক্না নহাকপু থওইনা য়েংজবসু নত্তে, ঐগী শকফমগী ইমীবু য়েংজবনি।"

"নংগী শকফমগী মমী? কদায়দা তারিদা? মঙালসু লৈতনা কদায়দগী মমী?" মহাক্না অসি হায়রগা কায়রৈ লৈত্তুনা য়েংলম্মী।

ঐহাক য়াম্না নোকনিংবা পোকখি ...। মখা লোথৈ —"ঐগী মায়থোং অসিদা নহাকসু অমুক্তং য়েংলকউ।"

"রাসি য়াওখিদ্রেদা!" নোকমী নোকমীদি তৌরম্মী।

"ক্লাস. ১৩ সুবা রাসি অতু ঐগীনি! সে, নংসু অমুক্তংদি য়েংলকউ ঐগী মায়থোং

"ইস ! মায় কনথ্রেদা !" মমীৎনা নোকলম্মী ···।

"খজায়দি খরদং থোৎপনি।" ঐনা অসি হায়রগা খজায়দা খুৎনা পায়রগা উৎখি।

ঐগী অচম্বা ফাগীগী অর্থ অসিনা নহাকপু শাওখিদনবা হোৎনখি —"ঙাকপীগনি ! ঐদি খরা ফাগী তৌগল্লি —থেংনবদা ঙায়রিবী ইবেম্মাগী মফমদা হেনজিনখিবা মহৈ।াওরবশু চুম্নতগী অঙাওবা পাখং অমনি খনদুনা ঙাকপীগনি—অহুবু নংগী নমীৎ অহনা ঐবু অমুক্কংদি ··· !"

"আই ! আই ! শুম হেনজিল্লকইনেহে !"

"সেনে, অমুক্কং — করি উবগে হায়বা অহুতংদি য়েংহৌদা ....।" ঐনা তাকশিল্লম্মী।

"নংগী নমীৎ অহুদবু করি য়াওরদনা - ?"

"য়েংদ য়ংঙু —উগনি কৈনো অমা ...... !"

মমায় লুকলপ লৈরম্বা মায়থোং অহু ঐগী অনম কনবা মতৌ অঙদা য়েংদবা য়ারোয়দোরে হায়বগী ৱাখল অমা খনখিমাল্লে —ইকায়রপ তৌনা খজিক খজিক হায়গৎলক্কুনা য়েংলকখি —ঐগী ইমীৎ তম্না। মুপ্নগী মিকুপ অমতং মীৎলোক্লখি। মতুগী খুদোংচাবা অহু ঐনা মাংহনখিদে —"করি উই ? ঐগী মীৎনহাদা তারিবা নংগী শকফমগী মমী অহু পুহুনা চৎলবনি।"

ঐহাক চৎকদবগী তৌশিন্নরম্মী – মাংলোমদা খোংথাং অমা থাংদোকলুই,—মখা তানা থাংদোকপদি ঙমখিদে। মায় সৎ ওনশিনদুনা নোকমী নোকমী তৌরম্মী —"নওে, নমা অসি পুখিশু হায়রিবরা ....।"

"হৈম ! ইকায়জরমে !" নোকফেৎ তৌরগা ইকায়বগুম মমায় লৈথোকখি।

"ফরে, ঐহাক অমুক চৎলগে, মতুংদা অমুক উনবা হায়বহুনি।"

"কবি, মতুংদা অমুক ? ' মমীৎ শুকতাক্কুনা য়েংলকখি —"পুলিসনা কোয়তান তান্নরবলবা মহা চুরাম্বাবা নংগা মতুংদা অমুক উন্নগদবগী মরমসিবু লৈরিবরা ?" ফাগী ওইনা ইচম চমনা হায়রকপা ৱাহৈনি।

"অমবু ওইরবশু, ঙামু খুম্নু হুরানবা চুরাম্বাবদি নত্তেদনা —পুলিসনা হেক তান্নরবা মী খুদিংমকপু ফত্তবা ঙাক্তনী হায়দুনা লৌবীগনু —হোয়, ঐহাক আইনগী য়েক্করবনি অহুবু ময়াগী য়েক্কবা অমদি নত্তে ....।'

মহাক্না ঐবু হান্নদগী হেন্না কুপ্না য়েংলকখি। ঐগী সম্পৎপা পুনসিগী ৱারী খন্নবুদি মরিক চুম্না লৌদুনা তাহনগ্রবনি। মীনুংশি অমা মঙোন্দা ফাওশিবগুম তৌথিবনি। অহুবু মোমোন নোকপা চিনবান অহুনদি কুম্বৎমরবা থম্মোয়গী য়ারা ফোংঙমদবগী মওংদা চুম্নতগী 'চুরাম্বাবা' হায়জখিবরা ....?

মহাক্না ঐগী থোং অমা হাংদুনা লৈরে হায়বগী মত্তৌ অমা উৎলদুনা হায়রকখি—

"মতুংদসু লোৎপা লাকখিগে হায়হনা খনবিরিবরা .. ?"

"শোয়দনমক লাকপা য়াই ……?"

"ইহে ! ইকাউবু কাউই --!" মহাক্লা থংনিং হেক নীংশিংলকপগী মওংদা হংলকখি —"অদোমগী মীংবু করি কৌবীবগে ?"

"মীং ! ঐগী মীং ? পুলিসতা পাউ পীরুগেরা ? চাউবা কৌদে, তোম্বসু কৌদে —মতুং উন্নবদা হায়রগে।"

"নত্তে, মতুংদা অমুক উন্নগদবগী মরমবু লৈরিবরা …?"

"হোয়, কনানা খংবা অমুক উন্নবা ফংখিদবসু য়ারি – পুনসি অসি অঙাওবা নোংলৈ মুংশিংনা কোয়শিনবা হৌরকলে। ফরে, লৈহৌরো, মতুংসু অমুক লোৎপা লাকউ হায়রিবরা ..?" ঐনা নোকফেৎ তৌরগা নোৎশিনখি।

"লাকপীসু কৈসু ....!" নোকমী নোকমী তৌহনা থোঙ্গাল কয়াদা লৈহৌই। পুনসিগী হৌখিবা মপোক লাংওন অমগী রারীগুম্না লমদম তান্না লৈহৌরবী মুর্তি অহুনা, মাবু নোংমদি শোয়দনা লৌবা লাকখিগনি হায়বগী অচেৎপা খাজবা অমগা লোয়ননা ঐবু হেক উরিমখৈ চিংনা চিংনা য়েংহনা লৈহৌই।

মাগী মমী মরুমদা উরন্মী-মুর্তি অমা! ঐগী কোয়ঙাওনরবা অমদি মওং মরিল নাইদবা পুনসি মরেল – হিংবগী আশা খাদোকলুরবা রাখল—অনৌবা মঙাল অমা পীবগুম তৌখিবরা ....? ঙসিদি মহাক কদায়দা .. ?

ঐগী মীংয়েং —ঙসিসু মীংলোক্লরি—অহাংবা অতিয়াগী ফিজিল অমসুং পৃথিবীগী ফিজিল! মসুং অসিদা মহাকপু ঙসি হিংলিবরা ....? নোংপোক অমসুং নোংচুপ চীংখোং অসিগী লাপ্পরবা লমদম অসিদগীসু হেন্না লাপথোক্রে মুর্তি অহু! অহাংবা নত্তনা করিসু উদ্রে —কৈহাৎং পুমচিক চিকখিবা অহুকৈগী চীংখোং, মীকুপ অমতং মীৎলোকনখিবা মীংজুরা অনিগী রারী, ঙসিদি নীংশিং খুদমগী অচিকপা মরক অসিদা ঐহাক ইত্তোমতনি। অহুবু করম্না কাউগনি —মুমিৎ অহুগী রাহং অমসুং পাউখুমগী পাখোং —

ঐনা অচিকপা অহু থংথু থুগায়হনা হংখি —"নৌবী. ঙসি নংনা ঐবু অহুক মুন্না য়েংলিবদি করিনো ? মহুরা ঐগী রাহংগী পাউখুম !"

নৌবীনা অহুগুম্বা অর্থনা মরেপ থুমহৎলবা মীয়েং অমনা ঐঙোন্দা খক য়েংখিবা লৈতে। ঐনসু মাবু খক য়েংখিদে, য়েংনবগী খৌনাসু লৈখিদে। মরমদি মহাক ঐগী ছাত্রিনি, ইচল অমগুম্বনি। অহুবু মহাক্লদি ঐসিবু মাগী করি ওইনা খনখিবনো ? রাহৈনা পাউখুম পীথোকপা ঙমদবদগী মীৎয়েংনা পীরে হায়বগী থুদম ওইনা ঐগী মীৎ নহাদা মাগী নীংখিরবা শকফমগী মমী তাহল্লিবরা …? অচিকপা থুগায়খিবা ঐগী রাহং অহুনা মাগী মমীৎ কুপহনখি, অক্তিং অকাই ওইনা হংলকখি—"হা! করিবো ওজা ..?"

"কৈস্থ নত্তেদা।" ঐনা রা খেত্নুনা চৎথৈ "নৌবী, ফম্মু —ঙসিদি নঙোন্দা রা খরা হংবা তারে শেংনা খুমগদবনিকো।"

"শেংনা খুম্বা য়ারবদি খুমগনি।"

"অহ্নুনা তাকপদি ওইদবস্থ ঙাংগনি অসিরা?"

"রাফম রাফমনা পুরে ওজা।"

"ফৈ, ফৈ! ঙসিদি নহাকপু চাং য়েংবা তারেদো।"

নৌবীনা অত্তুক রাঙাং হৈরমগনি অমদি মরৌ লৈনা রা ঙাংলকনি হায়বা অসি থাজরমদে। ঐগী পুনসিগী চীংখোং পন্দুপ হৌগৎলকপদগী লোয়নরকলবী নৌবীনি। ছাত্রি অমস্থ ওইহ্নুনা খা কয়া লৈমীন্নরকলবী মহাক্না নোংমা ইথা থাজদনা ইমাংদা মীৎয়েং নায়েং মতা অমা তৌরবা য়াই হায়বা অসি কৈদৌঙৈদস্থ খনবা ঙমখিদে। মীকুপ অত্তদা মাগী থম্মোয় অহ্নু করম্না তৌরমগনি হায়বহ্নু য়াম্না খংনিংখি। ঐগী শক-কমগী মমী অমা মাগী থম্মোয়দা য়েক্তুনা থমথ্রবর হায়বসি চিংনিংঙায়নি ....।

"করি রানো ওজা?" খংনিংনা হংলকখি

"ইবানীনা চীংখোং চীংয়াদা অস্থুম্না হেক হেক ফম্মীন্নবা অসি নখোয়গী ইমুংগী মীনা উরবদি করি খনখিনী —করি হায়গনী ·· ?"

"কৈস্থ হায়রোয় —ঐখোয়গী ইমাখোয়স্থ পীক থন্না উথ্রে। তাচৌনবু হেন্না ওজাগী চাক এনসাং খোংবা থাকপা খরা খরা তৌবীরুসোহ্নুম হায়।"

"উথ্রে, কৈস্থ হায়দেয়ে।" ঐহাক্না য়াম্না পাখংনা শোনখি —"এঃ অহ্নুদি কিরেদা! নখোয়গী তাচৌনা অতৈদি করি করি হায়?"

"ওজাবু নবুংমকনি খল্লুস্থ হায় —ওজা অমা ওইনা লোয়নৌস্থ হায়।"

"নংনদি ঐবু নবুংমকনি হায়হ্নুনা খল্লবরা?"

রাহং অসিদদি নৌবীনা য়াম্না ইচং খোনা পউখুম পীরকপা ঙমখিদে। ঙৈহাক চোন্থরগা লরুবগুম করিগুম তৌহ্নুনা ঙাংলকখি—"করিগুম্বা ঐনা খনদে হায়না খুমজরবদি ....?"

"অমুক কোথদ্রবস্থ ঐবু নংগী ওজা ওইনদি খনবা নত্রদো?"

"উম!" য়াম্না হরাওনা পেনজবগী মতৌ উৎলকখি।

"ফরে, অহ্নুদি হায়য়ু —ওজা অমগা ছাত্রি অমগা কদায় ফাওবা মরী লৈনবা য়াই ....?" লৈয়েং ফাবা ঙমহৌদবদগী নাম্থোকখিবা রাহংনি।

নৌবীনা মুপ্পগী মীকুপ অমতং মতম কায়খোক্তুনা খল্লুরগা য়াম্না শিংনা খুমলকখি, "লৈবা য়াই মতম কুইখনা - করিগুম্বা ... ...!"

"নংমা মহ্নুমক পামলীবরা?" কিৎ নমশিনখিবা ঐগী রাহংনী।

নৌবী ইচম চমবা মুপী অমা নত্তে, হৈ-শিংনা হেকতমক খুমলকখি —"হোয়, ওজা

অমা ছাত্রি অমা ওইনা ! অদুগা ঐগী কঙাওনরবা পুনসিবু লৈশেঙ্বীবা অমসু ওইনা !"

"পুনসিবু লৈশেঙ্বীবা হায়বদি করি অর্থনো নৌবী ?"

"ওজানবু অদুফাওবা খংন্নবদি তোকও !" খুবহ খুমলকখি।

ঐনা নৌবীবু অখোয়বী সুপী অমা ওইনা শেমনিংলম্মী —ঐগী কান্নগদবা মরমগী নত্তে, নোংপোক খুলেনগী চিদায়দা অখোয়বী সুপী অমা লৈ হায়বা অদুমতংদি মীপুমতিংনা খংহননিংবগী রাখল অমনা মাবু মশক থোক্লবা শেমনিংখিবরা ? অদুবু মাগী রাহৈ অসিনা করি পাখোংগী অর্থ অমা ফুমলীবনো হায়বদু চিংনরম্মী।

"করম্বা মওংদা নংগী পুনসিবু লৈশেঙ্বীম্ন হায়রিবনো ?" ঐনা লৌ অমুক হৌরম্মী।

"ওজাগী অখোয়বী ছাত্রি অমা ওইনা ...... !"

ঐ খংঙি —মহাক্লা মসিমক খুমগে হায়না খনখিবা নত্তে। খুমনিংঙায় লৈরবসু খুমদোকপা ঙমদবদগী থয়াইনদুনা লৌশিং তৌখিবরা ? খুমলিবা অদুমক্লা অচুম্বা ওইরম্বসু য়াই। ঙসি ফাওবসু নৌবীবু মশক মুন্না খংবা ঙমদ্রি হায়বা য়াই। লৈচিল নোংফাদৌনা হেক হেক তৌখি। মীকুপ অমগী মমাংদা ওইরম্বা নৌবী অদু মীকুপ অমগী মতুংদা থক ওইখিদে হায়ব খংঙি— শকলোন পুবী অমদৌনা অরেপ্পা শকফম করিনো হায়বা ফাওবা খংবা ঙমখিবরা ? মতুদা মাগী করি তোংজবা লৈরিগবা ?

মানা ঐবু সুংশি হায়ববুদি খংঙি অদুবু করম্বা মওংদনো হায়বা অদুমদি খংবা ঙমদ্রি। ঐনসু মাবু সুংশি —করম্বা মওংনো হায়বা অদুমদি লেপথোকচবা ঙমখিবরা,?

ঐগী রাহংদি থক লোয়বা লৈখিদে —"ঙসিমক ঐনা নংগী ওজা ওইবা থাদোকলবদি, নংনা ঐবু কনানি হায়দুনা খনবা তারিবা ?"

ঐ ঙাকখি—থমিং অদুদা নৌবীগী লৈয়েংদা লাই তোংখিবরা ? ছরক শিহনবা তৌদম্না হেক্কা খুমলকখি—"ওজা হায়বা অদুদি লাইরিক তম্বীবা তোকথবসু ছাত্রি অমগী মফমদদি ওজা অমা ওইদুনা লৈফম থোকই হায়না খনজে।"

রাহং ময়াম অদুগী মনুংদা ঐনা খাইদগী পেনজবা অমসুং খুমহননিংবা পাউখুমদি অসিতনি। মরম অদুনা নোকমী নোকমী তৌনা অমুকসু হংঙি —"ফরে, নৌবী, নংগী ওজা অমদগী নংনা তম্বা য়াবা পুনসিগী করম্বা বীষয় লৈরি ? ঐনা চংত্রিঙৈদা তম্বীবা য়াবা পুন্নমক তম্বীনিংঙি —।"

"বীষয় অমতংদি রাংলীবরা নিংঙি . ?" নমীংনা নোকলম্মী।

"মতুসু তম্বীম্ন হায়রিবরা ....?" ঐনা পুক্নিংদা খনখি —"নোংমদি নংবু কায়নবগী পীরাং শিম্বনগনি ....!"

"নত্তে, ওজাবু কদায়দা চংকে হায়রিবনো ...?" রা নৈংদুনা অমদি খংশিন্নদবা শাদুনা হংলকপা রাহংনী।

"হৈমা ! নোংমদি ঐহাক শিখিবা য়াই —নংগী নোংপোক খুলেনবু খাদোকফম থোক্রা ? মতুগী মমাংদা নংগী অনৌবা শকফম অতুতংদি য়েংনিংবনি ! উন …নোবী ! নং ঐবু মুংশিবরা …?" ইচম চমনা শমথখি।

নৌবীনা ইকোম হেক কোননা অমস্থুং য়াম্না চমজবগী মতৌ অমা উ'তুনা খুমলকখি —"মুংশিবো ! ওজাদি ঐবু মুংশিবরা ….'"

"মুংশি ! মবু' অমনা মচল মুপী অমা মুংশিবগুম। ওজা অমনা হায়বা ইম্নবী ছাগি অমা মু'শিফম থোকপা মওংদসু মুংশি অতুগা অমুকসু নংবু মুংশি পাখোং ওইনা …?"

"কয়া কুইনগীনো ওজা ?" খরা তনথরপ তৌনা হংলকপা নৌবীগী বাহংনি — "অতুগা পখোং হাংবদি করিনো ওজা ?"

"নহাক্না ঐসিবু নংগী নবুংনী হায়দনা থনজরিবা মথৈ অতুগা ঐনা হিংলীমথৈ …।"

বাহং পাউখুমগী লানফমনি মুমিং অতু —ছরক শিহন্দনবা হোৎনবদা য়াম্না শান্না লানবা অমা য়াওংগ্রে হায়বা খংলম্মী। মতুমক্তা খুদোংচাবা অতু নৌবীনা লোতুনা হংলকখি —"ৎসিদগী ঐনা ওজাবু ইবুংনি নত্রগা ওজানি খনদ্রে হায়দুনা খুমজববদি —…!"

"অতুদি ঐসিবু করি ওইনা থনগে হায়রিবা …?"

নৌবী মাযশীরে, হান্নগুম্না ইচং থৌনা খুম্বা ঙমখিদে। অর্থ লৈরবা মীনোক মীয়েং অমা তৌবগা বাকোয় অমদা পুথোক্তুনা নোকখোরকখি —"ওজাগী বাহং অতু য়াম্না লুমনগ্রে, মতুগী পাউখুম পীফন খংদ্রেবো …!"

"ফৈ খুমলমু ! নখোয়গী ইমুংনা ঐগী মরমদ করি করিদি ঙাংনৈ।"

"ফৈ, মুংশি হায়নৈ অতৈদি তাদেবো ?" তুবৎ খুমখি।

"অম্মুম্না ইবানী মুংতিগী ফম্মীন্নবদা করিসু ঙাংলোয়কো ?"

"ঙাংলোয়, নহল মথৈসু ফলম্মীন্নরিতুনি। নত্তে; ওজাবু চংলনি হায়না তায়, চুবা ?

"হোয়, মতম খরা ইম্ফালদা অমুক লৈরুসিরা খনবনি —মেন তাদ্রিদা।"

"ইম্ফালদা কনা লৈহৌবগে …?" চিংনরপ তৌনা য়েংলকখি।

অর্থ লৈরম্মী নৌবীগী বাহং। অতবু মাগী বাহংগী কোচি অতু ঐনা ইরাই লায়হনখি —"কনাসু লৈহৌদেদা, চ নিংবগী মরমদি লৈ —হায়দ্রু, করি ওইরম্বা য়াই ?"

অম্মুম্না বাহং কয়া, মুমিং কয়ানি— নৌবী অমম্থুং ঐ। মীনোক অমম্থুং মীংয়েং ! চীংখোং চীংয়াদা হৌখিবা মতম —ঙসিসু ফনা ফজনা নীংশিংবা ঙমলী। বাহং অনিতংগী পাউখুম থীরম্বা অতনা মমৈথংদা করি ? অহানবদা শকথংদবা, শকথংদবী মীনৌ অমদগী ওজা, অমম্থুং মবুং, মথংদা করি ……? থমখিগে পাখোং অদুগী পাউখুম !

অসুম্না চৎখরকখি —ঐগী কণ্ডাওনরবা পুনসিগী চীংখোং চেপ্টর। করি থোক-লগদগে হায়বা অদুমায়ান্না খংনিংখি। খাজরমদবা কয়ানা অচুম্বা ওইগ্রবরা? ওইনিংবা ওইখিসমু! অমম্বদা পোৎ খীহুনা কোযনা চৎপা মীৎতাংবনি, পুনসি হায়বা অসি!

মরম অদুনা য়েকপা হৌখি--মীৎতাংবীগী মুর্তি! অদুবু করম্বা য়ুমফমদা কনাগী মুর্তি অমসুং শক্তমবু পান্দম লাক্তুনা য়েকখিবনো?

ঘনা য়ায়বু কাউরকলে—মতম অমগী রাফম। অদুমকপু নীংশিংলী পরে খবা, মচোয় মচোয়....। নোংমসু হায়জিল্লু, ই মুর্তি অদুগী মনাক্তা—রাহৈ কনানি, মীনোক মীৎয়েং!

"অং! অং! হৈনা হৈনা তুম্মুকো—নমঙ নহাদা ঐবু উজনিকো .....!" থোঙ্গাল ময়াদা লেপহৌই লমদম তান্না।

"নহাক উবোয়দবা মঙ হেক মংলুবগা লোয়রেদনা!" মাবু য়েংনা য়েংনা মখা তাখি —"নংগী নমীং অদুনা মী অতৈদদি পংয়েং য়েংলুগকো। ঐগী ইমী তাগ্রবা নংগী মীৎ নহা অদুদা কনাগুম্বা অমগী মমী তাখিবা থোকলবদি কবি তৌগনী খংবরা, নমীৎ অদুদি মী শিনিহে—!"

"নংদি—?" মমীৎনা নোকলকখি -"হোয়, মীনবুদি ঐগী মীৎ অসি গান্না ফজ্জৈ শুমহৎনফমনি হায়নৈ —অং! নংদি শিরোয়দনা..?"

ঐগী মীৎতাংবীগী মুর্তি, মঙোন্দগী মপুং ওইনা হৌরকফমনি হাযহুনা খনবীবিবরা? মুর্তি অদুগী মায়থোং - মাংথোং অদুগী মীৎয়েং অমসুং মীনোক — ৎসিম্মু মমী শমী কাউবগী থেনা নৈত্রিনিনি! 'মনীং ফজবা মুর্পী' অহ নংখোয়না কনাগি হায়দুনা খনবারিবা? ঐনা পাউখুমখি—"ঐবুদি করিগী অমুক শিরুবগনি—!"

নৌবীনা অমুক নৌনা হংলকখি—"নত্তে, ওজাবু চৎপদা লেপলবরা?"

"ঐদি অকেনবা উনানি — মুংশিৎনা পুবা মায়কৈদা কোয়না পায়বা তায়...।"

নৌবীনা নোকমী নোকমী তৌনা ফাগী তৌরকখি —"ঐখোযগী থুল অসিদা অসুম লৈবোদা—খাপ্পা চংতুনা অমুক থীরুদ্রবসু লৈরম্বা য়াই-ইনক নক্না মফমসিদমু!"

অসি হায়রমলগা ইনাক্তগী হৌগৎতুনা চেনখি, মাংয়েংগী রাংমা লানখি।

ঐনা ৎকলপ্পা হংহৌই —"হা করিবো ...?" পুক্রিংদা রাহং অমা লাকখি — 'পোকপদগী লৈরকলবা থুল অসিগী লৈহাউবু ফরিবরা? মতম চানা লৈমায় অসিগী অনৌবা লৈহাউ অমা হাপহৌর্দবা তারবদি কয়া কুইনা হিংখিনী ঙুংগী মীরোন·?" নত্তে, লমসিগী লৈহাউবু ঐনা অমুক মুংশিরিবসিবু করিগীনো......?"

"Across the gateway of my heart
I wrote " No Thoroughfare"
But love came laughing by, and cried ;
"I enter every where " - Hebert shipman



# ॥ ৪ ॥

## উনা লেংবগী পাউ

ঐগী পুনসিগী অনৌবা পাউ অমা —মুংশিং শি তনা উনা লেংবা হৌরকলম্মী। ঐগী পাউ হায়বা অসিমক্তবু হেক্তা লৈকায় শাৎলী। মহৌশাদগী নি বৈনো অমতং তৌবা য়াদে— মীনা হেক্তা মতানরম্মী। পাউ তাবদি মুংঙাহৈরগা মহে ফংদনা তোকখিবসু যাম্না য়াওখ্রে। পাউশিংগী পাউধাক্না পুনসি অসিনকপু তেংগাল্লী চুহনবসু য়াওখিবরা? অসুম্না চীংখোং পুংসিগী অহানবা লনজিদা পাউ অনসু নীংফুং নীংকুং তাবা হৌবকল।

চহি কয়া মমংগী পাউ —নীংশিংবা ফববা থ ম্মায় অসিনা ঙসিসু নোহৈনা নীংশিংলী। মুমিদাংৱাইবমনি। ঐহাক উতোমতা চীংদোম্দ ফমহ্নুনা 'মাগী' মায়কৈ থেংডু ৱা লৈরম্মী। কনিগুম্বা ৱাখল অমদা য়াম্না কঙাওনরম্মী। অসুম কোয়রৈ লৈহনা যেংথোকখিবদা ইবেংবী লাকপীবা অহু উরম্মী। মহাক্না ঐগী নাক য়ৌরকত্রিঙৈদা মাগী নরম খরদং হায়হৌবনা চুম্মী।

ঐগী খুঙ্গংগী মরুপশিংগী মনুংদা ইমোবী অসিনা খাইদগী নকশিন্নহনা তিনৈ। মহৌশা কলেজ তমলীঙৈদগী খংনরক্লবনি খুঙ্গংদা লেংনরবা মতুংদা ইতাউ শানৈ। ঐগী পুনসিদ অচৌবা থোদাং লৌহনা লাকলবা মুপানি। খুন অসিদা মহাক লৈহৌরী হায়বগী অচেৎপা খাজবা অমা লৈরম্মী। মরম অদুনা 'ঐগী চান্নবীবু' মহাক্না ঙাকশেনবীহৌগনি হায়বগী মুংশা থাখিদবনি। অদুবু ঙসিদি চাংখোংদগী মাংখিবী হুপী অদুগী পাউথুম মহাক্না পীবা ঙমদ্রে! করম্বা সরক্, মহাক মাংখিবনো হায়বা অসি মহাকতসু নত্তনা খুনজাশিংগী মফমদা চপৈনবা ৱাফম অমা ওইহনা লৈহৌরবনি। লৈখিগু ৱাফম অদু মতম কুইনদগী মবুক শেংলবনি অমদি য়োনা থাজবা য়ায়বা মরুপ অমনি হায়হনা খনজরকলবা ইমোবীবু ঐগী শম্মোয়না চিংনবা অমদি লৈবগুম তোরবরা …? পাকলবা ইয়াইদা নাইতোমনা শাৎহনা লৈহৌবা সনাগী থম্বাল অদ ইমোবী অসিমক্তী ছরো অমনা মাংহনখিবনি হায়হনা খনবদি ঙমদ্রি। ইমোবীগী লমচংতা থোযদোক্না ফাত্তবগী মমী অমদি উবা ফংখিদে। অদুবু কনানা থংবা মীগী মপুকনেলবু ....? অমদু ওইরবসু মুম্মিং অদুগী ৱাফম অদু হাম্না লোয়শিনখিগে।

ঐগী ইনাক্কা ইমোবী কাখৎলক্লুনা ফমলে। নীংশিংলী, মুমিৎ অহুদা ঙাংনখিবা দায়লোগ কয়া। প্রোমটর য়াওখিদে। কাংথক লীলাগী সীন মক্তে, পুনসি লীলাগী তশেং তশেংবা সীননী। প্রোমটরগী মথৌ তাখিদো।

কৈদৌরে ওজা, ঐখোযদকা ইবাক লাবক্রবদি ?"

ঐনা মাগী রাসংগী পাউথুম পীবা তেংদনা ওনথৎতুনা হংখি —"কৈনো, নংনা ঐঙোন্দা ওজা কোথৎলকলীবদি করিগীনো ? ঐবু নংগী ওজারো ? নমায় ঙাওহু বন্ধু!

"থুনগী মীনা কৌনবত্রুদা ঐমু কৌবনা চুমী খনজরে।"

"অংদি মপী লাইরিক অমা লৌরুসো চৎলু।"

ই.মাবী নোকখৎলকখি। মহ নেমথরগা কোচিং থাংলপ্পা তোঙানবা রাহং অমা হংলকখি —"নথন্তা চীংদোন অসিদা ফমহুনা লৈরিবহু তনত্রা ?"

"তম্দহুনা ফমলীবা ঐঙোন্দা নথৌমক ওইনা হংলীবা নংবু তনত্রা ....? '

ইমোবীনা ইকোম হেক কোয়া অমমুং লক্লবগী মওংদা শমথরকখি —"হোগদা নংবুদি কদায়দগী তনগনি ? ফনবু য়েংফন চাযনে —নংনা ঙসিদগী য়েংখবা অমহুনা য়েংখৎলকপা —মীৎয়েং অমি অহুনা মীৎলোল্লহুনা নোরবদা মপাল নায়দবা মুংগায়বা অমা ফংবদগী চংথোকনিংদে —নত্রা ..?'

"কনানো অমহু হায়বদি ...?" ঐনা মীৎ শুকতোক্লম্মা।

"এরা অমুক কদর ফদর তৌহনা খংশিন্নদবা শারুহু —অমদো অমদো । নংনা মমীং তেংঙানবা অমমু খোনবদায়নে, কবিয়ে মাগী মমীং অহুবু —এরা লৈংতোনদ লৈরে। কাউখ্রেদো —বুদ্ধিনা ফাত্তবসিমু মহানী।"

"ইতাউ, কনাগী রানো নংনা ঙাংলীবা অহুবো ?"

"মুংশিৎ শিৎতনা উনা লেংবা হৌনদেনে ইতাউ! য়া য়া, রা র., ঙাংহুনা লোয়রপোৎনী —নংনা ফনা লোংনবা হোৎনহুনমু চেনফম কৈদনো ?"

পেন্দবগী ময়েক লারবা নোংলৈ মুংশিংনা মায়কৈ মরী শুমদায় মপালদা শিংপা হৌরকলবরা ....? লোম্না লৈজরম্বা লালোই নহা কয়াগী ইরায় ইনীল —মায়থাবগী মরম লাকখিবরা ...! ঐহাক পীং লাওরম্মী —ইমোবীগী মচেক য়ৈবা রাফম অহু। পুনসিদা থাজরমদা রা কয়ানা অচুম্বগী শক্লম লৌহুনা লাকলবরা ? ইমোবী। অম্মুম্না নোংমা হায়রকপা য়াই হায়বা অসি খনবা ঙমখিবরা ?

মুংশিৎ শিৎতনা উনা লেংবা হৌনদে হায়ববুদি মহায়নৈ, ঐহাক মপুং ফানা য়ানিংবদি রাৎলী। মুংশিৎ শিৎতবা মতমদমু উনা লেংবা উখ্রে। উচেক অমনা উশাদা তোংলবা মতমদা ঙাহাক্লং ওইরবমু উনা লেংঙি! মখৌ লৈতবা মী অমনা উপাল অহুগী মউদা কোনশিনহুনা নোমলুরবমু উনা লেংঙোয়দবা অসিবু কৈদনো ?

মরম অসিনা ইমোবী বু মরাল শিহুনা ঙাংখি —"মুংশিৎ শিৎতনা উনা লেংঙি,

শুংশিং হায়ববু ইতাউ নংনি, নংনা লেংহনবা উনানি। নত্তে, ইতাউ করম্বা পাউশি ৱানো ?"

"য়াম্বেমগী ইবেম্মা অহুগী ৱানা খুল অসি শাংলবনি।"

"নংনা শন্দোকপা তোকঙা মওইরিনি !" ঐনা চৈহংখি।

"মত্থদা করি অকায়বা লৈ ? ঐনা উনা লেংহনববু ওইরবসু অমনসু ওইরবসু লেংদি লেংলেদনা ?" ইমোবীনা মমীং লাওথোকলহনা মথা শমথরকখি —"নংগদি ফনবু জুরা চারিনে —নংগী নমীংনা 'বীরো' মাগীনা "সোরো"—পানজি য়েংক্রবসু মীং অনিসিমক পক্লন্দ্রনে —"বীরো—সোরো ..!"

মীগী মচিনবু কনানদি মেল্লুবা ঙমগনি ? মচি মচিদা মী খরনা চিবোন চিবোন ঙাংনববুদি তারকপা কুইরবনি। সুমিৎ কয়ানি —চীংখোং চীংয়াদা ফম্মীন্দুনা লাকখ্রবনি। উরম্বা য়াই, মী অতৈনা। করিগীসু উরোয় ? ইবানীগী মরঙা লৈনবা মরীদি মীয়ান্না করম্না শংলুগবা ? নত্তে, নখোয়না সোরোবু কনানী হায়হনা খনবীরিবা ?

"হোয়নেহে কীথুম পুবা ! নং মঙায়রে পানজৈ হৈবা !" ঐনা মাবু লক্লবোইনা ফাগী তৌরগা মথা লৌখখি —"নত্ত ইতাউ ! সোরো হায়বা অহুবু ...?" মথা তাৎবা ঙমখিদে।

উনা লেংবগী পাউ অমা ইবানীগী চমলবা পুনসিদা থুমমক লাক্লনী হায়না খনবা ঙমখিবরা ? পুক্লিংদা ইথন্তা হংজরম্মী —"ঐনা করি অকায়বা চৎখিবা লৈ ? খোয়দোকপা পাখোংগী মুর্তি ওইনা ইরাৎহুনা শমলীবী মাবু মখোয়গী মমীংতা করি ওইনা উথ্রবনো ?"

ইমোবীনা লৌ অমা হৌরকখি —"নংনা নিংজরিবা অহুগী মশক মমীং ওন্নরে হায়হনা চিংনরিবরা ?"

ঐগী পুক্লিংদা িনবা অমা ফাওরকলম্মী। অনৌবা পুনসিগী খোংচৎ —খোংথাংজিনবা হৌবু দৌদঙৈদা অমুক থুনা লেংবা হৌরকলবা উনা মরক অসিদা করিবু তৌশিবা ? অথীবা মীংচৎকী বোরাখাউ অমা নম্বো পোরগা চীংখোং অসিদগী চৎহৌবনা ফারিবরা ? ইচুম হেক চুযঙ্গা, করিসু খোয়থ্রি খোয়থ্রাংবা য়াওদ্রবা ঐগী ইতুংদা ঙাংনহৌবা য়াবা ৱাফম অহু খরদং ওইরসু থংডি। চৈহাক ৱাখল অমা থনবা তারম্মী।

ইমোবীগী ৱাহং অহু শেংদোকনীংহুনা হায়খি —"ইতাউ, নংনা ঙাংলীবা অহু করিনো ? অহুম্না বদনাম তৌগসু। মখোয়গী ইমুংনা তাখিবা য়াওরবদি করি খনখিনি? নত্তে, ঐগী মীচেন ওইহনা লাকলবা পুনসিবু নহাক্না অমুক মীচেন ওইহন্নবদি শিনগসু।"

"করিসু হায়রোই —হরাউবহুম গাইনা।" ইমোবীনা খরসু নোৎশিল্লকখি—।

"ঐদি হরাউরিবনি ইতাউ ! ফাগী নত্তে, নহাক চৎপ্রসু —ঐখোয়গী খুল অসিদা

খুনদাতুনা লৈরোবা —লম অসিদা মাগুম্বা ৎপীদি লৈত্তবনী। হা! করি হায়গে? খুল অসিম্মু নোংপোক চীংখৈগী অখোইবা খুলেননী —মসিবু থাদোকলগা মহাক করায়দা অমুক চৎকে হায়রিবনো?"

"নংগী ব্রাখলদু ওন্নরে ইতাউ! ঐবু চিংনবা থাদোকউ!"

"হেরা, খিৎ ফিকব তৌহনা লোৎত্রবম্মু নবানীগী ব্রারীনা মীয়ামগী লৈপুং ব্রারী ওইরবনি —নংনা মাবু অনৌবা মূর্তি অমা ওইনা শেম্বীবগা লোয়ননা নোংপোক খুলেনগী চাওখৎ থৌরাংদা অচৌবা থৌদাং লৌবীগনি হায়বগী থাজব অমম্মু খুনজার্শিংনা নঙোন্দা আশা তৌনরি।"

"অদুদা নখোয়নদি ঐঙোন্দা করি ইত্তেং পীগদৌরি? তোকডা শন্দোক্লুনা ঐবু মীমাংদা খোঙোয়নগে হায়বা অসিরা? লৈপুং ফমদুনা অমদি হোটেলদা ব্রারেম ঙাংবা অসিগী লায়না অসিনবু লৈরিমথৈদি অফবা থবক অমতম্মু মায় পাকলোয় ইতাউ!" ঐনা শাওরপ্পা হায়খি।

"মাবু মীয়াম খংহন্দনা নংগী থম্মোয়দা লোৎতুনা থম্ববু ঙমজগত্রনে?"

"হোয়, তৌববুদি ঐগী থম্মোয় অসি থুদম চনগ্রবনি --বন্ধোপ থমখিবা য়াম্না কুইরে!"

"কনাদনো? সোরোদরা? অদুদি নংনা মাবু মুংশি হাযবসি চুম্মীদনা?" ইমোবীনা হরাউবগুম লুতোন শাংখিবগী মওংদা হায়রকপা ব্রাহৈনী। ঐগী পাউথুমগী মদুং হুনজিনবা অর্থদি মহাক খংলমগনি নীংদে।

নীংশিংবা ফরবা থম্মোয় অসিনা ফারক তারকখি —মীকুপ অদুগী চয়েৎনববা তাংকক অমা! নীংশিংলকখি মুপী অমা! লমদম তামনা লৈখিবগুম তৌগ্রবরা? পুনসিগী অহানবা ওইনা জেল চংলমদায়দা শকখঙনখিবনি। পুলিসনা ৎবু ফাগদবগী তাম্নবা হৌরকখি। হেন্দোক্লা মরম লৈ। লৈখিসন্ধ, ব্রায়েল চৈবক কয়াগী ব্রাফম — মতুংদা অমুক লীখিগদবা লৈ। শম্পংনা থরদংদি হায়্রহৌবা তারিবরা? মুমিৎ কয়ানি লোৎনবা হোৎনরম্মী। থোরাং অমা পায়থৎপগী শেম শাবা হৌবদা মঙাংরি। ঐবু তরাইনা ফাহনবদি পমলমদে। মরম অদুনা পুলিসপু নাৎৈদুনা থমলমলগা 'অনকপা চীংখোংগী য়ুম' অমদা হায়জিনদুনা লোৎপা তাখিবরা? লৈহৌখিসন্ধ, অহানবা থেংনবা অদুগী মচু শংলবা থৌদোক। মাগী মফমদা পীথোক্লুনা থমলম্বা থম্মোয় অমুক নৌহৌনা কনাগী মফমদা পীরুগবা..? মতৌ করম্না থম্মোয় অনিগী মরী অমা লৈনবা হৌখি-বনো হায়বা খংখিদে। লাইনীং চেৎলবা ঐগী থম্মোয় অসিদা মহাক্লা মেনকাগী শক্লম অদুম্মক লৌখিবরা?

মতম্ম কুইরবগী ব্রাফম অদু —নীংশিংলকলে মচোয় মচোয়! নোংম্মু মনাক্লা লেপ্পুনা করিগুম্বা পোৎ অমা মাংখিবগী মওংদা কোয়য়েং য়েংদুনা থীজিন্নরম্মী।

ঐগী ইত্তৌ অতুদা মহাক্লা হংলকখি —"করি তাহৌরে —করিনো খীরিবদো …?"

ঐনা শকফম হুনজিল্লগা খুম্মী —"মমল য়াম্না য়াম্বা পোৎ অমা তাহৌরে, নহাক খুন — লাকপ্রা ? ঐগীস্থ নত্তে মীগী মপোৎনী।"

"কৈদৌনবা রাইরুবী মীগী,ঘরিদি — ঐগী ইনাক্লা লাকপা সিদা উৎচনিংতুনা রাইরুরিবা ওইরিনিনে ? ঐসিবু নংনো অরং অরাক পাম্বী অমনি হায়দুনা খল্লু রিবা ?"

ঐহাক নোকনিংখি —মাগী রাহৈ ! চপ লেপলগা নোকম্বী নোকম্বী তৌরম্মী — "বস ! রাখলদি ফবীরিদনা ! ঐসিবু মীগী মপোৎ রাইরগা সুপী মমাংদা উৎপা পামজবা পাখংনি খল্লু রিবরা … ?"

মহাক্লা পোৎ থিবগী মওংদা কোয়রৈ লৈহুনা য়েংল্লুরগা খরা পাখৎলপ, তৌনা হংলকখি —"অদুবু করি মমল য়াম্বা পোৎনো হায়বা ?"

ঐনা ইতপ হেক তপ্না শকফম হনজিংখি —"ঐগী খম্মোয় তাহৌরে, নহাক খুন-লাকপ্রা…?"

মহাক্লা শাউরংননা অংমনদি ওইরগা মোমোন মীনোক অনগা লোয়নদুনা,- "শক অসিদি —ইপা হেক পাখৎহলী ! শংগী চুরুপ মৈথুনা মচু শংলবা, কেন্সর পাকপা হোরবা খম্মোয় অদুবু ঐনা খুল্লগা কৈদৌনরুনী ?"

পরেং কয়া, ফাগী কয়াগী রারী মতেক কয়া, মচোয় মচোয় তৎতুনা ফনা য়াম্না মাংহৌরবনি। অদুবু হৌজিক্তি অমুক করম্না কাউরগনী —মুমিৎ অদুগী রা ? অহানবা জেলগী পন্দুপ লোয়রগা নামৈ তৎতুনা খোরকপা মুমিৎনি। মঙোম্দা আশা মতেক অমা তৌরম্মী। ঐনা ফাগী ওইনা হৌদোকলুই —

"নংবু পৈশা পায়জবরা —খরা পুহল্লু দনা বীল অমস্থ ফংদৌরে, মথোয় পীবিগে ?"

"হে ! ফিকরমপী !" মহাক নোকথোরকখি —"থীকাদার অমুক শাগৎ-লক্লবরা ? নহাক অমুক ঙকপা, নহাক অমুক থোক হৈবা মুপা অমতম্থ ঐগী পুনসিগী লম্বেলদা তুবৎ শমহুনা লম-লানখিদ্রি।"

"মরম অহুমকম্থ নংগী খম্মোয়বু মুমিৎ খরনিগী মনুংদা জয় তৌবা ঙমখিবনি …!" ঐনা অসি হায়রগা মীৎ অসি অহুম মরিক খক খক হেক খৎচিনখি।

"আই ! আই ! মীৎ খৎপকাম্থ হৈবোরেকো …!" নত্তে,জেলদা ফাদোক তাবা অসিবু বীল ফংনবরা ?" মহাক্লা লক্লরকখি।

"হৈশিংলবদি ফংবা য়াই ! ঙায়খো, নংনা ঐ অসিবু হৈহাক লৈতনা জেল চংলবা হুরানবা অমনি হায়দুনা খনজবা শারিবরা ? নোংমা নিনিদং কোয়খোকলুবনি।" ঐনা অসি হায়রগা মখা খরস্থ শন্দোকখি —"জেল হায়বা অসি তাকু তরাং তৌবা মীশিংবু হৈরাক পীদুনা অকবা মী অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা অচৌবা খোদাং লৌরিবা অকবা স্কুল অমনি, লৈবাক্তী মমী মপা ওইগে হায়রবদি জেলগী ছাত্র অমুক্তং ওইদুনা

অরাবা খংবগী পারা অহু তমগদবনি —নীংতম্বগী লাম্বেংনরম্বা নেতা অমদি মীয়ামগী রাখল খনবা মী কয়াগী রারী তারেদনা ? মখোয়গী মফমদদি জেলগী চৈনাখোলনা অনৌবা থৌনাগী মথৌ শংনবা কোলুনি।"

"এঃ ! নংস্থু মমৈখংদা লৈবাক্কী নেতাকাস্থু ওইগে লাযহুনা মশু মংজরিবোরেকো…!" মহাক্সা লক্করকখি।

"মীয়ামগী সেবাদা অওম্বা থৌদাং থবা লৌজনীংলুবগী রাতনী —সী ! নংস্থু য়েংজু, শুসি লৈবাক অসিদা ওইরকলীবা পেন্দবা কয়া অসিবু ঐখোয়না য়েংহুনা লৈখোকলসিরা ? ঐখোয়স্থু কবিগুম্বা থবক খরদি তৌবা তাবনি —মহুগী অচৌবা থৌদাং অহু ঐখোয় নহারোলনা লোঙ্রবদি কনানা লৌরগনি ?"

কুমশিং ১৯৬৫গী চাক তাংবগী আন্দলোন —ছাত্র নহারোলগী ঈখেং তাথিবা ঈহৌ অহুগী মহুং তারকপা সনালৈবাক্কী রাজনীতিগী অমদি অর্থনীতিগী অতিয়াদা মশক থীবা হৌরকখি। পেন্দবগী ঈহৌ অমা হোগংলকখি —মচি মচিদা ওরগেনায়জেসন কয়া তোঙান তোঙানবা পান্দমনা য়ুমফম ওইরগা মথী ফোংবা হৌরকপগুম তৌখিববা ? থৌদোক অহুদা ছাত্র অমদি নহারোনগী লুচিংহুনা অমদি মংজিন থাহুনা য়াওরুবশিংগী খম্মোয়দা চৈনাখোল অমা পীবগুম তৌখিবরা ? কলেজগী থবক পুবা সেক্রেটরী অমা ওইনা 'রোনো' অমস্থুং ঐহাক —অচৌবা থৌদাং য়াহুনা হৌমীন্নরকখি থৌদোক অহুগী মাংজিল থাহুনা য়াওখি। ঐহাক শাথীনা শোকখি —হোসপীতালদা লৈখী। খুংলায় পায়বগা খুংলায় পায়দবগা কৈদৌঙৈদস্থু মায়য়োক্নবা য়াদে হায়বগী পারা অমদি ফাগ্রবনি। ঐগী খনুংদা অঙাং ওইরিঙৈদগী ফুমজিন্দুনা খমলকপা পেন্দবগী চৈনাখোল অমা লৈরকখি। মহুগী মশিঙ্গা অহু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙনখিবরা ? অচৌবা থাক য়োনা ফুদোক্লগা খুংলায় পায়বগী নেশা অমা পোকহনখিবরা ? রাখল অসিমদি মতম অহুদগী নহা অয়াম্বদা পোকপগুম তৌখিবরা ? থম্মোয়গী ইতিহাসতা পেন্দবা কয়াবু ঈশিন্দুনা থম্বা নত্তনা করিদি তৌরুগবা —? পেল্লবনি হায়হুনস্থু ইতোমতনা রাখল য়াওদবা অপং থৌনা উৎলুহুনবু কৈদৌরুনী ? অহুমকপু পেন্দবা কয়াগী মরক্তা ভাবোক অমা ওইনা লেনবা অহু পামখিবরা ? মতম অহুদা রোনো ইবানী বীঃ এঃগী অরোয়বা পরিখা পীগ্রে — চৈরক অহুদা ইবানীনা থবক খরদি পায়খ'নবা হোনবগুম তৌখিবরা ?

নোংমা মহাক্লা হৌদোরকখি —"বীরো ! নহারোনগী য়ায়া শক্তি লৈরবা খুং অমা শেম্বগী মথৌ অমা তারে।"

"ঐস্থু অহুম্না খনবদি কুইরে। নত্তে, রোনো ! খুংলায় পায়বগী খুংলা ?" ঐনা হংখি।

"খুংলায় পায়গ্রবদি সমাজ অমদা অওনবা পুরক্লবা হোৎনবসিবু ইয়ামক য়াগ্রবরা ?" রোনোগী ফজরবা রাহংনী।

"য়াই —তোৱদি মচং ওইবা মী নহা থরদি কোকশি খৎতুনা থীফম থোকই।" ঐনা মাগী ৱাহংবু য়ানিংবা উৎলম্মী।

"মহুগী পৌদাং অদু বীরো —রোনোনা মাংজিন খাদুনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌবদি কমদৌই?" রোনোনা মথা তানা শমথরকখি, "ঐখোয় অনি মীশব তোঙান-নজববসু খৱায় অমতা ওইদুনা চহি কয়া খাদোক্লবা য়াদনা তিন্নবকলবনি, নংন তৌসি হায়বা খবক্তা ঐহাক খোংফম অমসু লেংবা তৌদনা পুনসি অসিমক সমাজগী সেবাদা খৱায় কৎলগে হায়দুনা ৱাশকখ্রবনি।"

বোনোগী অচেৎপা খম্মোয়গী ৱাহৈ অদু ঐহাক পেনখি। মাগী মফমদা ঐসু ৱাশকখি —"বোনো-বীরোগী খাদোক্লবা য়াদ্রবা জুবা অদু পুনসি অসিমগী খাদোক্লবা তৌদনা নংনা চৎশি হাযবা লম্বেলদা ঐহাকসু অচৌবা থৌদাং লৌরবনি।"

লমহেনবা নহা অমা ওইনা হৌবকপা 'বীরো —রোনো' অনিগী শাংলবা পুনসি ৱানী —নফম অসিদা লাবা ওইথোকতে। অহুমকপু মতাংচানা নী শিংলকলীবা বোনোগী ৱ থবদং হায়হৌবনা চুম্মা বোনোগী ঐগী ৱাখল য়াম্না মান্নে। মহাকসু লম অসিগী ৱাখল য়াম্না খনজবা, আশা চাউজবা নহা অমনি হাযবা অসি মাগী লৈকায়দ অমদি নগাবোনগী সমাজদা তৌবম্বা থবক কয়ানা সাখনী স্কুলগী পুনসিদগী হৌদুনা হবানা লোযননকখি ইবানী তিম্নবা অসি য়াম্না লম্বা চায। মবম অদুনা 'বোনো —বীরো' 'বীরো-বোনো' হায়দুনা হাবনিংবনি। ৱাৱী কযানী পুনসিগী অবোযবদা।

বোনো বনানো? নহৈদা মহাক কবি ওইবকপা? ঙসিনা মহাক কদায়দা চৎখ্রবা? ছত্র অমদি নহাবোনগী মবক্তা মশক লোৎপা যাদবা তোপীন ওইনা হেক্তা চোংখাদুনা লৈববা বীবো বোনো অনিগী পুনসিদা থংহৌদনা উনা লেংবগী পাউ অমসু তাবা হৌবকপগুম তৌখিবরা..? অদুক কুরবা ৱাবু কনম্না নীংশিংলুগব? ৱাহংশিং অসিগী পাউথুম পাবগ লোযননা স্কুল কলেজগী ৱাবীসু মচ খাগংবব লীবা মতাবদি ঐগী 'চৈংথাং পুয়া' অসিমকসু 'মহাবামাযন অমা ওইখিগদ্র তায়বগী চিংনবা অমা লৈবকলে। মহাকঙসু নত্তুনা ঐগী মীৎলু পীবাংগী অকোযব চীংযা তময়া অসিদ মী কয়াগী পুনসিনা কোবশিন্দুনা লৈখ্রনি। মংম অদুনা মনক্তা চযেৎনবগী মচোয় মচোয় তারবা ঈথৈ কয়া হায়জিল্লক্তুনা নখোয়বু কোক-ঙাওহনবগা চলাক অম তৌরে হায়দুনা খনবিরিবরা...! নত্তে, ঐগী মখোংস্তুকত্রবা ৱারী অসিবু নখোযনা "এক্সপ্রীমেন্টেল নোভেল" অমনি হায়দুনা মশক তাকপীগদৌরিবরা...?

অমবু ওইরবসু, রোনোগী মৱা মপাউ ঙসি ফাওবসু তাবা ফংলীবরা? মাগী কজেলগী পুনসি লোয়রবা মতুংদা থেংনরুবা পেন্দবা কয়ানা মৈ চুবা হৌখিবগুম তৌখিবরা? মাগী মপাউ তাবা মুফংদসু, পৃথিবী অসিদগী মাগী মমীং ৎখিবসু ওইসনু—

ঐতনদি খংজি মাগী মশক নায়রবা পুনসিগী রারী। ঐগী মীৎলু পীরাংনা অহুক মমল য়ামলবা মরূপ অত্তুগী পাউ, ঙসিদি করি হায়নবু তমলসিগে—? মাগী রা অমুক থমখিগে—ফাদোকলুরবা মীৎয়েংগী মীৎলম অসিদা মোমোন নোকপা মীনোক অমা নীংশিংলকলে—মাগা মুমিৎ অহুদা ঙাংনখিবা রাহৈ অত ফনা কুইনা মরক থৎলুরে। মহুগীদমক ঐবু ঙাকপিরোইস্র... ?

"জেলগী ছাত্র ওরিবৈদা ফরক তাজহৌনিকো।" চহি কয়া মমাংগী অর্থ লৈরবা মোমোন মীনোক্কী রাহৈ—ঙসিসু করিগী কাউরুগনী ....? মুমিৎ অহু য়াম্না মুংঙায়খি।

"অত্তুদি ঙসিমক চৎলসি হায়বরা ?" ঐনা মাগী খুদাং পায়হুনা চিংগদৌবগী তৌরম্মী।

"ঙম্মোয় কৈস্সু !" ঐগী খুৎ কম্থোরকখি—'ঐনা হায়বদি মথং অসিদা করি অমুক খল্লিবগে হায়বনি—লাইরিক তম্বা চৎকদৌরিবা নত্রগা খবক খীবা ঙারবরা ?"

ঐনা মাগী রাহংগী পাউথুম পীবা তৌদনা পুক্লিংগী অপাম্বা অহু উৎলম্মী— "সমাজগী অশোয়বা চুমথোক্কবা হোৎনবগী রাখল খনবা নহারোনগী অপুনবা শক্তি অমা শাগৎনবা হোৎনবগা লোয়ননা "অহানবা খুৎলায়" অমা পায়খৎপা তারি। নংসু ঐগী পুনসিদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌগে হায়বসি মপুক্লিংদা লেপলবরা?"

মহাক্না ঐবু চিংনা য়েংলকখি, থৌনা ফনা হেক খুমদোকপদি ঙমখিদে। মহাক্কি য়াম্না রাখল লৈবীনি—চিনফেনতা ফবী অমসু নত্তে—খম্মোয়দা ঙৈহাক খল্লরগা শিংনা খুমলকখি—"নংগী পুনসিগী অরা মুংঙায় খুদিংমকপু হকচাং, তংখায় অমা ওইবগা লোয়ননা নাকপাক অমদি শরুক য়াগে হায়বগীদমক নহাকপু মুংশিরিবনি। নত্তে, অহানবা খুৎলায় হায়বদি করিনো ?"

"কলম অমসুং রাফেং চেফোংগী পাউ চেতনা সমাজবু শেমদোক্কবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌরিবনি—সমাজগী সাহিত্যনা মীয়ামগী পুনসিদা ইখিল অম পাবগা লোয়ননা তুমলীবা মীরোন অসিবু হৌদোক্কে হায়ববদি কলমগী অহানবা খুৎলায় অসিনা য়াকায়রোল শকফম থোকই হায়বা অসি পৃথিবীগী কাটিন কয়াদা থোকখিবা ঈহৌনা সাখিনী ......!"

ঐগী রাহৈ অসিবু মহাক্না য়ানিংবা উৎপগা লোয়ননা ফাগীগী মথেল অমা হাপচিল্লকখি—"জেল অমুক চংখিগে হায়রিবরা ?"

"নেহরু শাহুনা লাইরিক ইরুগদবদি নত্তে !" ঐনা নোকমী নোকমী তৌখি— "খরক মুদনা হিংগে হায়রবদি জেল অসিদি অরাৎপা লৈতবা পুকৈনী—ফাদোক অমতং চরা হেন্দুনা শি হায়বদি তারিরোয়নে?

"জেলগী চাক চাহুনা হিংবা পুনসি অহু পাম্বীরুগনু।"

"অহুনবু থোরকলীবা অসিনি!" ঐনা অসি হায়রগা মথা লৌখৈ—'কদায়

মুপা অমা অনিদম্মু পায়রব্রা ? ঙসিতবু নাতে চাদবগী তৌবনি।"

মহাক্না অর্থ লৈরবা মনোক অমা নোকলগা হেংলকখি, "মালদি করি য়াওজরি !"

"মাল...? সে, অহুদি ঐগী খম্মোয় অসিমক ঙসিদগী হৌনা নঙোন্দা বাঙ্কোপ শমলবনি —খুৎথাঙ লান্দুনা মীঙোন্দদি শমদোকখিনুকো —।"

ঙৈহাক্তি ইনাক্না ইমোবী ফমলী হাযবা কাউথোকলুই। মুপ্পগী মীকুপ থরদংদি নীংশিংবগী নীংশিং ঈপাক অমদা লমফৈরুবা ঐগী রাথল অসিনা লোয়শিল্লকপদা মপা হেক চাম্নরুবগুম্না চিল অসিনা হায়দোকখি —"মাল? সে, অহুদি ঐগী খম্মোয অসিমক ঙসিদগী হৌনা নঙোন্দা বঙ্কোপ ।'

ঐগী রাতৈ অসিগী খুদোংচাবা অহু ইমোবীনা লৌশিন্দুনা নোংশিল্লকখি — "তো ! তো ! হুবানবা ফাবেদনা ! নকোকতা মপাদগী হেন্দোকক্লুনা লুরাং তৌফাওবা তৌবেসে ! হৌখিবা রাথলদা লুপলুবগী মহাউ অহু নচিলদি ব্রেক ফাবা নংহৌব্রেনে ? হৌজিক্তি খম্মোয় অহু হন্দোকপগী মহুৎনা মহাজন অহুম্মক ..........!"

ইকাযবা খরদি পোকলম্মী। মুংশি মুংঙনগী থবক হায়বা অসিমক্তু থক কুইনলে ৎপা যাদ্রিবসি কবিগীনো -- ?

ইমোবাগী রাহং অও পাউখুম পীবা তাবম্মী --"ইতাউ ! সোবোগা ঐগা য়াম্না কোযনদে, খংদবা মীনদি মওং অমা ওইনা লৌরোয় হাযনিংঙায় লৈতে। চীংখোং চীংযা অসিদা ইবানী ফম্মীন্নখি, ইচম চমনা অহুবু খোয়দোকপা মরী অমা কেয়থোক-খিবা লৈতে।"

"হোয়নে, খংঙেনে —অদো লৈহল্লসে হায়বা। সে, মখোয়গী ইমুংদা নংগী পঙ্কৌশাহুনা মুপী হায়বা অহু ঐ চৎকে।''

"আই ! অ ই ! নং তশেংনা হেক্না হাযবেদন।!"

''ইতাউ ! ঐ ইমোবানিনে ইমোবা ! মঃবু ঙমদ্রবদি ইপানা খোনবীবা মীং অসি 'ইচোবা' হায়দুনা ওম্বোককেসে।'

ঐহাক য়াম্না হৈনবমদে। রাজাও ঙাংবদা মপা লৈত্রবা ইমোবীনি। খুল অসিগী হায়ফেং তৌবা ঙম্বা নহানী। মবুক মপাউ য়াম্না লৈ, মরিংজেল যাম্নাম্মু খাই। মহুক হারা ফাঙবা মীদি নত্তে। মহাক্না ঙমদবা থবক লৈতে। খোয়দোক্না ঐগী ইকনদদি মায়কৈ খুদিংদা পাম্মোম তিংহুনতা লাকলবা মরুপনী। মীনা মাবু কিনৈ। ঐগী মী ওইরবদি য়াম্না ফবা মীনি। মাগী খুলবু মীনা লাকচখিবা য়াদে —ঐদা মযামগী মহুৎশিনহুনা শিজরুরগে হায়দুনা চোংথোকই। অপং খৌনা অমা মঙোন্দা লৈ। অহুম ওইনমক মাবু মী খুদিংনা য়াই। মী খৎনহনবা, মী মুংশিনহনবা হৈবগী মতিক রারেম খোরেমদা মতম মাংহনবদা পাম্মুবা লৈতে। মী শাজগনদবগী মতিক পাউ শন্দোকপা কৈ। মাবু তোকম্না মপী হায়রগম্মু খংনৈ।

"সোরোদি ঐগীসু ইচলনি, ফাগীনা অচুম্বা ওইনবা হোৎনগ্নি ইতাউ !"

"অহুদনিসে নংবু ক্রেকনি হায়নিংলীবা, নংগী পোকমীন্নবসু নত্তে, অশাবা মবুং অমন অশাবী মচল অমবু লৌবা য়ারোয়দবগী মরম পান্নী। নংগী অন্নাংবা ফিদম কৈরক অহু মমৈখংদা "লীল কৈরাক' শান্নবগী লীল মকোক নেৎলুরগা তারকপহু তানিকো"

"এঃ ইভোবী, নংসু প্রমানগদি ফনা মহৈজরেদনা।"

ইমোবীনা হরাউ মথোয় কাজরকখি —"ঐসু লমসিগী ভাংবা শকপা হৈবা মীনি হায়হুনা লৈজরিবনি —নংসু ফাগী হৈবনী হায়হুনা লাকচরিবনি —ইবানী খেংগায়নবা অসিদা ঐদি মহাজোকর তারবনি।"

ভৈহাক্তি নোকমীন্নখি ইবানী — মহু নেমৎরগা ঐনা মথা লৌথৈ — "ঐহাক সোরোগী ওজা অমসুনী!"

"হোয়নে, খংহেনে —ওজা অতৈনা অসুক য়াম্না ছাত্রি লৌশিনবদি চৎনবী ওইরগা নংনা ছাত্রি মচা অমতং লৌবদা ভাংনগদবা মীশিং অহুগী মচিলদা শিংশিৎনা শিৎপা ভমত্রবদি ঐহাক ইমোবী নত্রেদনা।"

"ইতাউ! ঐহাকসু বীরোনি! ঐগী পুনসিগী ফিরেপ অমা তোভান্না লৈজে, মীগী পুনসিগী মমী ঐভোন্দা তাহনবা পামদে। অহুগুম্বা মখলগী ওজা অমা ওইজনিং হুনা সোরোবু লাইরিক তম্বীখিবসু নত্তে। মখোয়গী ইমুংনা ঐবু য়োনা থাজখিবা অহ লোয়বা ফাওবা ভাক্কে হায়হুনা খল্লি —অহুবু মফম মতমগী অমদি তুংগী রাবু কনানা খংবা ...?"

"তো! তো! নংগী মমৈ তারকপদা কোচিং অমা হেক্তা কো শিনবসিনবু হলা য়াদে —লোৎপবু হৈগ্রেহে!"

ঐনা পুক্নিংগী অচেৎপা রাহৈ খরসু মথা তানা শন্দোকখি —"সোরোবু খেংনবা অসিনা ঐগী পুনসিদা অনৌবা নত্তে। মাগুম্বী ছাত্রি কয়াগী মরক্তা তলব_ফংদবা স্কুলগী ওজা অমা ওইনা মতম খরসু লেনখিদবা নত্তে। মরম অহুনা ওজা অমনা মাগী ছাত্রি অমদা য়েংফম থোকপা মীৎয়েং, ভাকফম থোকপা ইজৎ মচা অমতং ভাকচরগা চৎচখিগে থুঙ্গংগী চমলবা ওজা অমা ওইনা। ওজা হায়বা অসি গুরু অহুমগী মসুং চন্নী। মমা মপানিসু হায়বা য়াই —জাতি অমগী মীরোন শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা ওক্সাগী থাক রাংলয়া ফিদম অহু মাংন্নবা হায়বা অসি ঐদি সুকপাম হেক পামদে অফবা মায়কৈদা ছাত্র ছাত্রিবু শেম্বীগদবা ওজা অহুনা লমচৎ মোৎলবদি মাসু কনানসু ইকায় খুম্নবীরোয়, মাগী অফবা পাউতাকপু কনামসু ইনবিরোয়।"

"এঃ নংগী রাসিদি ফনা থাক রাংথৎলকলেনা! নত্তে, ঐবু মীং হোংবদা [illegible]!" ইভোবীনা ঐব্ব ভক্লপনা য়েংলকখি।

"শোয়দ্রবনি ইভোবি ! নংনা ফনমক উনা লেংহনগে হায়হনা হোৎনরবস্থ নংগী ৱাদি মীনা কয়া থাজনদে। সোরোনস্থ ঙক্না খোক্কনী। ইতাউ, ঐদি চিল হোংদবা মীনি, ঐনা ঐমক্কী ইচল ইচেগুম্না থনগ্রবা মুপীশিং অহুগী মফমদদি মবুং অমস্থং মৌপৱা অমনা চংক্ষম খোকপা লমচৎ অতুক চৎপা হায়বা অসি ঐগী অচেৎপা ৱাশকনী। তৌবস্থ লৈবাক মীয়ামগী সেবাদা লুপলবা মীশিংনা মুপী থুদিংবু পলেমনি হায়হুনা থনবা তাবনি —মুপীগী অচেংবদা খুদোংচাবা লৌবা মী অমতনস্থ মহৈ য়ানবা সেবারী ওইবা ঙমলোয়। ঐহাক অরুবা লাইমীং অমস্থ লৌরবনি।"

"লাইমীং ?" ইমোবীনা ঙক্লপ্না হংলকখি, "নংবু মৈতৈ মরুপ অমুক য়াওখৎলক্রা ?

ঐহাক নোকনিংখি, নোক্লস্থ থুমখি —"হোয়, মীতৈ ফুরুপকী ময়াং মরুপতি নত্তে ; নোংমা খংলক্কনী !"

"ফরে, অদুদি নংনা আশা তৌজরুবা মুপী অমনা নংবু পোকমীন্নবা মবুং অমদো খল্লি হায়রবকলবদি নহাক্কী ৱাশক অহু ঙাকপবু ঙমজগদ্রনে ?"

"শোয়দনমক খুদুম চনবা তারবনি অহুবু কনানা খংবা মী হায়বা অসি মফম মতমগী মখা পোনবনী ...... "

"নংগী মমৈ তাবগী কোতি অসি ওস্থোক্লা খোয় দী শাওগংগ্রেহে, ঙায়খো ঙায়খো —নংনা মুপী থুদিংবু পলেমনি খৎবনিনা মুপী নহা শীদবা তারবরা ···?"

পুক্লিংদা ইমোবীবু খাগৎলম্মী —হংবা য়াবা ৱাহংনী। নোকমী নোকমী তৌরগা পাউখুম পীখি —"পলেম মানবীশিং অহুগী মনুংদা পলেম মাল্লু হায়ব য়াদ্রবা মুপী অমতংবুদি···!' মখা তাবা তৌদনা চপ লেপখোকলম্মী।

"মীশক অহু কনানো হায়বা ? সোরো নত্তনবু নংগী কনানো ...? মাবু কদায়দ নংগী পলেম মাল্লিবনো ?"

সোরো কনানো হায়হুনা মশক নৌনা তাকলুফম লৈরিবরা ? ঐগী ৱারী তাদুনা কোকঙাওবগী অচৌবা থৌদাং লৌবীরিবা ভাবোকশিংনা লোৎপা হৈরবা ঐগী কেক্কু অসি ফোংবা ঙম্মীরবর ... ?

ঐনা মুংথিল অহুগী চৌংদোনবু থুপচিনবা ওইনা হায়খি —"ইতাউ ! পাউ অহু মী অতৈদদি শন্দোলুমুকো ! তোকঙানা অচুম্বা ওইরকপস্থ কনানা খংবা ...? ঐগী অঙকপা পাউ অমস্থ থুনা তারকলগনি ?"

"অঙকপা পাউ ...?" ইমোবীনা মায় পাকলে হায়বগী হরাউবা উৎতুনা নোকথোরকখি —"সোরোবু পুরগা লোন্না চেনবদি চেনখিগুকো ....! নবানীগী লুহোংবদা ঐহাক তৌদ্রি খোংদোরিবনি ···!"

ইমোবী চৎথ্রবা মতুংদা ঐহাক্কী পুক্লিংদা ৱাহং অমা লাকখি —"উনা লেংবগী পাউ মরক্কা ঐবু কমদৌনা লোৎসিবা ? লমদম তান্না লৈহৌরবী মাবু লৌরুবদি

কমদৌই ? মহাক্কা ঐগী মায়কৈ য়েংদুনা ঙায়রমথিংগনি হায়বা অসিবু থাজরুক্কম লৈরিব্রা ....?"

অমবু ওইরবসু, উনা লেংবা হৌরকলে হায়বদি ঐহাকসু য়াবা তারবনি। ইমোবীগা ঐগগী মরক্তা মীশক খেন্নবা শরদি লৈখিবগুম তৌখিবরা ....? ইমোবীনা খংহৌদনা থুগায়খিবা ঐগী অহানবগী ৱারা মতেক অদু খংনিংহেক নীংশি লকখি। থম্মোয় বস্কোপ থমলম্বা নুমিৎকা থোৗদাক অদু ইতোমতা নীংশিংদুনা লৈহৌবগুম তৌখিবরা ....?

মহাক্কা থোঙ্গাল ময়াদা লাওহৌই —"য়াবোই ! য়াবোই ! লুপা অদুতা পুখো, থম্মোয়দি থমলম্মু। অং ! অং ! থম্মোয় অদু অতৈদা অমুক খু থাঙ লান্দুনা লৌনম তৌগা তুর র শারক্কদুকে ... "

"কনানা খংবা শেনজাও পায়বী মহাজন অতৈবু থেংনরবদি অমুক মমল কাখৎদুনা খুৎথাং লানখিবসু য়ারি !" ঐনা লক্করম্মী।

"মখোয়দি করি পীগনি ·· ?" মহাক্কা ঐবু য়েংহৌখি।

"পুনসি লৈপুন নক্রগা কায়নবগী মীংলু পীবাং ! অসিদং হায়রমলগা ঐহাক লাকখি —হুমিৎ অদু।

নোংমা, নোংলৈ নুংশিংকী সহুমনা পোথাফম খংব্রবা পুনসিগী পুংফম অমা লাকলম্মী। চিরবা চৈরক অদুদা পুনসি লৈপুনগী ৱাখল থাদোকপা তাখিবরা ...? কায়নবগী বীদায় লৌনিংলম্মী ! মাগী থম্মোয়গী কৈগুমশংদা ফাদোক তাগ্রবা থম্মোয়বু জামীন্দা শংকে হায়দুনা অর্পালগী চে লানখৎলুই। মীংলু পীরাংগী মখোয় অমা ফংলীবসিনী হায়সিরা ···? ঐনা মাবু থাদোকপা ঙমখিবরা ? মহাক্কা ঐগী থম্মোয় হন্দোকপীরকপগী মহুৎতা, করি চৈনাখোলনা পীরকখিবদো ··· ! লমদম তান্না লৈহৌরবা ৱারী —লৈহৌরসসু লমদম তান্না ! মাবু নুংশিবগী লময়োরবা থম্মোয় অসিনা কয়া কাউগনা —সোরারেনগী মচানুপী ·· ?

"The words of love then spoken;
The eyes that shone,
Now dimm'd and gone,
The cheerful hearts now broken!"

—T. Moore



## ॥ ৫ ॥

## লীলা হৈবগী কেকু

ঐগী পুনসিগী লীলা —চয়েৎনরবা ৱারী কয়াগী পাখোংনি। মুংচায়বা হৈবগী লায়না অমনা ঐখোন্দা শাথীনা লাইচুখি, পুনসি অসিমকপু ফাগী ফরাংনী হায়দুনা থনবস্থ ঙম-খিবরা? থম্মোয়দা ওমশিন্দুনা থম্নীবা অচাকপা মৈরী —তাঙ্গোয় ত্তারবা পুনসি অসিগী নীংশিং খুদমলা? ভাব মেন তাদনা হৌথ্রবা পুনসিগী শাংলবা পন্দুপ কয়া, মঙলানগী ফজরবা পৃথিবী অমদা লুপ্তু না লেনখিবনি হায়সিরা? কুমশিং কয়াগী তুংদা ঙসিদি মহাক বদায়দা লৈথ্রবা? নৌহুনতা লৈহৌগনা হায়জখিবী মহাকপু নৌরিবনা? পুনসিগী অতেক অকায় মরক অসিদা ঐনা ঙসি নীংশিংলিবা অসিবু কনানো …?

ঐগী তয়াং তশোয়রবা থম্মোয় অসিনা য়াম্না শাথীনা চিংনরক্লে —চীংখোংগী উনা শংলেন অসিদা কনাগুম্বী মুপী অমদি লৈরম্বগুম তৌখিববা …? ঙাংনখিবা ৱাফম কয়া, খোকখিবা থৌদোকশিং অদুবু তশেং তশেংবা মঙলা? মুংঙায়বা হৈবগী য়ুমফম অমদা পেন্দবগী চৈনাখোলবু কাউথোক্লুবা হোৎনবগা লোয়ননা কিন্থরবা য়ুমফম অদুদা ৱাখলনা শাগৎখিবা মুর্তি অমবু শং শং চোংথোকহন্দুনা ৱারী শাখিবরা? নত্তে, মুর্তি অমগী মাং অমম্বুং তুংদা তোঙানবা মুর্তিগী মমী অমনা ঐবু চৈনা চৈথেং অমা পীখিবরা? মতম কুইরবগী তুংদা ঐ ইশানা ইশামকপু থাজবা ঙমদ্রে। ঐনা উখিবা ৱারী অমনা চীংখোংগী পুনসিদা খোকখিবা, থৌদোক কয়াগী মরক্তা চয়েংনখিবনি হায়সিরা …? ৱাহং খুদমগী লুরবা পাখোং কয়ানা শেং জোনশিন্দুনা থমলম্বা মাগী ৱারী, লোয়শিনফম খংদ্রবা কলম অসিনা পীরি, অদুবৈগী পরেং কয়া, ম চোয় মচোয়।

নীংশিংলকলে, চীংখোং পুনসিগী লময়োরবা লীলাগী তাংকক —খুনজাশিংবু অঙকপা পোকহনখিবা থৌদোক —পুনসিদা ফাগীনা অচুম্বা ওইখিবরা? ইমোবীনা লোংথোক্লুনা লেংহনখিবা উনা অদু য়াম্না খুনমক উপশিনগে হায়বগী হোৎনবা অদু মহৈ ৱানখিবরা …?

নীংশিংবা ফরবা খম্নোয় অসিনা সুমিং অদুবু করম্না কাউরগবা ....? অয়ুকনী। থা অমম্বুং তাং কাউরে। দায়রীদদি ময়েক শেংনা মচা খায়না ইখিবনি। হৌজিক দায়রী অদু থীরুনবগী মতম নৈতে। ঐগী পীগী ইতিহাস — সুমিং থা য়াওদনসু "মহারানী লম্মুবা" ইবা নত্তে; "মহারানী চৈশারোল কুম্বাবা' ইদুনা কুম পাখৎলুবসু নত্তে। থম্মোয়গী চেমায়দসু ইশিন্দুনা থমহৌবগুম তৌখিবরা ... ?

ঐহাক য়ুমদগী হেন্দোক্লে। মান্নোলদা ফমহুনা লৈরম্মী। ইমোবীনা মাং থারহনা চাউঙৌ, অমুচৌ অমদি ইবোচৌ লাকখিবগুম তৌই হায়বা নীংশিংবা ওমলী। ইমোবীনা অহানবমক্তদা হৌদোরকখি —"অঙকপা পাউ অমা চায়, চুম্বরা ? নংনা নহালমথৈ ইন্ফালদা অমুক চৎলুরিবা অদুদি অসিগী ওইরেকো! অদুবু ইতাউ ঐদি নংগী কৈদসি খরদি অদুম ··!" চিংনবা উৎলকখি।

চাউঙৌনা মরক থৎলকখি —"নংগী মহৌশাগী ইবেম্মা অদুরা ....?"

"মশক উরগা খংগনি !" ঐনা তেনতক্না খুম্মী।

মখোয় চংলকুনা ফক্না ফমলরে। মমীৎ ফল্লপ ফল্লপ ইমুংলোমদা য়েংঙি— মশক খংনিংবগী লাংতক্নবা অদু উৎলম্মী।

ঐনা মখোয়বু চৎখি —"এরা, কোম্না উদৌবা লৈরবসিদা অদুক ভায়ওমত্রিবা করিগীনো ? য়াম্না ইকায়থীবিনী।"

অমুচৌনা খংনিংনা মরক থৎলকখি —"লমবু কৈদগীনো ? পাউ হায়দোকপা চৎপা মীদা কু-লাকপদ্রি তৌরোয়কে ?"

ঐনা খুম্মী —"ইনক নকপা লমনী —করিসু তৌরোইদা !"

ঐগী ৱাহৈ অসিনা ইমোবীগী মকমদা করম্বা অর্থ অমা পোকখিবনো হায়বা থংহৌদে, মমীৎনা কোইরপ কোইরপ য়েংলকখি, "নত্তে, ইতাউ নংগীসিবু ফাগী ফাগী!"

ঐ খংঙি —মহাম্না হায়নিংবা ৱাফম। মখা তারকপা নংদ্রিডৈদা মরক শমদৎখি, 'পাউ হায়দোকলুব্রবসু য়ানী —মপা মপা নৈতে; ইদৌনা মথন্তা লৈবা জাৎনী।"

থাজগন্দবা ইমোবীনদি কয়া থাজবগী মওং নৈতে হায়বা অসি উরম্মী। মঙক নোমলপ তৌরগা ছরক শিহন্দনবা মওংদা হ.য়রকখি —"অদুনবু করেনে, লুহোংবসু য়াম্না ফজনা ছৈরেংগী ৱা মচং ইবদৌনা,তুবং শমজিনবা য়ারেদনা।"

ঙৈহাকুং নোকমিন্নখি —ঐখোয় মঙামক। মদু নেমথরগা ঐনা ইমুংলোমদা হায়ফেৎ ওনশিনবোয় তৌরগা থৌদাখি, "নংবু তারিবরা ? চা সুংদ্রু খরা লোক্লুদনা ?" ঙৈহাক লৈরগা অমুক শমথখি, "ওহো ! ইকাউবু কাদ্রুই, চিনী লৈরমসরোয়, ঈশিং থাংগৎলসু, ঐ লৈরুখিগে।" ঐনা অসি হায়রগা হৌগৎতুনা চংকদবগী থৌরাং তৌরম্মী।

ইবোচৌনা থাম্মী —"থকত্রবসু য়া-পোৎনী, চৎপ্রসনু ৱারী কুম শাসি।"

ইমোবীনা তকশি শোন্দুনা মথন্তা ঙাংজে—"আহ! চা পুথোরক্কুনা থোরকপা মৌ অনৌবী অহুভংগী মশকতু হেক য়েংবা ফংহনব্রেদো!"

অমুচৌনা পাংশিল্লকখি—"নরাইবল্লা খীরিবস্থু চিনী লৈরমদবা মুনিংতা হেক থোকউরে।"

ইমোবীনা ছং হেক্কা খুজিল্লকখি—"ঐ চিনী লৈরুগে, নংগী মৌ অনৌবী অসিগী মশক য়েংদবা মুকয়া য়াদে—ঐহাক য়াম্না চিংনবা অমা লৈরি।" অসি হায়রগা যুক হৌগৎলকখি।

ঐনা পোৎ খরস্থ তপশিনখি—"অং! শঙ্গোম কোকটা অমস্থু য়াওরকউ অরেস্বা পৈশা অহুনা চুরুপ উপু অমতংগা হেক লৈরকউ—কোন্নরবদি গীপাস মরি মঙাদংগা—যুম্বাল অনৌবা হায়বা অসিদি মওং চাদেনে—করি হায়গে?"

"পৈশাবু কদায়নো?" ইমোবীনা মমীৎ লংখৎলকখি।

"নঙোন্দগী অহুম তৌরকউ—ঐঙোন্দা মথায় অমদগী হেন্না য়াওদে।" ঐনা পুক্লিং তেংনা খুমখি।

ইমোবীনা ইথি খিগৎলকখি —"হরে! হরে! মথায় চৎতবা অমা পায়রগা লুহোংগদৌরিবা—ফনদি হৈনা শিনগদৌরিনে ....!" মুরবা কুচু অহুগী ঙোরবা মরানা-খিগৎকুনা নোকখি।

"এরা, লৈ পরেং অনিথক লেংলগা মীয়ামবু সাথি ওইহল্লগা হুক্লবগীবু শেন চঙনীংঙায় লৈতেনা—অহুবু রা থোকলবদি শেন থোকই হায়বা পাউরৌ লৈ?" ঐনা খৌশাদনা খুমখি।

"হোয়নে, অহুগীবুদি ঐখোয় লৈনে।" ইমোবীনা খুমখি।

ঙৈহাক লৈরগা খুলগী মুপী অঙাং কয়া মৌ য়েংবা লাকখি। রাহং লীশিং অমুক মুক্রবস্থ ফনা য়াম্না হংলকখি। ঐহাক রা ঙাংখিদে। খুৎ থীল্লগা পুম্নমকপু ইমুংদা থাজনখি।

চৈরক অহুদা ইমোবীনা মীয়াম মরক অহুদা কোইয়েং য়েংহুনা মীশক অমবু খীরিবা অহু উরকখি। সোরেংদি কদায় হায়বগী রাহংনী। মথন্তা নোকমী নোকমী হায়দোকচখি—"শোয়ব্রেদনা!" ঐঙোন্দা অমুক ওনশিন্দুনা লক্লরকখি—"হুরানবা নকোকতা য়েস্থৌ হৌরে!"

মনাঙ্কা ফমলীবা মরুপ অহুম অঙনা মাগী চোত্রং পাত্রং অহু করিস্থ ভাপ তাথি-দবগুম তৌখিবরা? হরদি ঙক্রুপ তৌরগা ইমোবীদা পুল্লপ ওনশিন্দুনা য়েংলম্মী।

চৈরক অহুদা ঐনা মাবু অঙাওবা তাহনখি—"ইভাউ চাউঙৌ! নংগী নশেল মুপা ইমোবী [ মচল লোবা ] অসিনা হৌজিক লোনখিবা চোইরোল অহু তাহৌইদনা, হন্দক মরক অসি খাসি খানৌ হৌরবনি—মুপী অতোমবী অমনা পোৎসেম তৌরবনি।"

অমুচৌনা তাপ ওকশিল্লকখি—"তাহৌই! তাহৌই! শক নংনস্থ মুপী অতোনবী কোয়রিবোরেকো ...।"

ইমোবী খাঙাংবা লেপখ্রে। মবাইগী মমাংদা হিদাক থাবা অহুদদি খংডে হেক তেথখি। ইবোচৌ য়াওবা অসিনম্ সোরোগী রা পনবা ঙমখিদ্রবনি। ইবোচৌ হায়বা অসি সোরোগী মবুংনি। ইমোবীদগী ঐনা হেন্না ক্লাগী হৈবা মীনি হায়বা অসি খংজরমগনি। নত্তে, নখোয়না ঐসিবু কদর কম্পীটিসন্দা কাউ তারবা জুবারী অমনি হায়দুনা খনবীরিবরা ? ঐগী রারী তাবীরিবা ভাবোক! নখোয়স্থ ইমোবীনা টিংনরিবা মীশক অহুনী হায়দুনা খনবদি খনবীরিদনা! খনবিয়ু! খনবিয়ু!

ঐগী মুংঙায়বা পাউ তাবদা হরাউ মখোয় কাজরবী নৌবীস্থ থুংবু থুংলরে —তু! তু! ঐগী অঙকপা খোদোক অসি লৈকায় শিনবা থুংনা পাউ চেল্লু রিমাল্লে। ঙন্তানা লাককম খোকপা মহাক্না ইখেংবু খেংতি। সোর থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা ইমাংদা চপ হেক লেপলৈ —"ওজা! ইচেম্মদি কদায়দা লৈ ?"

ইমোবীনা নৌবী লাকপা অহু উরুবদা করি খনখিবনো হায়বদি খংদে—ঐঙোম্দ অমুক নৌবীদা অমুক য়েংলগা ফরক অমা ছৎ হোরকখি, "হুমিংলা থা-রা খোকলীবসি, মঙদি নত্তেকো ইতাউ ? নৈসত্যা! নৈচিল হুতিবু ফগ্রেহৈ!"

ঐহাক পাউখুম পীবগী মতম ফংখিদে। চৈরক অহুদা ইমুংদগী মীয়াম অহু খোরক্লগা অমতা ওইনা হংলকখি —"ইমুংদস্থ নৈতনা, কদায়দা লোংলীবনো ?"

নৌবীনা ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা খুমখি —"ইস! ঙাওবরো নখোয়বো ? মৌ অনৌবী য়েংববু অহুম হায়না লান্দাবদোনা তৌরবদি মশানা লোৎখিবা তাবনি। ঋুম অমদগী মৌ অমা লাকপা হায়বা অসিদি ইকায় ফীরুক থুমদুনা মায় জিং জিং লাওই হায়নরিবনি। ঐখোয়গী ইবক অসিদা মায়খোং অহুস্থ নোংমদি উরকখিগনী, অহুক ঙায়ঙমদবা তৌরুস্থ!"

"হোয়নে অহুবুদি চুম্মীনে!" ওম্রমক্না খুমলকখি।

"কাংখদা লোৎপ্রা য়েংঙুদা মুন্না।" ঐনা মরক থৎখি।

"নৈত্তে কৈস্থ।" ইবেচানা খুমলকখি।

নৌবীনা ছৎ হেক্কা শমজিল্লকখি —"নখোয় ময়াম উবহুদা ইকায়দুনা উপু মমুংদকা লোৎলমগনি। হোরেল মুংখিস তপ্না য়েংলবস্থ য়া-পোৎনী কনানা থংবা —ময়ামগী মরক অসি ইকোং ফোংনা অহুম য়াওরস্থ য়ার ..!"

হৈদকো নৌবী হায়বীদো। ঐমকী ছাত্রিনী হায়বদা মতিক চপ হেক চাবীনি। মাগী পাউখুম অদুদা ঐহাক পেনখি। ফজনা হৈরে মতম অসিগী খুপী!

"নংবু মশক উরবরা ?" ইবেচানা নৌবীদা হংখি।

"উরে, য়াম্না ফজে!" নৌবীনা পাউখুম পীরকখি—"ওজাগী খুপীনি হায়বদা থাজরোয়!" য়াহৈ অসিগা লোয়ননা ঐঙোম্বা নোকফেৎ তৌনা য়েংলকখি।

থাজরোয়! পাখোংগী শকলোন লৌদুনা শক থুগপ্রবী সোরারেনগী মচা খুপীবু খীরকপগী অমদি মশক য়েংলীংবগী ঊহোনা নৌবীগী খুলদা লোংবা মথী কোংলকনী হায়রা অসি ঐহাক থাজবা ঙমখিবরা ?

"ইঙ্ক ! ' ঐখোয় ওজাগী শক অসিবু কজদে হায়গজনে'? কুচু হায়রা মপাল্লি —রাসি অমসু অদুম মরৈজে !" ইবেচানা ঐগী মীচং চংবীহনা হায়বা রানী।

"হোয়, অদুবুদি সনাল্লি—তিংখংনা য়োমলকা থৈবোং মসুংগী অমৃতনী !" নৌবীনা মখা কোথজহনা নোকচৈ।

ভাবোক অমা ওইনা লীলা য়েংলীবা ইমোবীনা নৌবীদা অমুক ঐঙোন্দা অমুক য়েং তৌহনা ফরক্কী তেস অমা ছৎ হেক্লা কাপথোরকখি—"শোয়দনমক ! শোয়দনমক ! ক্রেক ওইরবসু ক্রেকমানী !! হা ! কদি হায়গে নৌবী ? হি ! হি···!" মথন্তা নোকচৈ।

মরক অদুদা ইমা লৈরিক [ সোরেগী মমা ]অমসুং ইরোমগী ইনে কবোকলৈ ছৎ হেক ফাওরকখি। ইনেনা নোকমী নোকমী তৌহনা হায়রে —"সাধু চেং চংবা, কদায় নংবু সুপী খীরোয় হায়বদায়নে ?"

"কালগা সাইগা মাপ্লে হায়বহনী ! ইনেখোয় খাই লৈ হায়হনা ঐগী মচা সিঙোল অমবু খাংজিন্নরে —কদি খোকসগনি হায়বসু খংদে —ঐগী পুনসিগী অরুবা পো কাংবা হোরে মায়কৈ কদোমদনো হায়বদি খংদ্রি।"

"সুংশা থিরুসু ইয়াসিদি —ঐখোয় অমুক য়াম্না লৈরিসিদিনা ! কদায়, সুপী মচা অংবু মশক অমুকংদি য়েংহল্লুদনা !" ইনে কবোকলৈনা অসি হায়রগা ইমুংদা চংগদবগী তৌরম্মী।

ফরক মপীনা তনখাম খামখি—"ভায়খো ! ভায়খো ! ইনে ! ভসাইদগী লৈরিবা ঐখোয় ফাওবা উদ্রি —মাইসি তিকেৎকা কক্লগা অকোন অহান নায়না য়েংহনগদৌরি —লাল্লা হৌদোবা রাংলী ! এরা, ইনে ! য়েংলুরবসু অদুমঙায়, হুরানব' তাম্নবদা হুরানবসু অদুম য়াওই হায়বহনী —অমদো অমদো ইফোং ফোংনা ! ... হুরানব মকোক্লা উসোয় হৌরবনিনে।"

মীৎশিং নাশিল্লবী নৌবীনা ইনেগী নাকোং ময়াদা রাংখরা লোম্না হায়খিবগুম তৌখি —মদুমদি ফরক মপীনা উখিদে। সোরেনী হায়হনা মশক তাকপগুম তৌশিবরা ? ফৈদকো নৌবী হায়বীদো ! ঐগী ছাত্রি ময়ামগী মরক্লা অংহোইবীনি।

"ফৈ ফৈ পোখাহল্লু —ঐন্ন হোরেল অমুক লাকে।" ইনেনা অসি হাইরমলগা হনখিবা অদু ফরক মপীনা চঙক্লহনা লৈহৌই।

অম্মুম্না মীয়াম অদু মুংখিল লাকসি লাকসি হায়রগা হন্নখি। ইমোবী মহা-জোকরনা চংলমদায়দা হায়রম্মী—"লীলা ফজরবদি মবানিগী লুহোংবদা ঐদাক তৌগ্নি খোংলোয়দবনিকো ···!"

ইমা লৈরিক্লা চংলমদায়দা হায়রক্লা রাহৈ অম্মুম্ন চিংথহনা থমফম থোকতে। ভসিন্নু করিগী নীংশিংলোয়নী মরোইলৈরগা অমমকি চিংনরগা তৌরম্মী মাগী রাহৈ "সুপা মচা ! নংগী অসিবু ফাগী ফাগী ঐখোয়গী লোঁ ———"

ঐনা মথা চৎথরক্লবগী তানজা পীখিদে—য়াম্না থুনমক মরক জবৎ শমদৎতুনা মেনশিনখি—"ঐখোয়গী খুল অসিদা কৈদোবা ইমা ...?"

ঐগী হৈ শিংবা অদু ইমা লৈরিক্না থরখিৎ ওকলীগনি হায়বা থৎওই। শরক অহোবা অমা মতাং চানা জবৎ মেনশিনখিবা অদুনা ঋ ওাংফম থংখিদে ঙৈহাক্তি। ঋ থৈরম্না মথা তারকখি—"ঐখোয়গী খুল অসিদগীরা হায়মী–?"

ঐহাক পাউখুম অমতংদি পীনিংলম্মী অদুবু চৈরক অদুদা কৈন্যাতোম্বী হোবেৎ হোবেৎ হেক চংলকলগা ঋারী থুগায়রে—"ওজা! ইনম্মগী মমীংদি করি কৌই?"

ঐতোম্দা পাউখুম ওাংবস্না তৌদনা ইমুংদা চুমজ্রিং চংখি। ইমা লৈরিকস্থু কুইনা পম্বরমত্রে—থরদি চিংনরপ তৌনা হনখিবগুম তৌখিবরা?

"ইমুংদস্থু লৈতে, কদায়দা থৈত্রে ওজা! মশক অমুক্তংদি য়েংনিংঙিদা।" কৈন্যাতোম্বীনা ইমুংদগী প্রপ প্রপ পোরকখি।

"ইমুংদা লৈত্রনে?" ঐনা পাখৎলপ তৌনা নৌবীদা ওনশিন্দুনা মথা তাখি—"নত্তে, নৌবী লৈতে হায়রিসিবু কমদৌরিজাৎনো? অমুক অঙনবদা নংগা ঋারী শাহৌবদায়? য়াম্না শাখীবা শুপীনিকো—নংগা অমুক্তা মমুংদা চংলগা য়েংহল্লসো! ঐবু চোপহনগদবগী চেনগ্রবা জাৎলানে? নং তাইডোবীনা মরাল অমা ফরক তৌরিবা লোয়রেহে!"

নৌবীনা মমীৎ পৈরপ য়েংলগা লো অমা হোরকখি, "অদা, করিগুম্বা চেনগ্রবদি শোয়বা ওাক্লবা অমা খীহৌবদি কমদৌই ... ?"

ঐহাক পাউখুম পীবা ওমখিবরা? ঋাহৈ থরদি হায়নীংলম্মী অদুবু তানজা ফংখিদে।

থুঙ্গংগী লৈশাবী মরক্তা ছোনো চুবী ওইনা ফরক তারবী অমদি ইকায় ইাক কয়া থংত্রেবী কৈন্যাতোম্বীনা চয়েংনরকখি—"কৈস্থু চেনবীগদবা শুপী নত্তেদা ওজা, ইফোং ফোংনা অদুম লৈবগুম তৌরমাল্লেদা।" অসি হায়রগা নৌবীদা অমুক ওনশিনখি—"ইতা! মমাংবু করি কৌবগে? নংস্থু থংত্রনে? ওায়খো, নখোয়গী ইচেদি ওসি উদে কদায় চৎত্রে .. ?"

অর্থ লৈববা কৈন্যাতোম্বীগী ঋাহং অদু হৈশিংলবা নৌবীনা ময়া কুনহনখি—"মতাং অসিদা ঐখোয়গী ইচেবু নীংশিংবীরিবদি করিগীনো!"

কৈন্যাতোম্বীনা থরা ইকাহৈরপ তৌনা ঋা থৈদুনা হাম্নগুমা হংলকখি—"নত্তে মমীংবু করি কৌবগে হায়বনিদা!"

"সো ..... ...!" ঐনা থুমগে হায়দুনা কোথরম্মী।

হৈ শিংলবী নৌবীনা ওাপ হেক্তা ওকখি—"সোরারেনগী মচা শুপী।" অসি হায়রমলগা মহাক্না ইমুংদা 'মচেবেম্মা' উম্নবা চংখিবগুম তৌখিবরা ...? অদুক থুইরবা ঋাবু কুমশিং কয়াগী মতুং অসিদা করম্না নীংশিংলুগবা .....?

"কন্নানো সোরারেনগী মচা সুপী হায়বদি ? ঐদি মপাগী মমীং হংবা নত্তে, সুপী অহুগী মমীংবু কয়ি কৌবগে হায়বনিনে ওজা —?" কন্যাতোম্বীনা ঙৈহাক্তং রাখল খল্লুরগা ভাপতি ইতা হেক তাদনা ছৎ হায়দোরকখি —"কেকু ফোং ফোং! ইপল সোরারেনগী মচা সুপী সোরো নত্তনবু কনানো —?"

"ইপল সোরারেনগী মচা সুপীগী মমীংবু সোরো কৌই হায়বদি নঙোম্দা কনানা হায় ?" ঐনা মীৎ লংখৎখি —"ঐগী কেকু অসি নংবু ফোংবা ঙমজগন্নে মায়থকপী !"

"ওজাগী কেকুদি ঐতনা ফোংবা ঙমগনি। অমবু ওইরবসু ঙসিবুদি চেৎনা লোৎচরো।" কৈন্যাতোম্বী অমুক পস্থরমজ্রে।

অস্মুম্না মী কয়া, মী মরোল মরোল লাকলম্মী, হিংলম্মী, য়েংলম্মী, হংলম্মী। মথৌ লোয়রগা মচ খি। ঐস্মু নোংমদি খুল অসিবু থাদোক্লগা চৎখিবা তারিবরা ? শকফম শোকলবা মায়থোং অহুনা নোকপা মাল্লবসু মীৎলু অদুগী পীবুদি কনাস্মু উরমদে। ইথম্মোয় অসিনদি উহৌই, করিগী কাহৎল্লীবা মায়থোংনো ? ঐগী ঙনাগী শঙলেন মগুং অসিদা মহাক্লা কপখিবদো করিগীনো ? মরেক মহাউ য়াওদ্রবা মীরোনগী অনৌবা য়াওন অমা —লংদায়নিংলুবগী থাংজিনবা হোরবা খোংথাং অদুনা পাউ অমা ওইরগা অনৌবা ইতিহাসকী পন্দুপ অমা হৌখিদবসু কনানা থংবা —? নোংমা কুমশিং কয়াগী মমাংদা শাগৎখিবা মঙলান —কুমশিং কয়াগী মতুংদা ঐনা করি হায়না পাউদম্বা তারিবা ?

সুমিৎ অঙগী রা অস্মুম্না লোয়শিনখি। কৈন্যাতোম্বী চৎপ্রবা মতুংদা ঐহাক ইথম্তা নোঙুনা লৈহৌবগুম তৌখিবরা ? পুরিংদা রাহং অমা লাকখি —"পুনসি লীলাগী রাহৌদোক্লা অস্মুক ফজরবদা রারী মপুং অহুমকপু মরিক চুম্না লীলা উংপা ঙমলবদি করিগী লময়োনা ফজরোয়।" ইথম্তা অস্মুম্না খল্লুরগা লুখম খোৎনা খোৎনা ইমুংদা ওনশিনখি —"নংবু তারিবরা ? কমদৌই, লীলা হৈবগী ক্রেকু ? ইমুংদা কৈদৌরি ? চা অহু লোল্লুরস্থ——!"

ইমুংদগী করি পাউথুমনো ফংখিবদো ? অংক কুইরবা রাবু কর্ম্মা নিংশিংলুগবা ? ইমুংদা কনাগুম্বী অমদি লৈবগুম তৌখিবরা ? নত্তে, ঐগী রারী অসিবু কমদৌবগে ? মমৈ মকোকপুদি থরা শম্নজ্রে। ঐ থংঙি —ঐগুম্বা ফাগী হৈবা ফিগ্রি মপী অমনা লীবা রারীনবু কয়াম সুংঙায়গনো — করিবু ফজগবা ? ঙসিগী শাংলবা সুমিৎ অসিমা মতম কায়থোকচরগা লীরিবা রারী অসি য়াম্না মথোংহুক্কবনী হায়দুনা খনবীরিবরা ? অহুমকপু লোয়বা ফাওবদংদি তাবীগনী। নত্তে, তাবদা ইগুং গুংঙায়বীদবরা কৈনো, ফারক কায়না ভালো অমতা লাওবিরক্কবসিবো ? খুবাক অমা অনিদংগা হুইশেল অমা নিদংগা ওইরবসু খুবীরকউ খোংবীরকউ ! লীনেমা য়েংবা হৈতবা মৈত্তে মচাগী লুদবা রাহৈ অহুদি য়াওবীরকসু, ইকায়জে।

শোয়রেনগী মচা মুপী—...

মুমিং অমুগী ... লৈরবা লীলাগী ... নীংশিংলকলে । ...ইবোদন ইমোত্রী অমুক ... ...খি —নোকখি ন্যাকখি তৌরগা ইনা... ...মুনা ... —"ইভুট । ঐহাক্না পাউ হায়দোকপীরম্লবনি !"

"ঐহাক খাই লাওখি —"করি হায়রা ? পাউ হায়দোকলুরে হায়রা ?"

"হোয় ঐনা, নংগী অহল লমন শাক্লনা লুহোংবগী মুমিং ফাওবা লেপ্লরগা ...কলবনি, মথোয় ইমুংদি হরাউবনা লোয়হৌরবনি —লৌ পরি মঙা তরুকক উনগনী হায়রহৌরে।" ইমোবীনা ইনুং হেক মুংঙায়না হায়রকখি।

"হরে ! হরে ! ঐহাক শোয়রেদনা।" ঐনা কোক্লা খুৎ হাপলগা শকফম হনজিনখি —"নংনা অচক থবক ফরিবরু করিগীনো ? কনাগী ইমুংদনো নংনা হায়দোকলুরিবা পাউ অহুবো।"

"য়াম্বেমগী ইমুংদনিদনা —কনাদা ওইনি হায়বগে ?"

"য়াম্বমগী ইবেম্মা অহুনি হায়বা অসিবু নহাক্লা শোয়দ্রে হায়বা খংলবরা ?"

"আইমা নক্লেনে ....?" মমীৎ লংখৎলকখি।

"ফাগী ফাগী ঐবু মুপী অনি লোনবদা তারিবরা ?" ঐনা অরাবা উংলম্মী।

ইমোবীনা ঙক্লপ্না হংলকখি —"করিনোনে হায়রিহুবো, অমদি কনানোনে ...?"

ঐনা মাগী রাহংগী পাউখুম পীবা তোদনা চৈহৎখি —"নমায় অদুক থকলীববু করিগীনো ? নংনা মীগী মচা মুপী অমা বদনাম থোকহল্লবনিনা মায় ঙাকপা তারবদি ঐগী করি ফজরিবা ?"

ইমোবীনা করিম্নু খৌশাদনা খুমখি —"হোয়দা, ইমোবীনা তৌবা থবকপু শোয়দবা হৌনবরা ? তঙায়ফদ্রবদি ঐনা অমা লৌবা হায়বহুনি —হা করি হায়গে !"

"ঐগী লীলাগী কেকু অসি নহাক্লা ফোংগে হায়হুনা থোক তৌবদি নত্রেকো ইতাউ ?

ইমোবীনা শকফম হনজিল্লগা শিথরকখি—"তঙশংনমক পাউ হায়দোকলুরবনিনে নক্তে, নংগীসিবু মুপী ইয়াও য়াওদনা শান্নবা লীলা মনখ্রেদা ....!'

ঐনা লুখম খোৎখি — "ফাগীনা অচুম্বা ওইরকপম্মু কনানা খংবা ...?"

অমুক মরিক চুন্না লীথরকলবা রারী —হৌজিক্তি অমুক ঐগী রাখলনা করিগী চম্মনরুফম লৈ ? নীংঙমদবগী মৈচাক অমনা থম্মোয়দা ওমশিন্দুনা চাকলীবা মৈরী অসিবু কাগীনি খল্লসিরা ? চৌংখোং অসিদা, শঙলেন অসিদা মুপী অমা লৈরবা হায়বদি ঐহাক খংঙি —ঙসিদি মহাক কদায়দা ? নত্তে, মশক মমীৎ লেপ্পৎপা রুপ অসি নখোয়না কনানি হায়হুনা খনবীরিবা ......?"

"I slept and dreamt that life was beauty
I woke, and found that life was duty;
Was my dream, then a shadowy lie?

—E. S Hooper.

# সোরারেনগী মচা নুপী



অনিসুবা হুখল

## অহিংনা নোংঙানবা ডায়রী।

"The rights of women what are They ?
The rights to love and work each day ;
The right to smooth the brow of care ,
And whisper comforts to despair ;
The right to watch the parting breath ."



## ॥ ১ ॥

## মীৎলু পীরাংগী ৱারী

ঐগী পুনসিগী ৱারী—মায়থোবা অমস্তুং নীংবা কাননগী চাউরবা ইতিহাসনি ···। চৈনা চৈথেংগী পীরাংনা মরেপ থুমহৎখিবা পন্দুপ কয়াগী পবেংনি ! মফম অমস্তুং মতমগী নোংলৈ নুংশিৎনা তমদোকখিবা পু· সি—মতুগী লেমহৌবা নীংশিং খুদমগী চিক্লবা চীংয়াগা তমথানা কপলী ' ঐগী মীৎলুনা পী শিন্থবী ' মীংলু পীরাংগী অরোয়বা পারেং—নীংশিং ৱারা কয়া চাহৎতুনা তারি। ঐগী থম্মোয়দি য়াম্না নী শিংবা ফৈ। মতুনক্কী মৈশা লালী—পুনসিগী অকোয়বা চাংয়া তময়াগী অহাংবা লেবুক লমহাংনা অৱারা শকলোন উৎলা—হৈত্রবা মতমগী ফংফম থোকপা চৈনা-চৈথেং—ঐগী খেংগংলবা ইথম্মোয অসিনা শকক থাবা তাসি !

পুনসিগী শাগৎলবা খোংচৎ—চাউরবা পন্দুপ কয়া মরুম খায়দোকপা য়াই। ৱারী কয়াগী থোংদোক কপানা পবেং লেংশিন্দুনা শাগৎখিবা পুনসিগী পুখা—মচোয় মচোয তারবা লামায়নি। পু· সি তসিমক্কী মতৎ অমা মফম থংহৌদনা মাংখ্রবরা হায়বসিস্তু চিংনমিংডাইনি। নীংশিং ৱারীনা মচু শংখিবা চীংখোংগী পন্দুপ অসিবুদি ময়েক শেংনা নাংশিংলী ! অকেনবা উনানা কোরৌ নোংদোম্দা পায়খিবা মুমিৎকী ৱারী—সোরারেনগী মচা মুপীনা মীগী ছায়জিন্দা নোং থুপতুনা লৈখিবগী চৈন্যাখোল—পীনা থুমহৎলবা শংফমনা ঐগী থম্মোযবু ৱাহনখিবরা ··?

অকেনবা উনা ওইনা পায়রুরবা ঐগী পুনসি—নীংবা কায়তুনা হল্লকপা কুইরে। মতম কুইরবগী তুংদা তসি অমুক ইথং থংহৌদনা থুংলবা ঐগী অরোয়বা খোংচৎ—নোংপোক খুলেনগী চীং-তম্পাক অসিবু ঐগী থম্মোয়না করিগীদি কাউরুফম লৈ ? নোংমা, কায়নবগী নাম্থোকপা য়াত্রবা পুংফম অমা লাকখি—মীৎলু পীরাংনা মরেপ থুমহৎলবা মায়থোং অতুনা অরোয়বা মীৎয়েংনা ঐবু য়েংহৌখি। মফম অসিদনি—অহুভৈ সোনারেনগী মচাম্নুপীনা মোমোন নোঙ্গ্রা লৈছৌবদো···।

সোরারেনগী মচা সুপীনা মালেমগী লাইরৈবাক্তা নোঙ্গমলকপা সুমিৎতগী হৌরকপা 'ঐগী' ইতিহাস—ঙসি ফাওবা চৎথরিবা মীরোন কয়াগী ৱারী—সুপী অমা নৈরম্মী! শকলোন পুবীগী মুর্তিরা ....? ঐগী অমস্থুং মাগী ৱারী—লাপথোক্লবা কুমশিং কয়াগী থম্মোয়না কপলী নীংশিং থুদমগী ময়েক লারবা চৈনাখোল অমা হকথেংনবা তারি...!

মমীং থংলী—মশক কাউরে। মমী কাউরে—মশক উরি—মমী শামী! লাপথোক্লরবা কুমশিং কয়াগী থরো থরো ওন্থখিবা ঐগী মীরোন অসিগী মরক্তা ৱাহং অমা লাকলী—"ঙসিদি কৈদনো অহুৈগী শুমহৎপা মুর্তিগী মায়থোং ..? চীংখোং অসিনা করিগী পাউথুম পীদ্রিবনো? শঙলেন অসিদা পী শিন্থহুনা লৈহৌবী মহাকপু কদায়দনো?

আহ! ইবেম্মা! ঙসিদি থুংলরে, নংগী মায়থীরবা লালোই! কদায়, শিন্নররো লালহৌবগী লালহৌবা মচা! নংগী নথাদা কোন্দুনা থমহৌবদায়, ঙসিদি কদায়? নোঙ্গাখিবা থোকলবস্থু সুপ্নগী অমুক্তং নোঙ্গমলকতুনা লেপলখো ইমাং অসিদা! নম্ভে, নম্ভে, ইবেম্মা! লাকখো, শম্মুল থোকহৌরবা নংগী শমলাংনা সুমিৎ কয়ানি ঙায়হৌবদায়—ঙসিদি ঐনা ঙার্বি চীংদোন অসিদা! নৌনা পুনবির.গ শম্মুল, থেৎপীরগে ভাংলৈনবা মচুগী থরাকলৈ চরোংদো..!

নীংশিংলকলে—ফৈরেন থাগী কুনিদাংৱাইরম—মচু শংলবা মীনোক মীৎয়েংগী মথল অমা! তারমদায় কোরৌগী সনা অহিংবা মচুনা লৈতেংলবা চীংখোং চীংয়া অসিগী ফজবা হায়নিংঙাই লৈখিদে। মরক অহুদা ঐ অমসুং মা !

"সে, লৈ অসিমতংদি থে পাযু ঐগী শমজি অসিদা..! নোকমী নোকমী ইমাংদা চংশিল্লক্তুনা লেপলৈ।

ঙসিনা মোংশোং ওইরবা চীংখোংগী ইংখোল অসি মতম অমদা য়াম্না নীংথিজরম্মী। নাপী শিংনাংনা কুপশিনগ্রবা পুখ্রি মপাল অসিদা মথল মথেলগী লৈ শাৎলম্মী, লৈকোন অমগুম্না পুরিং হুরম্মী। অকোয়বা অসি অশংবা নাপীগী চাং মান্নরবা রেশম অমা থাহুনা থম্বগুম ফজরম্মী। পুখ্রিগী ইয়াইদা থরো, থম্বাল, থারিকথা মতম মতমগী ওইনা শাৎলম্মী। সুমিৎ কয়ানী লেপমিন্নখি, ফম্মীনখি—ইবানী। ৱারী কয়ানী—মীনোক মীৎয়েং!

"লৈ থেৎলগা কৈদোংগে হায়রিবনো?" ঐনা হংঙি।

"নথুংমক্তা থেৎপীখিবা লৈ অসি লৈমন চনখিবা থোকলবস্থু থমগনি...!" মীৎয়েং মতা অমা তৌরগা নোকলম্মী।

"কলায়ুদা, কৈদৌনবা থমগদৌরিবা?" ঐনা হংঙি।

"পুন্নসিগী য়েন্দায়দা—নীংশিং থুদম ওইনা থম্বদি য়াইদনা...!" শুমহৎপা মীনোক অমগা লোয়ননা য়েংলকথি।

"এঃ! নংদি ঙাংখ্রৈমানহে! ঐনা নংগী পুরেম্বা? ঐদি পাঙ্গলবু য়াম্না শোম্লি—কৈ তরেৎতি লাইরদনা হৌদোং তরেৎমকস্লু ফাবা ঙমলোয়!"

"ঐমা নঙোন্দা হৌদোং ফাবীদুদি হায়দে—লৈ অসিমতং থেৎপীয়ু হায়বনি। মোইরাং কংলৈরোনগী পুরেম্বা শাবীয়ু হায়বস্লু নত্তে, সে · সে-মী!" ঐঙোন্দা ঙাথরকখি।

হৈ, লৈ, খোইমু থম্বালগী প্রমান পাইখ্রেনা সুংশিবগী অমদি নীংশিংবগী খুদম ওইনা শিজিন্নবা অসি কয়াদি পামদবনি। অহুমকপু থেৎপদি—থেৎপীখি - ঙাংলৈনবা মচুগী থরাকলৈ চরোং! লৈমন চল্লবা লৈরাং অহুবু মহাক্না তশেংনমক থমলম্বা খোল্লবদি, ঙসি মহুবু য়েংলগা ঐবু নীংশিং নীংশিংহুনা মমীৎতগী পী শিন্থহুনা লৈরমখিগদ্রা? অহুবু মফম কৈদনো … ?

ঐনা মাবু করেন্নখি—" হোয়নে, হোয়নে, অকংবা লৈ চরোং অহুবু ননাক্না লেংদনা লৈরবদি ঐ অমুক লৈরুবস্লু য়ারেদনা … ? ঙসিমকপু চংগ্রগে?" ঐনা হৌগৎতুনা চৎকদগী তৌশিন্নখি।

মীনোক মীযেংগী শুমহৎপা অর্থ অমনা ঐবু য়েংলকখি—"নহাক্না ঐবু থাদোকলগা চৎপনু মেজগদ্রনে … ?" অসি হায়বগা ইখুং লাক্লুনা লীংখখি।

"ঐবু নীংশি নীংশিংলগা নহাক কপ্পুনা লৈহৌগদবা কুইদ্রবনি …… ?

'চাংখোং অসিদা ঐবু ইতোমতা হুন্দোক্লুনা থম্বীরমগে অসিবা?" ঐবু চিংনবপ তৌনা হেংলখি—"হোয়, ঐ লৈখিদ্রবা মতুংদা নংস্লু ঐবু নীংশিং নীংশিংহুনা কপলোযদ্রো …. ?"

"শোযদনমক …. !" ঐনা অসি হাযরগা সুমিৎ অহুগী লামায থুপশিনখি!

মহাক্না ঐবু ঐনা মাবু থাদাক্লবা ঙমগনি হাযবা অসি থাজখিদে অহুবু কায়নবগী মতম অমা লাকখি। লৈখিসস্লু মহুগী মবম। ঙসি ঐহাক কপ্পদি তাবিবরা?

পীরাংনা মরেপ থুমহৎলবা মীৎ অসিনা সোরারেনগী মাযকৈ য়েংলী--কনানা খংবা মহাক নোঙ্গাবস্লু য়াই। চাংদোন্দগী চীংখাদা য়েংথরবা অকোয়বা মীৎযেং—তংতানা কপনীংবগী শকফম অমা উরকলী—'মাগী' মতম্পাক! পুনসিগী বারী বয়া মচু শংহুনা থমখিবা চীংযাগী তময়া—নীংশিংবগী তমথীববা চৈনাখোল পীবা হৌরকলী - - - - !

নোংমা, কুমশিং কয়াগী মমাংদা চাং-তম্পাক অসিগী অশাংবা চীংদোন অসিদ খুনিং কাং-কাংহুনা লেপলবা পোইবৈ তাম্না অমদি অশা চাউনা য়েংজহৌবী 'মাগী' থামহুনা লৈহৌবা খোঙ্গুলগী মমী অমা শেংনা উবা ফংলি · ! মতম অমগী লোয়থ্রবা বারী—কনাগী লেমহৌবা খোঙ্গুলগী নীংশিং খুদমনো ? ঐগী ইখম্মোয় অসিনা বল্লিগীদি কাউরুগবা?

ঐগী মীৎলু পীরাংগী য়ারী—পাম্থোইবী খোঙ্ লগী পুয়া নত্তে। সোয়ারেন্দগী কুমখরকপী জগোয় শাবী মেনকাগী য়ারীনি খনবীরিবরা ... ? উনাগী শগুলেন্দ লৈরম্বা মুপী অমগী য়ারী—ঙসিদি কৈদনো সোয়ারেনগী মচা মুপী ... ? শকফম শোকহৌরবা মায়থোং কুমশিং বয়াগী মৈচাক মৈশানা কাহৎখিবা য়ারীনি ! মায়হিংনা মরেপ থুমহংখিবা দাকফম, খোঙ্ লম লীবদি ফংলরোয়। শম্বল খারবা পুনসিগী লমখায়নী "অনৌবী, অরবী" মায়থোং-লাপথোকনরব কুমশিং কয়াগী মীরে'ন— উন্নররোয় অমুক হন্না ! মাবু ঐগী পুনসিদা অমুক থেংনখিগনি হায়বসিবু শাজক্কফম লৈরিবরা ··· ?

মৈতৈ পাখং লময়ানবশিংগী অনৌবা লাইমীংগী মৈরী—মৈরানরী ওইখিবা পুনসি কয়াগী মরক্তা খোং থাংজিল্লুরবা ঐমকী পুনসিগী খোংচৎ অমম্মুং খোংথাং, লেমহৌরিবা পুনসিনা ঙসি কপলী ! মায়থীবা অমম্মুং নীংবা কায়বগী নোংলৈ নুংশিৎনা তোরা তুনা হুমদোকখিবা লমখায—মহুগী মতেক অকায়না খুমজিনখিবা পুনসিগী লেমহৌবা মখাক—হিংবগী করি মহাউবু লৈরিবা ? হিংবদি লোযবা ঙায়বা তারী—পী শীন্থবতগী পন্দুপ অমা হৌগৎলকলী ! থম্মোয শোন্থরী—নীংশিংবগী চৈনাখোল মরক অসিদা যুগ অমা হৌগ্রবগুম চহি কয়াগী মরোল মবোলনা হায়দোকপ্রবা পুনসিগী লামায়—ময়েক মু'প্রবা থৌদোক কয়া কয়াগী মনী শামীববা শকফম অহুগী মীনোক পীরাংগী অরোয়বা মীয়েং ·····! অরোনবা অমম্মুং ফোংবা পাখোংগী য়ারী—থম্মোয় অসিনা করিগী কাউরুফম লৈরিবা······?

ঐগী পুনসি অসিমক খোংচৎ কায়রবা ওরবিতকী কোমেটনী— সহরদা অমুক লৈরম্মী, খুঙ্গংদা অমুক লৈরম্মী, অমদা অমুক লোৎ তৌত্তনতা হৌরকলবনি। মমৈ মকোয় শমন্দবা অমদি মচোয় মচোয় তৎলবা লীক্লাং অমনি। থোকখিবা থৌদোক কয়া অবোন অহানগী পরিং খীবা তৌদনা থুনগৎপদিতারবনি। নীংবা কায়বা অমদি মায়থিবগী চৈনাখোল অমগা লোযনত্তুনা সহবদগী হুমললকপা নোংলৈ নুংশিৎ অমনা খুল অসিদা পুবকখিবনি ! তংায়ফদবা মরম অমনা সযকাবগী থবক থাদোক্লম্মা। অত্তুবু হিংনবা হোৎনবগা লোয়ননা পেন্দবগী লান চংবদি হৌবা তারম্মী। লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবা য়াখল খনবা নহা কাংলুপ অমগী মাংজিল খাত্তুনা অচৌবা থৌদাং অমা লৌবম্মী পাউচে অমম্মুং কলমনা খু'লায় ওইত্তুনা মতম খরম্মু লেনখি। মমৈথংদা শানৌ নহা লালোইশিংগী মবক্তা মতৌ করম্না ইরাকনখিবা ....... .... ?

মওং মরিল নাইদবা সমাজগী অমদি লৈবাক মীয়ামগী খোল্লাও অমম্মুং চৈথেং কয়ানা লমহেল্লবা ঐগী পুনসিদা অকনবা ইনোৎ অমা পীবগুম্বা তৌখিবরা ......? অনিশুবা জেলগী চেপ্টর লোয়ত্তুনা থোরকপদা অনৌবা মৈরী অমা চাকপা হৌগৎলকখি। সহরদা অমুক হন্না লৈনিংবগী মীহৌবা লৈরমদে। ভাবোক ফরবা

সনা লৈবাক অসিদা সমাজগী থবক তৌগনী হায়হনা চোংথোরকপ: মীওইশিংগী পুনসিদি শাথীনা অরাবানি হায়বা য়াই। নীংহম্নবা অমসু লৈবস্মা। মবম অহুনা ইংলবা পুনসিগী অনৌবা পন্দুপ অমা হৌকরগে হায়বগী লাকথিবনি সহবদা লৈহৌবা রান। ব।। অহুমক লৈহৌখিসসু—মতু দা অহুক লীবা হায়বহনী। পেন্দবা কনাবু ০ দা থনলনা ইংনা চিক্না থুন্দাহনা লৈবা হৌরকলবা থুঙ্গংগী পুনসি অসিনা মতৌ করন্না অমুক লৈগক লৈখা ওন্থোকথিবনো হায়বা অহুমকসু অঙকপনি …!

মফম অমসু মতমগী লুর নুববা থোদোক কয়াদা খুদি থাহনতা চহী কয়া অসি পৃথিবীগী খোংচৎতা থবো থবো ওন্থহনা লাকলবনি। এঃ থরো থবো ওন্থব-সিদি শুংঙাইবো মতা অমা ওইনা! ঐদি য়াম্না চংঙাযবা হৈবা মীনি। পুনসিদা পী শিন্থখি, থম্মোয় মুংহিক্না চসিসু কপশাবনি হাযবা য়াই। মতম শাংথহনা তেংথো-নাওইবদি—থক তৌখিদববা? হেক থংনবা মীকুপ্তা হবাউ তযামচনতা লেনখিবনি। লৈত লাইনগী চৈনা চৈকুপী মহাউ তংবদগী হেন্দোক্নুনা কাযনবা খাযনবগা পবাসু কাবরনি। থোযনা খোৱা শাদবগী মচু অমতম শংদোকখ্রবনি। মৈচাক মৈশাগী চৈংথ বুদি থন্নদা ফুমহনা থমলী! অহুমকপু নাবতোম তাববা পুনসিগী লমহাংদা হংতোনতা হুই খোংহনা পোথাবগী থংঙাযবা অনা ফংলী মতম কুইনা খাদোক-লননবা সহব—অমুক নোহোনা চৎনীংবগী লাংতক্কবা অহু লৈখীদ্রে।

অবোযবা পবেং অসি য়াম্না চিক্না লৈনিংবগী মীহোবা অমা লৈবা কুইবে। হবাও তবান্দা, নাল থোংবা কনিসু পামদ্রেবনি। পুনসি অসিমক্কগী মীচেন অমা ওইনিংনবনি নানতোম তা. ৈরবা মীবেৎ মীচেন অমা ওইনা হিংবগী লোযবনি ঙাইনা তাবিবনা …?

অহুন্না ওসিসু ঐ ইতোমতা তুম্নক তাশিনদুনা ফমলী। নোংপোক থুলেন মনি থা মচেৎ শাবা চাংশা পবেংগী চীদোন্দনি থবো থবো ওন্থনিবা পুনসি পৃথিবগি খোংচৎ মতুং ইন্না চহি কযা ফমহনা লাকলবনি, হযেংসু হংচিৎসু ফম-খি, বারি। ফম্না ফম্না চাংদুনা তহৌববা পুনসিগা চেনা খোমজিনবা তোংনবি। নীংশিংদগী চেনা মবক অসিদা পোথাবা তাবি মতম থবা। ঐ ইতোমতগা শাংলবা পুনসিগী খোংচৎ—লনশাং চৎলুবগা চোকথববা হকচাংনি। মবম অহুনা ফম্বতগা পুনসি অমা অমুক লেনবা তারি। নত্রে, ঐসিবু লায়নিংবা য়োগী মাঙবরা …?

মক কোক্লবা উপাল অসিদা ঙাবোয কনিবোয তেহুনা ঙসিসু বেরা মপুন অমা লোয়নবা থকপা তাবি। ঙসাইদগী ফনবু য়াম্না থকলে। থকপা লোয়দনা মৈ মুৎপ্রবা বেৱী মতেক মযাম অহু ইমাংদা গৌশিন্দুনা থমলী। খংবরা— কনিগীনো হাযনা? চিরবা মতমদা বেরা মতেক মযাম অসিগী মচাক্না বেবী অচৌবা অমা উনাদা কোক্লগা অহিং অমদি হেন্দোক্না লেমবা য়াগনি নীংঙি। পোৎথোক

করিস্নু লৈত্রবা লম অসিদা মীরমগী পোৎতা মপাল তাংবা অসিদংবু শাদোকপা ভমলবদি ছিংবগী নীংতম্বা ফংলোয়দবা অসিবু কৈদনো ? হৈনরুবা নীসা, হিদাক মনাতুম ওমসিরা কৈনো ! উনা অকংবা মবাং কাযনা ফাংবা লমনিনা বেরীগী ফেক্টরী অমত্তুম লীংথৎপদি কমদোই ..?

উপাল অসিগা ঐগা থংনবা কুইরে। অস্নুক্কী মতিক চন্নরবা মরুপ ওইরে। পুনসিগী অরা-মুংঙাই কয়াদা শক্লক য়াত্তুনা লাক্লবা উপালনি। নীংশিং রারী কয়া কোনত্নুনা লেপলীবনি। য়ান্নমক মমল য়ামলবা খুদম অমনি। পুংবক চাউরবা মতমদা চীং-খাদগী ফুকতোকলগা চীংদোন অসিদা মহাক্লা থাজবম্বনি ! করম্বা রাখলদগী থাখিবনো হাযবা খংখিদে ! ঙসি মুমিৎ ।অত্তুগী রা নীংশিংলুবগা কযাদা অর্থ লৈরকলীবা ?

"বী ! ঐ লৈখিদবা য়াই. নঙোন্দগী হান্না—মতম অত্তুদা নহাক্লা করিবু ঐগী নীংশিং খুদম ওইনা লোগনি ?" নোকমী নোকমী ঐবু যেংলগা হংখীবা মাগী রাহংনি।

চহি কয়া মমাংগী রাহং — মতম অমগী মচু শংলবা চীংখোং চীংয়াগী চমনা মুংঙায়রবা পুনসিগী রাবী — চহি কয়াগী মতুংদা ওইরমলীবা মাগী পাউখুক অসিনা ঐবু পী শিন্থহল্লি ! ঙসিদি মহাক বদায়দনো ···……···?

মুমিৎ অত্তু য়ান্না মুংঙাযখি। তাবমদায় কোরৌগী ঙাংদ্রানবা মশেক্লা য়ৈরবা চীংদোন অসিদা মাহাক অমস্নুং ঐ —ফনা কুইনা ফম্মীনখি – মীনোক মীয়েং !

"করিস্নু লোরোয়—ঐনা মাগী রাহংগী পাওখুম পীখি—"শিগ্রবা নত্রগা লৈখি-দ্রবা মীবু নিংশিংত্তুনা থম্বা অত্তু ঐদি কয়া পামদবনি। নংবু নীংশিংনবা খুদমদি পীক থন্না লৈ। নত্তে, কনিনো নং পামলিবদো ? নংগী মোংফমদা, নংগী নমীং থোনবা উনাগী খাঙপোক মচা অমা শাও হায়বিবরা ?"

"নত্তে কৈস্নু !" মহাক্লা নোকফেং তৌবগা মখা তাখি—"তু ! যেংঙু উপাল মচা অসি শারবনি — ইবানীগী পোথাকম ওইনবা--ঐনা লৈখিদবা মতুংদস্নু ওইহৌবা য়াই—স্মৃতিগী মাইল ষ্টোল ! মসিদংদি ঐহাক পাম্মী ! নত্তে, মত্তুনা নঙোন্দা অমুক কায়না মৈশা লাংহৌগদবা লৈরবদি ফুক্তোকহৌরসিরা ?"

"থাববদি শারো। করিগুম্বা নহাক লৈখিদবা থোক্লবদি ঐগী লেমহৌরিবা পুনসি মখাক অত্তু লেনবা য়াই মফম অসিদা। নংগী নীংশিং রারী কয়া ইবা অমস্নুং লীবগী খুদোংচাবস্নু ফংবা য়াই। অদো, করিগুম্বা ঐনা নঙোন্দগী হান্না শিখি '···!" ঐনা নোকফেং তৌরগা ফাগী ওইনা কোচিৎ কোৎশিনখি।

"হায়হৈদে অত্তুগুম্বা রা ……?" মখুৎনা ঐগী চিল অসি শেনশিল্লকখি—মখা তাম্বা ঙমহনখিদে।

মত্তম অমগী চুম্নতা ফাগী ফরাং ওইনা ঙাংনত্তুনা শাখিবা উপালগী রারী, অচুম্বগী লাক্তম লৌত্তুনা ঐহাক হল্লকপা ঙায়রমলীবরা ? অত্তুনা ঙসিমকস্নু ঐহাক

ফমলিবসিনি। শুমিৎ কয়ানি, অহিং কয়া ফম্মীমখি ইবানী। ৱারেম থৌরেম, ফাগী যুগায়দা থুবাম চাউনা মাংহনখি মতম কয়া! লাক্কদবা পুনসিবু মহাক্কা হান্না উত্থুনা ৱাফম অসিনা ফাগী তৌরম্লিবরা? মাইবীগী মতৌগুম্না মাগী মচিনদা লাই তোংখিবরা? অমবু ওইরবস্থু, ঙসিদি ইতোমতনি। চীংখোংদসু কিম্বরবা খাঙপোক-শঙনা নীংশিং ৱারী কয়াবু মথাদা চেৎনা কোনহুনা তুবা ঙাইরি। ঐহাক হল্লকপা শুমিৎ ফাওবদং ঙায়বগী মওংদা লেপ্লুনা চীংখোংগী ৱারী লিখিগে হায়বগী লৈরমলীবরা?

আহ! ইবেম্মা! নহাক্কা খারম্বা চীংদোনগী উপালনা নহাক কায়নবগী অৱাবা শকলোন লৌহৌরী! ইতিহাসকা শাগোম্নহুনা লাকলবা লমসিগী মৈহৌরোন, নহাক্কী তমপাক্তা হিংলিবা মীরোন অসিনা নহাক লৈরম্মী হায়বগী লেংঙ্রবা খুদমদি ওইহৌরি। অনৌবা উপাল কয়া চোংখোরক্কুনা ফিদম মাংলবী নংগী মায়কৈবু য়েংবা হৌবকলী! মরু কোকপা হৌরকলবা তময়াগী চীংমায়—অনৌবা উপাল খাবগী হেন্দোক্না মথৌ অমদি তারি। য়েংনিংবগী লাংতক্লবা থুমহৎলবা নংগী মীৎয়েংগুম্ন খুনিং কাং-কাংহুনা নোংমা নোংমাগী ৱাংখৎলকলীবা উপাল অসিনা নংনা চৎখিবা মায়কৈদা মীৎয়েং খমহুনা কপলী—নহাক হল্লকপা ঙায়হুনা ৱারী লীহৌরি। ঐগী ইনাক্তা হাংহুনা লৈহৌরবা নংগী ফমফমনা লাংহল্লে মৈশা—অহোয়নহুম!

উপাল অসিগী মশা অমদা ঐদোনা নায়তোম তারবা খাম্ব্রাংচাক অমসু পায়-শিল্লক্নুনা তোংলরি! ঐগী ৱারী তাববু লাকচবা শারিবরা? ভাবোক য়াওড্রবদি ঐস্মু বীত কাদে। কবি হায়গে? মমিৎ অসে ঐঙোন্দা মুম্নুক মুম্নুক য়েংলী। সত্য! নরোল ইরোল তিন্নদবসিনবু সুংঙায়শিন্ত্রেহে! খংবরা ঐনা করিগুম্বা চীংদোনগী কবি অমা ওইরনলবদি কৈদৌবম্বা য়াই? কবি চাউবা, কমল খোযদৌনা ছৈরেংগী মেদিয়াদা ঙশায়না নংগা ৱারী শাবগী খুদোংচাবা অমা ফাংলম্বা য়াই। করি হায়গে? কবিগী ছৈরেংদদি মরোল খোক্কবা লৈরাং ফাওবা ৱারী শামিন্নহুনা নোকমীন্নে!

ঐহাক ফাগী তৌবা মীমকনি। অহুম ওইনমক খন্নুং অসিনাদ তেংথারিবনি। ঐহাক্কী ফাগী পামজবগী হেনবী অসিমক লৈরমদবা তারবদি খুইখববা পুনসি অসিমক নাহলনা ৱাখৈরম্বস্থু য়াই।

ঐনা য়েংথরিবা মায়কৈদা মাস্থু য়েংবগুম তৌরি। অমহু ঙায়রিবা হায়বহুরা...? মরক মরক্তা ঐবুস্থু য়েংখরকলী ঐগী বেরী নথক অসিদবু য়েংজবা শারিবরা কৈনো? ঐগী লৈজবা হায়ববু মসি মঙায়রে। নংস্থু মরুকোকপা চেক্লা অমা ওইনা মচৈ অমতং ফানগে হায়বরা ......?

উম! মীনৌ কয়া লেপলখি ঐগী পুনসিগী খোংজিলদা। অতৈমক ঙমড্রবস্থু ফাগী ফারাংতগী অখেন পোৎনা নোকহনবগী সেবা তৌবদি ঙমখি। অতোল অত্তা-শিংবু ঐনা য়াম্না শুংশি। ইতোমতা হিংবদা ৱারবা ঐগী খম্মোয়না পীদোল্লবী মহাকপু

খমথেংনা হুংশিবা ঙমখিবনি। মাগী পুনসিগী অকোয়বদা ঐনা নস্তনা কনাম্মু লৈরমদে। নীংশিংলকলে মুমিৎ অহুগী মচু শংলবা বাফম —

"সৌ! ঐ অমুক চৎলগে, লৈহৌরোকো......!"

"ঐস্মু নতুং ইনগনি, য়ুম অসিদা ঐহাক ইতোমতা লৈহৌবা হায়বা অসি অফবা নত্তে, ইমা লৈত্রবা য়ুম অসিদা ঐ লৈনিংদ্রে।" মাগী খোন্থাং হিক্লম্মী।

"ঐগী লমথুংফম খংদবা, কঙাওনরবা পুনসিগী খোংচৎ অসিদা নহাকপু ইতুং ইন্দুনা চৎপবু ঙমজগদ্রনে....?"

"ঙমগনি; ঙসিমক হৌজিকমকম্মু ঐদি শেম শাহুনা লৈরবনি......?" মাগী থম্মোয়গী অচেৎপা বাহৈনী।

মতৌ অম্মুম্না মপাং নায়বা পুনসিদা ঙস্তানা খোং থাংজিন্দুনা খোংথাং অমম্মুং খোংচৎ শোয়ৎরকখিবগী অচৌবা মরম অমা লাকখিবরা? কয়ারক হন্না পুক্লিং অসি হুংনাংখি। লাপথোক্লরবা মতমশিং অহুদা মহাক কমদৌনা হিংলমগনী হায়বা বাহংং অমনা থম্মোয় অসিমকপু শোম্বহনখিবরা......? লৈখিসমু মতম অমগী হৌগ্রবা বারী—হৌজিক্কী বাদমক চৎথখিগে। আহা! শেগায়রবা ফিরুক মম্মুংদা তুমহনা লৈজরম্মী মহাকপু করি হুংগী হৌদোকপীরুবা......? পুনসিগী লোয়নবী ওইনা মফম অসিদা মহাকপু করিগী পুবীরকখিবা? লমথুংফম য়োনবা পুবীবদি ঙমখিবরা? করিবু কান্নরিবা লালোইগী পুনসি......?

ঐনা ঙসি চৌংদোম্দা ফমলগা চৌংখাদা য়েংথহুনা বেরীগা উচেক্কা বারী শারিবা অসিবু করিগীনো? পুনসিগী করম্বা খোংচৎনো? উচেক অসিম্মু মথন্তগী খোংচৎ লোয়শিনগদবগী পায়খ্রে। ঐস্মু অমুক হৌগৎতুনা চৎলসিরা? অহুবু কদায়দনো ঐগী পুনসি খোংচংকী অরোয়বা লমথুংফম? মফম অসিদা ওইর্বাদি কমদৌই? খনখিবা তায়—লাকপম্মু য়ারি—ঙৈহাক্তুং ঙায়খিবনা চুম্মী। ঙায়না ঙায়না মরক অসিদা কৈদৌসিগে? থম্মোয়গী শৈশকপনা [ প্লে বেগ সৌংগর ] ঈশৈ মতেক অমতং শকহনবদি কমদৌই?

পুনসিগা ঈশৈগা থাদোক্লবা য়াদবা মরী অমা লৈনৈ। চিলনা ঈশৈ শকপা হৈতবা য়াই অহুবু থম্মোয় থুদিংমক ঈশৈ শকই! বাবেং শৈরেংনা মীওইবা পুনসিগী, পুক্লিংগী অবা হুংঙায়গী চাং ওনবা ঙমদবা মতমদা ঈশৈনদি লায়না ঙম্মী হায়বা অসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। মী থুদিংমক ময়েক য়াওদবা ঈশৈতা ওইরবম্মু ঙাংবদি হৈনৈ। খোন্থোক মুদবা মুর অহুনা মী অহুগী পুক্লিংগী বা মচং অমা মায়খোংদগী উবা ফংই। অশেংবা পুনসিদদি ঈশৈ হায়বা অসি মুংঙায়বা ফোংদোক্লবগী মখেল অমা ওইনা লৌনৈ। অহুবু খমথেংনা বারবা মতমদা চিলনা ময়েক য়াওদবা মুর ঙংনিংবা ফাওরবম্মু থম্মোয় অহুগী থম্মুংদা ফাওরিবা চৈনাখোল অহু সাহিত্যগী লমায়দি করি অবাবা ঈশৈ ওইরোয়দগে···?

মরম অহুনা ঐগুসু ঙংডি, শকই, ইথন্তুগী ওইনা অনেম্বা মুরদা। চীংদোন্দগী উন্নাও থরাওহনা খুঙ্গংগী মীওইশিংবু তুম্বা খুগায়রবদিতৌথিদে। ইথন্তুগী অন্না মুংঙাইগী চাং ওনবা ওইনা চীংদোন অসিদা, চীংখোং চীংয়াদা ঈশৈ শকুনা মুংঙাইনা লেনখোকপীবা ঙমখি — কঙাওনরবা পুনসিগী আউট পোষ্ট তারবা চেপ্টর ! শুমাংদা, মাঙ্গোলদা, রেডিওদা মীনা তানিংগনি তানিংলোয়নসু খংদনা 'উতুপ' অনিথক চবুক চবুক থীল্লগ। 'উপুমচা' অমা 'মে—মা—সা' হায়হুনা খোংলগা ঈশৈ শকপা কালাকার অমদি ওইরুদে।

নীংশিংলকলে — লোয়থ্রবা পন্দুপ অমগী মচু শংলবা পরেং। ঈশৈ ঙংহুনা ফমলীমঙৈদা ইতুংদগী লক্লবথিবা মাগী খোইথুমলবা ম্নাহে — ঙসিসু কাউদ্রি।

"মাল্লে, মাল্লে, উপন্যাসকী হিরো ...· ?"

ঐনা মায় লৈথোক্লগা নোকফেৎ তৌরম্মী— "অমবু ওইরবসু ঐগী ঈশৈ অহুনা নংবু চীংখাদগী কৌখৎপা ফাওবদি ঙমলবা মুর অসিনা ভোলুম লৈখৎলবদি কৈদৌগনি খংবরা···?

মহাক্না ফাগী তাহন্দুনা ঙাংলকখি—"চীংখোংগী লমহাংনা শজিক চারিবা শনশিং অসি শমজ্জে খায়হুনা চেনখিরোয়দ্রো···?"

"বাঁসি নত্রগা তৌদ্রি খোংহনা অমুক কোবদা হরাওনা চেনজরক্কনি।"

মহাক ইনাক্কা চংলকুনা ফমথরে—মথা তানা ফাগী তৌরকখি--"হোয়নেহে চীংখোংগী কৃষ্ণ ! খোলৈ খোনদা অহুগা হায়রুব্রবদি নহাক্না হৌজিক ফাওবা মুপা পালা য়াওদ্রিবা করিগীনো ··?"

"অতৈ লাইরৈ—নংসু ঈশৈ মতেক অমতংদি থুমুসে···।" ঐনা অসি হায়রবা ঈশৈ শকথখি।

"ঙস্মোয় কৈসু ! পুনসিবু নমথোকলবা ফিলমগী ম্নারীরা ···?" মহাক্না ইকায়বগী মতৌ উৎলকখি।

"অহুদি নহাক কমদৌনা চীংখোং উপন্যাসকী নায়িকা ওইগদৌরিবা.... ?" ঐনা থিগৎলম্মী — নোকমী নোকমী !

"পুনসিবু নহাক্না উপান্যাস'নি হায়হুনা খল্লিবরা ? হোয়, ঐহাক উপন্যাসকী নায়িকা ওইবদা মতিক চাদবী অমা ওইরবসু লিংলীবা পুনসিগী লময়োৌরবী নুপী অমদি ওইহৌব্রা য়াই।" মাগী ফজরবা পাউথুমনি

ঐহাক য়ানিংখি মাগী ম্নাকম অহু। চীংখোং পুয়াগী লামায়দা মাগী পুনসিগী মমী তাহৌরি। মাগী মগুনদি মপা সোয়ারেন্দগী হেল্লবিনী ! অনকপা অয়াম্পদা মাগী মায়কৈদা মীরেং থমদুনা লৈথারোইদবগী মরম অসিবু কৈদনো ?

ঙসিগী চায়থরকলীবা শুমিৎকী মায়কৈ য়েংনা য়েংনা ঈশৈ মতেক অমতংদি শকহৌবনা চুমলীবরা ? থম্মোয়গী প্লে বেগ সীংগরনা শকপঙ্গম হৌরকলী—পরেং থরা। ঐন্থ চিল লেংবা তারিবরা … ?

"লোয়রবা পুনসিগী খোংচৎনি,
লোয়রবা অশাগী পরেংনি
লেমহৌবা `পুনসিগী মথাকনি
মীৎলু পীরাংগী রাবীনি …!
হিংবগী চৈনাবু খাংবনি … !
নোংলৈ হুংশিৎকী রারীনি
হিংবগী লোয়বা ঙায়বনি …… !"

মতম কুইনা খুল অসি থাদোকলুরবা খোংচৎ — কৈস্থমশংগী চেকপন মমুংদস্থ মতম কুইনা লৈরুরে। অহুমশুবা জেলগী চেপ্টরনি। অরোয়বা খোংচৎ ওইনা অমুক হল্লক্ত্ না চাঁংয়াগী থাংপোক অসিদা লৈবা তারি মসিগ্ন নোংমা হৈনদবা মুমিৎ অমদা হেক্তা হৌগৎতুনা চৎখিবা য়াই। ঙসিবুদি মতা অমা ওইনা মুংঙায়রি— চাবা চাদবা ! ইহে ! চাবা হায়রগা নীংশিংঙি—ঐবু ঙসিগী চাক চারবরা…?

চীংদোন অসিদবু কদায়দগী হোটেলনো ? ঐমক্কী পুনসিনা হিংবগী নীংতম্বা ফংদবদা নত্তনা পেন্দবগী চৈনাখোলনা তাহৎলবা অসিদবু মীয়ামগী পুনসিনা করম্নবু হিংলিগবা ? মীয়ামগী য়াইফনবা থবক্তা অচৌবা থৌদাং লৌহুনতা লাক্লবা পুমসিনা ইত্তোমতা হিংজবগী পাস্থে লোয়রবস্থ ঐগী পুনসিনা বলীদান তৌরগা লৈবাক্কী মীয়াম্না য়াইফহৌগনি হায়বগী আশা অমবু লৈরবদি অরোয়বা পরেং অসিনা অচৌবা থৌদাং অহু করিগী লোরোয়দগে ? ঐগী পুনসিগী চেংজেল লৈরি হায়ববুদি থংঙি—ঙসিদবু মতা চাদবা হায়বহুনী। করিগুম্বা চেংজেল লোয়গ্রবস্থ অতাগী তজনা শমথবা তারিবরা ? নেভর ! চাকলম্বগী এক্টিংনা ঐগী ভাবোকপু রাহনবা হায়বা অহু ফাগী তৌবা মুপা অমগী মহাম তাবনি—মরম অহুনা এক্টিং অহু ঐহাক উৎলরোয়। তৌববুদি ফাগী তৌবা মীস্থ হিংলীবা মীনি - করিগীবুদি চৈনাখোল ফাওরোয়দগে ? পীদোল্লবা পুসিনা কপলী—লোম্না মাৎলুগী পী অসি তৈথোকহৌবনা চুমলীবরা …?

পী অসি থুনমক তৈথোকহৌবা তাবনি। মুংথিল অসিস্থ য়াম্না হৈনীংবা অমা পোকলী। ঐগী পুনসিগী মুমিৎ তাগদবস্থ মতম য়াম্না রাংলী। ইনৌ নৌবা চেপ্টর অমা অমুক হৌগৎপদি কমদৌই ? ঐ ইশাগী চহি য়েংলুরবদি পুনসি অমিমক আ- মক্কোকতগী অমুক রিভায়স তৌববু নংথিগত্রা …? নীংশিংলকলে, পরেং থরগী মচোয়. মচোয় তাগ্রবা চেমায় —"ইবেম্মা, মৌ অনৌবী ! নংগী নশক অহু শাথিনা নীংশা কায়নিংঙায় ওইরে !" নোংমা ঐনা লক্কথি, "ঙায়খো, নংগী চহি কয়াদি মুরে ?"

"ঐগীদি লায়রি, নংগীবু কয়া সুরে ?" মহাক্না ওনথৎলক্লুনা চৎথরকখি—"নংগী চহি অহুগা হাযরুরবদি মুপী অতৈ পীরকখিগদ্রা হায়বগী চিংনৈবে...।"

ঐনা মাগী মাহংগী পাউথুম পীখি—"হোয়, মুপী অমসু লোনসিবা হায়দুনা খল্লি নত্তু, মংনা লৈশারিবৈদা ঐবু পোকলমখিরোর হায়দুনা থনজবা শারিবরা ?"

মহাক নোকথৎলকখি—"শোয়দনমক ....! ঐনা নঙোম্দগী শুনিং থা উবা হাঙম্বা তায়—ঐগী মায়থোং অসিবু মালেম লৈশেম্বদগী নোঙ্মলক্লগী 'পাম্বোইবী' মানদ্রনে ?"

"হোযনেহে ! ঈমা শকপীরো—থরবুদি লীনা উরে নংগী মায়থোং। লৈশাবী কোলী মাল্লে .।"

"হোযনেহে, পাখং হৈরোন।" মহাক্না নোকমী নোকমী ভৌবগা চিংলেম্না মথা তানকখি—"শকফম অসিনা 'অশিবী' মাল্লবসু নোহোনা থুংলবা মীগী মফমদদি 'অনৌবী' ওইনা অসুম্মক লৈফম থোক্লানে ....?"

ঐহাক মাৎ কুপখিদে—মাগী শকফমগী মরুমদা মমী অমা উবগুম তৌখিবরা ? মী কয়া লকলম্মী,' মহাকপু য়েংলম্লগা হনখি। মী কয়া লাকলী—মাবু য়েংদুনা হিংবা লোয়বা ভাযরি। মী কয়াসু লাকখিগনি। ঐবুদি নোংনা চৎখিবা য়াই। নত্তে মাব্ ভসিসু নৌহুনতা লৈববিনি হায়সিবা ? চীংখোংদগী থোঙ্গুল মুৎথ্রবী মহাক্না মফম কদায়দা অমুক অনৌবী শাহনবু লৈরমগবা .. ?

আহ ! মতম অসিদা পাউ চেনহুনা কোযপায় পায়হনবা ভম্বা হনুমানগুম ইচা চাউবোক অমতং লৈজরমলবদি ঐহাক আযোধ্যাগী রাম ত্তুমক চত্রবসু চীংদোনগী রাম হায়বা উপাধি অমদি ফংবা মরাবনিদো ! য়োং শণ্ডমগী লানমী তেংগোল খোমহুনা মাগী থোঙ্গুল লীববু ফংখিক্রনে ....?

মতম অহু য়াম্না সুংভায়রম্মী। ভসিদি করিদা মহাউ চেল্লিবা পুনসি অসিনা ঐঙোন্দা ? লোয়রবনি, পুমলোয় হেক লোয়রবনি হায়ববু য়ারগ্রা ? মাংনা থোনগৎলম্বা পুনসিগী লৈপুং—পুমতোয় ছেক তোয়না কিম্থখি। চহি শাংথহুনা হিংনিংবগী মীহৌবদি লৈতবগুম তোরে ! পুনসিগী অবোয়বা পরেং—থংদে কৈদৌকৈনো ? মুপগী হায়দোকপদবু লায়বা মানী—মীওইবনা পুনসিবু লোয়শিননিংবা মতমদা হেক্না লোয়শিনবদি য়াদে—চাংয়েং কয়াদগী থংবা ভমলবনি। শিবা য়াবা কুহা কয়াদগী ফাওগৎলক্লুনা ঐহাক হিংলকখিবনি। নোংমসু শিবগী কুহাদা চোংথহুনা পুনসি অসিমক লোশিনগে হায়দুনা হোৎনক্লরবনি। মোংফম অহুদা অহানবা ওইনা থেংনখি, "সোরারেনগী মচা মুপী...!" মহাক্না ঐবু মোংফম অহুদগী থুংশনহুনা পুনীরকখিবগুম তৌখিবরা ....? অনৌবা থৌনা অমসু পীরমহুনা হিংহনখিবরা ? লৈথিসনু অহানবা থেংনবগী মারী !

মীৎলু পীরাংগী অরোয়বা পরেং অসিনা মাগী মায়কৈ য়েংল্লুনা কপলী—মহাক লাবপদি লাবলরোয় । ঐনা মাবু অমুক হন্না থিবদি থীররোয় । মতম হেনখ্রে । মাশু মানা থোকপা, ঐশু ঐনা থোকপা হায়বহুনি । ঐ থংডি —মাবু থীবদা ফংবদি ফংলরোয় ! মীনম সোরিবনা পীক থল্লবা পৃথিবীগী কাচিন অসিদা মহাকপু ঙসিসু হিংলীবরা ? মমী অমদি উরী—মশেন মরাং —!

পুনসিগী লুকমায়দা মুংশিবগী অহানবা খুলাংথাং শোযরবা চম্নরা কয়ানা থুংথাং কয়া লান্দুনা হোংথিবা য়াই,মীংগম ! মরক অথদা মহাকসু লম্বী লম্বাংনখিহুনা চাংথোং অসিবু কাউখ্রবরা ? নোংমা, মোমোন নোকলম্বা মায়থোং —শমলাং থোমগৎথিবা শাইনোলগী ৱারী—মীনা ফিজি ফিনা নেৎখ্রবা ইতিহাস —খোঙ্গুল লাবধু ফংলুফন করি লৈরিবা ....?

নীংঙমদবগী মৈচাক অমনা থম্মোয অসি মৈহৌনা চাকথৎলকলী —চিংনবা মথেল মথেলগী মরক্তা থম্মোয় অসিনা খল্লি, মওল মওল ! অমবু ওইরবসু, চহি নৌনা নায়তোম তাহৌরবী মাগী করি মরাল লৈ ? থরো থরো ওহৎখ্রবা মী.রান অহনা মহাকপু মফম কদায়দা খৈদোক্তুনা হস্নীখ্রবা .. ?

নোংমা, কায়নবা খায়নবগী মাম্থোকপা য়াদ্রবা পুংফম অহুগী নোংলৈ মু শিংনা ঐবু মাগী মথাদগী শেংতোকহনথি —মাগী মাৎলু পীরাংগী অরোয়বা মীৎয়েংনা য়েংহনা লৈহৌবনি .... ! ঙসিসু করিগী কাউরুগনি মাগী অরোযবা পাউমেন —

"বী ! ঐনা নহাকপু ঙায়হনা লৈরমথিগনি ..!'

"ঐদি অঙাওবা মালংদা পায়বা উনানি —কনানা খংবা মতুংদা অমুক উম্নবা ফংথিদবসু য়াবি - ! নংগী মূর্তিবুদি থম্মোয়দা য়েকশিন্দুনা পুরবনি........!"

মতম কুইরবগী তুংদা মোংফমদগী অমুক হিংহৌরবা পুনসি অসিনা মহাকপু অরোয়বা ওইনা অমুক্তংদি উন্নরমথিগে হায়বগী লাকপা খোংচং অসিনা ৱাহং অনা হংলী—"ঙসিদি কদায়—অহুহৈগী শুমহৎপা মূর্তিগী মায়থোং ...?

"I envy now too much to weep;
Nor need I to repine,
That all those charms have pass'd away
I might have watch'd through long decay.,,

— Lord Byron



## ॥ ২ ॥

## অহিং পরেংগী পাখোং

মীগী পুনসিগী অহিং পরেং — মচু শংলবা ৱারী কয়াগী মুংঙায়রবা অহিংনী। পুনসি হায়বা অসিমক নোংঙানবা অমদি মুমিৎ তাবা ঙায়বগী শংলবা লম্বীনি। অমুম্না অমুক, মুংথিল কয়া অহিং কয়াগী খোংচৎতা থরো থরো ওন্থদুনা লাকলবা পুনসিগী ৱা মচং —হৌজিক্কি অমুক কমদৌনা কাউরগনী —অতৈগী শুমহৎপা মায়থোং! অহিংগী ফিজিং মরুমদ লোৎ শিন্দুনা থনখিবা ৱারী —নৌহৌনা নীংশিংবগী করিবু কান্নরিবা? তোংজবা অমতংদি লৈ —থম্মোয় শোন্থরী! পী শিন্থরী! চোকথরবা পুনসিনা অহিংগী মতম্পাক্তা খুয়া তুশিৎনা তুমজবা ফংখিদ্রবা কুইরবনি। অদুমকপু চহি কয়া মমাংগী অহিংনা কাউঙমদ্রবা ৱারী কয়াবু চিংখোরকলে!

লুহোংলবা নুপা নুপীগী মপাং নাইরবা পুনসিদা অহিং হায়বা অসি য়াম্নমক খোয়থুন্নরবা অমনি হায়দুনা লৌবা তারিবরা? মী পুন্নমক্কী মফমদসু অহিং ওইদবা লৈতে, পোথাদুনা নোংঙানবা ঙায়দবা অসিবু কনা লৈরিগবা? অদুবু খেন্নবা অমদি লৈরম্বা তায়! চীংখোংগী অহানবা অহিং —লেমহৌরিবা পুনসিদা অহিং কয়া লাকখি অদুবু চাংদম্নবা য়াবগী ৱাফম লৈতে। তোঙান তোঙানবা অহিং কয়া অমম্থ হৌগ্রবনি — অমুক নৌহৌনা লাপদি লাকলরোয়! লাকখিদসনু! নীংশিংবগী মমীদি হল্লকলী। নায়তোম তাহৌরবা পুনসিনা অহিংগী লময়োরবা ৱারীবুদি করিগী কাউরুক্কম লৈরিবা …? হিংবগী মরেক মহাউ য়াওদ্রবা ঙসিগী পুনসিনা মপাং নায়বা নুপা নুপীগী অহিংবু খোয়না মীহৌরুবদি লৈতে। অদুমকপু হৌখিবা অহিং কয়াগী ৱারী থরদি লাহৌবনা চুমলীবরা? থোয়দোক হেন্দোকপা অর্থ কয়ানা মরেপ থুমহৎগ্রবা চীংখোংগী অহিং পরেং —নুপা নুপী অতৈগী ইরাংনা মপুং ওইরবা মীনোক মীৎয়েংগী অমদি শৃঙ্গার রসনা পান্দম ওইরবা অহিংগা চাংদম্নবা য়াগদবা অসিবু কৈদনো? পাখোং কয়াগী মরক্তা থম্মোয়না অনিনা করি শক্তমবু লৌখিবনো …? নীংশিংলকলে অহানবা অমদি অহিং পরেংগী মচু শংলবা থৌদোক! থাউমৈ পোদোনগী তেঙ্গালী চুরবা পুনসি পুয়াগী লামায় —

লুহোংবগী লাংলম্বা লোয়ন্নুনা মী পুন্নমক হন্নখ্রে। হুমিদাংগী চাক ঈশিং চাবা লোয়ন্নুনা পোথাবগী মতম লাকলম্মী। অতৈ ইরাইবু লাইরি —মুপী চেন্নকপগী মশাক লোৎতুনা থমথিবী মুপী অদুনা অমুক থুন্না অমদি বাবী কয়ানা খংখৎ খৎতুনা লৈরুরগা কদোমদগী চাউকান কনখিন্নুনা লুহোংবগী রাফম থুংলরিবা? অতকপা বাহং অমা নখোয়দা লৈরমখিগনী হায়বা খংদি। লৈখিসনু! চীংখোংগী পুনসিদা ঐগা লুহোং-থিবা মুপী অদু নখোয়না কনানি হায়দুনা খনবীরিবা! বারীদা বারী অমা ইশিন্দুনা কণ্ডাওহনবনি হায়দুনা হৌজিক ফাওবা খনবীরিবরা? মতম খরদি মশক মমীং অদু অদুম্মক লোৎতুনা লৈখিসনু। হুমিং অদুগী অমদি অতৈ অহিং কয়াগী বারী খরা লীখোকহৌবনা মীংদগী হেন্না মমল য়াম্মী।

তুম্মম কাদা পোৎ চৈ লোয়শিন্দুনা লৈরীবী মাগী মনাক্তা ঐহাক চংশিন্দুনা লেপলুই, অহানবা ওইনা হৌদোকলুই —"হৌজিক্তি লুহোংলবনিনা মীংগৌ অমা হোংবা তারেদো ....!"

"ঐস্সু ওসাইমথৈ থনজবিবনি—করি কৌজৌ হায়রিবনো?" মহাক্না মমায় লৈখোরকলগা হংলকখি।

"মাই পাবুং হেক কৌবদি কমদোই?" ঐনা লাক্ষখি।

"তস! ওখোয কৈস্সু-অদুক থুনা।" ওইনজখি।

"ফাগী ফাগী 'ওজাদি' কৌরকনুকো, ঐগী অতেনবা মীং'বী' হায়বা অদু কৌবদি কৈদৌই?" ঐনা ফোংদোকখি।

"ঐস্সু অদুমক হেক পামজৈ!" মহাক্না অসি হায়রগা মুংশিনা কৌরকখি —বী!"

"ইবেম্মা অনৌবী! ঐবু পাম্মুবা হায়দুনা অমুক্তংদি মকৌবকউদনা ....!"

"ইকায়জৈ কৈস্সু ....!" মমীৎনা নোকলপ তৌরগা চৎথরকখি —"ঐগী মিংবুদি করি অমুক কৌবীবা তারে ....?

"অদুবুরো....উম! মমা হেক কৌবদি কমদোই?"

কেকু অমস্মুং পাখোংগী চন্নেরবা ঐগী বারী, অহৌবা অমস্মুং অরোয়বা বদাযনো হায়বা অদু হৈশিংলবা ভাবোকশিংনা মওং চুন্না ইদিটিং তৌখোকপীগদ্র? মচি মচিদা চিংখদুনা লৈহৌবা লংলা লংজিলগী তৎলবা পরিং, শমজিন্নবা হোৎনবা ঐগী ইথৌরা?

মৌ য়েংবা লাকখিবা মীয়াম অদু মুংথলম্মু লাকপগুম তৌখিবরা? কনাবু পুখোক্তুনা ঐগী হৈশিংলবা কেকু অদু ফোংখিবনো? উম! নীংশংলক্লি মুমিৎ অদুগী রাফম, মমী শামী! মীয়াম হনথ্রবস্মু নৌবীদি লৈহৌবগুম তৌখি হায়বা নখোয়স্মু নীংশিংবীরিবরা? নীংশিংবীয়ু! নীংশিংবীয়ু! চিংনবীয়ু! চিংনবীয়ু!

"হৌজিক্তি অমুক কমদৌবা তারে ওজা?" নোবীনা নোকমী তৌরগা ইমাংদা লেপলবগুম তৌখিবরা?

"কমদৌবা তারে হায়বনু করিনো ?" ঐনা ঙক নোমা নোমা চংখি —"নংগা অহুম লৈমিন্নরম্মু, ঐহাক ইকালদ চৎলুখিগে —শেন থুম থরা খীন্নকে।"

নৌবীনা ফাগী তৌরকখি —"ঙঙ্গানা হন্নকপা মতমদা কৈনু কৈঙইবগী খবাক্তোন লৈরবদবা অহুম্মা মাঙখ্রবদি কমদৌনী ...!"

ঐন্দু নোকখি —"অহু ওইরগনা শোয়বা ঙাক্কবি অমবুদি —।"

"হোয়নে করেনে —অদো, কন্নিগুম্বা মীয়াম্মা অমুক তম্মা য়েংগে হায়হুনা লাকলবদি কম্মদৌবা ?"

"কেকু ফোং ফোং ! ঐ হন্নজিন্নি কাওবদি লোৎতুনা থমলম্মু —অং ! অং ! হৈন হৈনদি লীলা শাম্নোকো !" ঐনা অসিদং হায়রমলগা খোংশানবা তাখিবরা ?

নুংখিল অহু ঐহাক অমুক তম্মা হন্নকখি। মীয়ামবু য়েংহনখি —মৌ অনৌবী অহুগী অফোংবা মায়খোংগী কেকু ! মীয়াম্মা ঙক্না খোকখিবরা ? "নৌবী নক্নগা সোবো" অনিগী মরক্তা নখোয়না কনাবু ঐগী লোয়নবী অহুনী হায়হুনা মশক তাকপা ঙম্বীরবরা ...? অমসু ওইরবসু, মতুং থরা চোম্নরগা চীংয়াগী ইংখোল অসিদা ঐহাক হুপা অমগা লুহোংখি হায়বা অসিমদি খুনজ্ঞাশিংনা সাখিনী ! হুপী অহু কনা ওইরম-গনী হাযবগী রাখল থন্দুনা কোক ঙাওবীরিবরা ?

পুনসিগী মচু শংলবা অহিং অহু —খুংঙায়রবা রাত্নী রাতায় কয়ানা মরেপ থুমহৎলবা অহিং অমা ওইখি। নীংশিংনিংঙায় অমসু ওইহুনা লৈহোন্নি। য়ুমগী মৌ ওইরবী মাগী অনৌবা মুর্তিনা ঙসিগী মীৎলম অসিদসু নৌহৌমা লেপ্পরী। হৌজিক্তি অমুক কমদৌনা কাউরুগনি — শৃঙ্গব রসনা খোয়থুম্নরবা মাগী পরেং অদো —

"থেংলে তুমসুরসিবা —হঙেগী খবক য়াম্মী, ঙম্মা তুম্বা, ঙম্মা হৌবনা পুনসিগী শিন্থানি —সে, তুমলসি !"

"নথম্তা কোক ফমুংদা চংলগা তুমলুবদি কৈদৌই ?" ঐনা মতৌ য়েংখি।

"নহাক য়াঙদ্রবা পুনসিগী অহানবা অহিংনা করিবু অর্থ লৈরুগবা ...?" নোকমী নোকমী তৌরগা মথা থরম্নং তারকখি —"বেরী থহুনা মতম হাৎপবু হৈদ্রে —কন্নি রাখলবু থম্নিবনো ? মৈথু অহুগী মরক্তগী থোরকপা নচা নম্ব অহুসুনে হেক পোকপগা মচিলদগী বেরী চিংহুন খোরকপসু থংপোৎ নম্ভে, মমা মপাগী উমবী পুক্নিংনা ঈজিনবা পুংফমগী রাখস অমসুং লমচৎ অহুনা মপানী মশক অমসুং পুনসিবু মশক তাকলবনি হায়নৈ —য়েংঙু, ঙসিগী মীয়োন অসি ময়াই চমথরবনি —অফবা মীয়োন শেম্বা ঙমজিবা অসি মমা মপাশিং অহুনী অখোয়বা ওইরোইজ্রা ? থুদম অমতং পীবা তারবদ, য়ুগী নীশাদা তাউরিব। মুপা অমনা হুনখিবা হৈরুনবু করিগী অফবা ওইরকবা।"

"হৈবীরেদা পাঃউতাক পীবৃদি —" ঐনা বেরা মতেক অহু সুরু সুরু নৈৎখি— "ঐনা হৌজিক করি রাখল থম্নিবনো হায়বদি থংলবরা ?"

"নংগী রাখল অমম্বুং ঐগী রাখলনা তোঙান তোঙানলবদি করি ওইরকপা য়াই ?" য়াম্না থুনমক হংলকখি।

"ফাইবোক ভারেদনা !" ঐহাক্না খীক খীক নোকখি।

"অচ্ছা ! কদায়দগী রাখল অঙাওনো ? সে, সে তুমলসি, নহাক মম্বুং থংগু, ঐহাক মপাল থংগে —অং ! বেরীগী মৈথুম অহুনা কাংখলদা রাইখিনীকো !"

মহাক য়াম্না মীংশিং নাশিংবী মুপীনি। মুপা হায়বা ঐখোয় অসিমক্তবু কবিস্থ খৌশাদে, মৈহৌ লাংহৌবগী রাকম —উইরি উইরি মোন মখাদা মৈথুম নমশিনবম্ব য়াওদবা নত্তে। মহাক্না মহু খোক্তনবা হায়হুনা হেক হেক শেন্নখি। মুংংংলে হায়রবা কাওবা অমুংপা মখাক অহু মথুংমক্না হুন্দোকলুব্রিমথৈ চনিং তানা তুমজখিদে — অত্তে মুমিংশিং। কায়নংংদদি ঐস্থ ইকায়রক্তুনা ফমুংদা মৈথু ংঙুনা রাখল খনবা অসি তোকখিবনি। অওইবমক মহাক ইচম চম্বা মুপী অমদি নত্তে মরম অহুননি ঐনা মাবু অম্মুক শাথীনা কাউঙমব্রিবা !

"করিগীনো নহাক্না মপাল থংবা পামলীবদি ? মুপীবু ভাক শেনবীনবগীদমক মপু ইবুংঙোনা মুপাবু থারকইবনি। সে, মম্বুং থংলুরাউ —মীনা ঐবু অধামোরানী হায়রোয়ব্রাও ?"

"মুপাবু নাওকোনবীনবগীদমক মুপীবুস্থ থারকইবনি ! তৌবস্থ অহিংদদি মীহাংপা, হিংচাবা ফাওবা মুপীগী অধামোরা ওইদবা নৈত্তে, মুপীনা হায়রিমথৈ ইন্দবা মুপা অসিবু কনা নৈরিবা !" ইকোম হেক কোমনা হায়দোরকখি।

"ঐদি অচ্ছগুম্বা মখলগী মুপাদি নত্তে—ফরে, নথম্ভা হিপচহৌরো ! ঐসিবু নংনা মুপীনা মাং খাক্রিমথৈ আন্দলোন চংদবা ছাত্র নহারোন অমনি হায়হুনা খল্লিবরা ?"

"লানজরে ইবুংঙো সনা ! ভাকপীগনি ননাই মুপীবু !"

"নহাক য়াদ্রে ? নংনা ঐবু লাই খুংশাংবীবু কিরমগনি হায়না শনজবা শারিবর ?"

ঐ খংভি - নহাকস্থ য়াম্না পাইরক লৌশিং নৈবীনি ! ঐগী রাহৈগী খুদোংচাবা অহু মহাক্না ছং হেক্তা লৌরকখি —"লাই খুংশাংবীদি নংনী ! তপ্পাদগীস্থ নংবুহু কিজৈ ! নখুং অহু হৌজিক ফাওবদি শাংদোরকব্রিদনা ? করিগুম্বা নহাক্না খংহৌদনা লান্দারকলবদি মপাল থংবা অসিনা চেনবগী খুদোংচাবা ফংবা য়াই। তু ! য়েংঙু — ময়াইদা মোন অমা থিল্লিবা অসি নৈবাক অনিগী বাউন্দরী নৈইনী, হেনজিনবীরক্তস্থ !"

"অদো, ঐনা খংহৌদনা লান্দারকলবদি নহাক দিফেন্স তৌবদি ভমজগদোরিবরা ! চাকনী তেংগোং পায়হুনা নৈবাক অজৈদগী মতেং নীগদৌরিবরা ?" ঐনা নোংশিন্নখি।

"ঐদি চাকনীবী অমদোনা হিংবা পামদে —নীংতম্না হিংহুনা লাকপনি, কনাদগীস্থ মতেং লৌরোই !" অর্থ নৈনা হায়খি।

ঐনা মডাং চানা কাগী তৌখি —"ঐগী ইতেংবু লৌত্রবদি নহাক কমদৌনা মমা ওইবা ভমজগনী …? মী অতৈ নেককে ……?"

মথা তাবা ভমখিদে। মহাক্না মখোল খোক্না নোক্লগা খুনিংনা খীক্লকখি —"হিংচাবসিদি! নংসু ঐগী ইতেংবু য়াওত্রবদি কমদৌনা মপা ওইবা ফংজগনী?"

"লৈবাক অসিদবু নহাক নত্রবদি মুপী অতৈ লৈত্রবরা?'

"অদু ওইরবসু —মুপানা মুপী য়াওদনা হিংবা ভমদে —মুপীনসু মুপা য়াওদনা হিংবসি ভমকম থোকপরা? নংগী মুপা থোকপা ভাকলৌ অদুতংখি পাম্মী, ভাকলৌ শোল্লবদি মুপীনা হিংবা রাবগী-মতিক মুপীগী খাক্না হন্থরকলবা সমাজ অমগী, মীরোন অদু লৈখা ভাররুবগী মরম ওইরকই। হৌজিক্কী মতম অসিদা লৈবাক অমগী মতেং লৈবাক অমনা লৌনদবসু য়াবা নত্তে—তৌবতবু হিংবগী নীংতম্বা পুনসি অমতংদি পাম্মী —মতু নখোয়না ফংহনবা ভমগত্রা? নংনা লান্দারকপা মুংশিবগী লান অদুবুদি করিগী দিফেন্স তৌরুনি —সে, ঐসে নংগী ……।" ইনাক নকশিল্লকখি।

মাগী রাভাং অমসুং মমুং হুনজিল্লবা রাখল অদু কনা ফজনা খাক রাংবগী মতিক অর্থ কয়া লৈরম্মী। মাগী মচিলমক্না পারেংশিং অসি তশেংনমক ভাংখিবরা? চহি কয়া মমাংগী মমী শামথ্রবা রাফম —মরিক চুন্না নীংশিংলুগদবা অসিবু কৈদনো? মুপী অমনা মাগী মপুরোইবগী থৌদাং কয়া শরুক য়াফম থোকপগী মতিক মুপানসু মাগী মুপীগী তৌফম থোকপা থৌদাংসু লৈরিবনি।"

"অদুবু ওইরবদি ঐনা লান জয় ওইগনী হায়বা অদু খংদবা শারিবরা?" ঐনা অসি হায়রগা ময়াইদা থিল্লিবা মোন অদু লোখোকপগুম তৌখিবরা?

"অং! অং! খরায় মরু অচংবা অমতংগী মৈখৌ শংলবা মৈত্রেং অরাবা মখৌনা মরিংজেলগী অফবা রাখল অমদি খলহৌকো! হয়েংনে ভুট প্রেক ভাক্তনা নকোক অদু শায়জনীকো?" ভোরোক ভৌরবা মায়খোং অদুগী মচু শংলবা চিনবাললনা মতৌ লৈনা নোক্লকখি।

"নত্তে, নংবু করি অফবা রাখল খনজরিবা?" ঐনা হংখি।

"অমবু ওইরবসু ..!" মহাক্না অসি হায়রগা নাক্নদা খাল্লিবা থাউমৈ অদুগী মনা লৈখংতুনা মমহনবগুম তৌখিবরা ……?

"মডাল লৈত্রবা অমস্বা মরক্তবু কদায়দগী অফবা রাখল লাকফম খোকলীবা……?" ঐনা থাউমৈগী মনা অদু লৈখংপগুম তৌখিবরা?

"অক্তা! ইকায়জরমে…!" ইকায়জবগী মতৌ অমা উরম্মী মাগী মায়খোং! ভবোব ভবোবলবা মখুৎনা মমীৎ অদু থুমজিনবগুম তৌখিমাল্লে।

"নচাগী মমীৎ ভাংজনীকো …! নত্তে, কনাবু অমুক ইকায়রিবা?"

"ভাংলোয় কৈসু! রাখলগী মীৎতি থুমজিনদ্রি ……!"

চীংখোংগী অহানবা অহিং—মারীনা মরেপ থুমহনবা "আরবিয়ান নাইট" অহুমক নত্রবনু অনৌবা পুনসি অনিগী মীনোক মীৎয়েংগী থম্মোয় লমথোরবা মচু অদি শংখিবনি। মুংঙায়রবা মারী মাতায়গী শাংলবা নতমনি—তুম্বগী খুদোংচাবা অদু ফংখিবরা—?

মহাক মমীৎ পাংখোরকখি—ইকায়বগী থমক্‌ম খংজবা মায়থোং অহুনা নোকমী নোকমী তৌরগা নোংথক্কা মীৎয়েং থমহুনা ওইনজবগুম তৌখিবরা…? ঐদি হনগৎনা য়েংখৎলুবগী মখো তাখিদে।

লোংনা য়েংখৎখিবা মাগী মীৎয়েংনা যুমগী য়াংলেন্দা কোয়েং য়েংলুরগা ইখং হেক খংহৌদনা হায়রকখি—"তু! অতে ইরাইবু লাইরি—ঘুমথক হোরিবা অসিহুম হয়েংদি খরা ফোংচিন্নবা তৌসি। মীগী যুম ফজববুদি ফজে মহায়, মসিস্মু নীংখিনা শেমজিল্লবদি হেন্দোক্লা ওইবা য়াই—চমগবা, ফজরবা, মুংঙায়রবা শঙলেন—।"
"মতাং অসিদবু কদায়দগী ফারকনো?" ঐনা অসি হেক হায়দোকখিবা চিনবালনা মাগী চিনবালবু মা নথা তারল্লবগী খুদোংচাবা পীবা তৌদনা শো লোনশিনবগুম তৌখিবরা?

"উম! উম—!" মাগী চিনবালগী শো অহু নমফুদা হাংদোক্লবা হোৎনরকখি—
"চুরুট বেরীগী মহাউ অসিদি য়াম্না য়াকইনা—! করিবু হাওহুনা থকলীবনো?"

"খুৎশেমগী ঙাংলৈনবা মচু শংবা অহুদি য়াম্না থুম্মী খনবরা··?"

"ঘুমথক হোরিবা অসি হয়েংদি কাউনিরগুকো ·!" মহাক্না ঐগী মাখল থুগায়রকখি—"নত্তে, মেল্লরোয় হায়রিবরা?"

"নপারী শামু পাঙ্গলবা অমদি লিংজেল খাবা নোংশাবশিংনা মেনজরনী।" ঐনা খৌশাদনা থুমখি।

"মখোয় অহুস্মু নংনা থল্লিবা অহুমনা হায়বদি নংগী ঙখাংনা মেনজনী খন-খন্দুনা চৎথরবদি লম অসিগী লৈমায়না তোংখৎলক্কদবা অসিবু কৈদনো?" অর্থ লৈনা নোৎশিল্লকখি।

ঐহাক ঙকখি মাগী থাক মাংলবা মাখল! মাগী মতিলদা লাই তোংখিবরা? ঐ খংজি, মী কয়া হিংলম্বগী মারী। মোংফমগী লৈপুংনা অমুম অমুম মাংখৎলকপগী মতিক লম অসিগী লৈমায়না অমুম অমুম কুৎথরকলীবা অসিবু করিগীনো? পোকপা অমমুং শিবতনা পুনসিগী পাজমনী হায়হুনা থম্মোক্রগা করিস্মু তৌরমদনা চৎখিবা মীরোন কয়াগী মরালনি হায়সিরা? করিগুম্বা থরবুদি ঐস্মু তোগে থনজরম্বনি।

ঐনা মাবু চৈহৎখি—"ঘুমথক হোবগী প্রমানন্দ য়াম্না প্রমান হৈবী শারক্নু—ঐস্মু মেনগে খনবদি কুইরবনি, মুহোংবনা হান্দোকখিবনী—মতম ফংহৌদ্রে!"

"ঘুস্মু হেক পানথবদি মীওইবনা হয়েং হয়েং হায়হুনা পুনসি কেমখিবা শংকৌদ, অহিং অসিদা ফোংপদি কমদৌই?" মহাক্না ঐস্মু খৌহুনা ঙাংলকপা মাহংনী।

ঐনা ইশুং হেক শুংঙায়না নোক্লগা হায়খি—"অহোবা অসিনা মঙাল অমদি পীরি—মসিনা থাউগী খোমী লৈত্তবা লম অসিদদি অহিংদা মমল য়মলবা উপায় অমনি। খা খোঙ্কবা শুমিংঙম্ব খ্যানমিত্যাক অমা অনি নত্ত্রবস্নু শক্তিক খাবনা মঙাল পীরি—তু! তু! য়েংঙু ভসিদি তন্দল থরহুম চংলকইবসে—মপু ইবুংঙোগী অবতারনী হায়হনা খন্দোকউ!"

"হোয়নেহে, ঝাখল ফবা কোকচাউ ফদি—হিমায় চুম্বনা হৈরিবা, লাঙোল খোয়বনা হৈরিবা....?" শুংশিবগী পেনজরবা পুক্লিংনা ঃর্থ লৈনা নোকচখি।

'অঃনবু ওইবা তারি হিরোইশিংগী হিনাউ শাবা, থুংলুবা য়াই, অহুছৈগী হিখাংফম, কনানা খংবা মুৎখিবস্নু য়াই লৈকংলাগী মরুদ্যান ওইনা ·· !"

"নোংগী ঝাখলদি ইতৌ হেক তৌত্রবরা ?" মাগী অনৌবা ঝাহংনী।

"নোং ?" ঐহাক খাই শাউখি! নঙ্গল অসিদা জোরো জোরো হেক হৈখ-রক্লবায নীংলুই, উপলীবা হকচাংনা ঙক অসি হনগংনা য়েংখৎপগী তানজা ফংখিবরা?

"কুমশিগী নোংচুরোল খোৎতুনা লোয়রে—ইংথম খাস্নু হোরে, খোয়না ঝারুম্নু!' ঐনা মাবু নোকহনখি।

"উন অমস্নুং লীকলাগী ঝাখলদি কবিস্নু খনত্ত্রববা ?"

মহাক্লা তুংগী পোমীৎ উবা হেন্দোকখ্রে হায়বা অহু খংলকখি অহুবু অরায় অথুমন লম্বা লৈত্রবা চিল অসিনা তাপ ওকখি, "উনগী ঝাদি অরাইবনি, মপাদা ফি অমা খনবা য়াই; উন অহুনা বরপ মচা অমা শুংবা য়াই, অহগা লীকলা তারক্লুনা মায়বু চোৎলবদি অয়ুঙ্গা অমুক মায় তাত্রবস্নু য়ারেদনা! ইবেম্মা! খাংবা হৈয়ু, পেনবা তস্মু, শুংঙায়ব হৈয়ু—নমান্নবী লোঙ্কাক নীঙোনদি ঝাকচিংগী লোঙ্কাকতা চুপ চুপ শুসুনা লোংউপ তান্দুনা হিংবগী পাউদি তাযদনা ?"

মহাক্লা হরাউবা উৎলকখি, "নংগী অহুগুম্বা শুংঙায়বা হৈবগী লায়না অহু ঐঙোন্দস্নু ফনা ফজনা লাইচুগদৌরে।'

"শুংঙায়বা হৈবা হায়বা অসিমক চোকখরবা পুনসিগী ভিটামীননি—লন থুম পায়হুনা অঝাৎ অপা লৈত্রবস্নু পেনববু হৈত্রবদি শুংঙায়বা লৈররোয়!"

মহাক্লা য়ানিংবা কোংদোরকখি—"হোয়, অহুবুদি অচুম্বনি। ঐস্নু ইংখমগী অহিংদা পারবা চরৈ অমতংগা, চাক য়াওত্রবা পুক্লা নোঙ্কু না খংবা ঙমলকই।

মহাক য়াম্না অখং কনবীনি, ইচং শৌবীনি। ঐগুম্না ঝাঙাং শুংঙায়বীনি, পেনবা হৈবীনি, লম্বা চাবা অহুমঙ্কনবু পুনসিগী লৈপুন ওইখিবনি। অহুগুম্বী শুংঙায়ব হৈবী অহুগী মায়খোং মরুমদা কুমশিং কয়া হকখেংনরকপসী পেন্দবা চৈনখোলগী অরোনব শকলোন অমদি হেক হেক উংখোরকপগুম তৌখিবরা ....? মহুগী শকলোন অহুনা ঐগী খস্মোয়দা মৈরী অমা চুবগুম তৌখিবরা ......?

কুমজা কয়াগী পোম্নফি মরক্তা লিংঙাইদনা তুমজখিবগী অহুবু ঙৈ চুপথোকখিবগী চৈনাখোল ফংলবা মাগী ছকচাং অহুনা তুম্বা কায়দুনা য়াওজকখি— 'মা-বু ওস্তোয়া চিকপ্রেদা—অমা অনিদং হেক হাৎনবা তৌবা ওমজবয়া? নখোয়দি চৈনাখোল অসি যাওদবরা ?"

"মা!" ঐহাকসু খাই লাওখি—"কমুং অনৌবা অসিদবু কদায়দগী মা-নো অহিংগী পুংহৈত্তোন চাবা লাকপা ময়াং শেকপীনা পুরকপরা?"

"লমগী থর ষ্মমগী খবা—তুম্বা য়ারোয়দোরে। সে, মৈখেৎ অহু অমুক্ত খেল্লকউ, অমা অনিদং; হাৎনবা তৌসিবা।"

"মা মকোনগী পোমফি অদুমৈ হেক থাদোকপদি কমদোই? চৈনাখোল ফংবহুনবু হরোই ওইবা তারি!"

অমুম্না অহিং পরেং কয়ানা চহি কয়াগী অমুক ওইথ্রবা পুনসিগী শাংলবা রারী—য়ায়া শাংজকুবগী খোয়না কন্নবা লৈতে। অহিংগী রারী থৌদোকী ময়াই কাবনা লাঙ্গোয় চনথ্রবা সুপা সুপাগী পুনসি নো' হেক ঙানবগা কাউখোকপা তাবনী। নোংপোক চিংখৈ অপানবগী অহানবা মশেজা পুনসিগী শিম্বা কয়া তৌবা তাবনি। মপাং নায়রবা পুর্নসি হায়বসি শৃঙ্গার রসতনা যুম্বানবগী পান্দম নত্তে। নীংশিংলী পরেং খরসু ম চোয় মচোয়।

"সুপা সুপী লুহোংদুনা য়ুম্বানবগী পান্দম অসিবু কবিনো?" মহাক্না ইথং হেক থংহৌদনা হংলকখি।

"হরে! হরে! অদুসু থংগ্রিবা নংনা লুহোংববু অমুক হবাওনা য়াবিবদি করিগীনো?" ঐনা ঙক্লপ্পা লকখি।

মহাক লৌশিংলৈবীনি, ঙৈহাক্ত খল্লগা থুমলকখি, "সুপা সুপী ওইনা পোকলবদি মচা মশুগী মীরোন অমা শেমজ্রবদি পুনসিগী অর্থ লৈতে হযেং অহল ওইবগা কনানা সেবা তৌবীগনি?"

"পুনসি কয়াবু শেম্বতনা সুপা সুপী য়ুম্বানবগী পান্দম নত্তে!" ঐনা য়ানিংদবা উংখি।

"অদুদি ঐবু কৈদৌবগী লুহোংবীরিবনো ....?" নত্তে, নংগী পুনসিগী পান্দমবু করিনো?" থংনিংনা য়েংলকখি।

হংবা য়াবা রাকমনী। পুক্নিংদা মহাকপু থাগৎতবা ওমখিদে নখোয়মা বাহং অসিগী পাউখুমবু করি হায়না পীনিংলীবা? ইন্দ্রিগী অপেনবা ফংনবগা লোয়ননা মী শেম্বা অসিতনা য়ুম্বানবগী পান্দমলা?

ঐনা লৌরিবা পুনসিগী পান্দম অহু-শম্প না খয়দং পনবা ওইনা মাগী বাহংগী পাউখুম পীথি—"হিংমিন্নবা অমম্বুং হিংদুনা লৈহৌবা মীরোন কয়াবু হিংহনবগী থৌদাং অমা লোবগা লোয়ননা হিজাম্বা লৈমায় অতুদা মোংফমগী লমজিং মৈরা অমা চুথৎতুনা খমলম্বনা পুনসিগী পান্দমনি।"

ঐগী মীৎয়েংবু মহাক্না য়ানিংবা উৎলকখি —"করে অহৃদি নহাক্না ঐবু লময়োনা শুংশিবগী মতিক নহাক অমম্বুং নংগী মীরোনবু মৈথাঙ নায়হনা হিংহন্নবগী মতেং পীরিবা লৈমায় অসিগী করি মথক নায়বা থবক তৌগে হায়হনা ঐবু সুহোংবীরিবনো ...?"

অম্মম লুবা হেনজিন্নকখি মাগী য়াহং অংবু ঐহাক পাউখুম পীবদি তাখি — "ঐগী "রীমীয়ান থীওরী" বু চাংয়েংবা ওইনা অফবা মীরোন অমা হায়া শেম্বগী মখো অমা তারে।"

মহাক্না হিপলম্বদগী হকচাং তাংখায় অমা হৌগৎলগা ঐগী থবাক্তা ওাথরগা থরা হক্লপ্না হংলকখি - "করিনো "রীমীয়ান থীওরী" হায়বদি ! নত্তে, নংম্থ মখোয়গী লালহৌবা হায়বা অহৃ ওইরক্কদোরিবরা ?"

"সহরদা লৈরিঙৈদা "রোনো —বীরো" অনিগী পাউ তাথ্রবা নত্রা ? "ইবানীনা অনৌবা থীওরী অসিগী লময়ানবা ওইনা থবক পায়খৎপা হৌখিরা কুইরে।"

"ওায়খো. তা-রোনো কদায়দা মাংখ্রে ? নত্তে, নখোয়গী থীওরী অসিবু করিনোনে ?"

"নোংমা থংলকখিগনী —রোনো মাঙখিবা কুইরে, মাগী পাউ তারকলগনী— কনানা থংবা নোংমদি নহাকম্থ নথন্তা চীংখোং অসিদা কগুনা লৈহৌবম্থ !"

ইবানীগী চমলবা পুনসি —চীংখোংদা নৌনা খুম্থোকতুনা অনৌবা য়ুম্বাল অমা খুন্দাবা হৌবা তাখি। লৌবুক লমহাংগী শুংওায়রবা পুনসিনা হিংবগী নীংতম্বা ফংনবা হোৎনবগী রাকম মথক্তা পনখ্রে। খোয়না শাংথরুবগী কান্নদ্রে। খুনজাশিংনা ইবানীবু য়াম্না শুংশিবীরম্মী ; খুঙ্গংগী অমদি লোমী শিনমীশিংগী চাওখৎ খোরাংগী থবক্তা ইবানীনা অহম্বা থৌদাং কয়া লৌখি। খোয়দোক্না মাবুদি সোরারেনদগী মালেম লৈশেম্বা কুমথরকপী লাইরেম্বী অমগুম্না লুনা তৌনৈ। অওইবমকম্থ মহাক লৈশেম্বা লাকলম্বনি, ঐগী কোয়ওাওনরবা পুনসিদা! সোরারেনগী লময়োনা ফজরবা শকফম অদুগী মরুমদা সোরারেনগী লময়োরবা লমচৎনা পুমহৈ ওইহনা চোংথোরকপগুম তৌখিবরা ? ঐগী মীৎতাংবীগী মুত্তিনা নোংমা ইথা হেক থাজদনা চোংথোরম্বুনা ইমাংদা লেপলগনি হায়বা অসি থনবা ওমখিবরা ? মহাক য়ান্না থাক য়াংবা শুপীনি, মাগী মায়খোং অমদি পুনসিগী মরমদা তোওনবা শকলোন অমা লোৎশিন্দুনা হম্বদোনা তৌখিবরা ...? নোংমম্থ ঐনা মাবু মী কুপ্গুনা য়েংখি —শকলোন অদুনা ঐবু কয়ারক হয়া অঙকপা পোকহনখিবরা ....?

"নংসিবু ঐগী কওাওনরবা পুনসিগী লমহাং অসিদা মপু ইবুংঙোনা থারকপা সোরারেনগী মচাশুপী অহৃগী অরোনবা অমম্বুং অফোংবা শককমলা ...?" নোংমা ঐনা হংখি।

"কনানো সোরারেনগী মচা শুপী হায়বদি ?" মহাক নোকফেৎ তৌখি।

"হৈমা, নংবু পোকপা পম্বোগী মমীং সোরারেন কৌই হায়বগুম তৌখ্রায়নে ?"

"হৈবীরেদা !" খীক খীক নোকখোরকখি —"সনাইলেন হায়বা ওইরিদ্রে ? ভায়খো, ঐখোয় পাবুংগী মমীং সোরারেন কৌই হায়বা অসি নত্তোন্দা কনানা হায়খি ?"

"হৈমা কৌরনে …? ঐন' ওক্লপা মখা হংখি —"নংবু নাউপুওনা পোকপিরম্বা অমদি মতম্পাক্তা নাউকোন্দুনা ফিদমনচন ওইরবা মুপী অমা ওইনবা শেম্বীরকপা পলেম অদুদা নংগী পম্বোগী মমীং হংহৌরবরনে ?" ঐনা লক্ববীখি।

"হৈবীরেদ্রা …! ঐবু পীনায়দবী পানায়দবী অম ওইনা উৎকে হায়দুনা হোৎনরিবা করিগীনো ? ঐগী ইমুংগী ইতিহাস লৈ —ইমাগী পুনসিগী যুক্তমদা ফিদম অক্তগী মঙাল অমদি ফংহেক্তই, মরুম অদুদা লেপচনিংঙি—মৈতৈ চনুদি মৈতৈচনু ওইনা লৈবা তাবনি !"

ঐ খংঙি মহাক য়াম্না চংখোনবী মুপীনি। চনুরা লীশিংগী মরক্তগী থরায় তানা খনজখিবনি। সহরগী হরা মুংশিং মরক্তা লাইরিক লৈবীনি। নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী চংনবীগী লংদায়ফমদা মহাক হিংলম্বী —ফিদম মাংলবী ফজবী ওইনা ! নত্তে, ওসিম্মু মহাক হিংলীবরা ? ঐহাক শিখিবা য়াই অদুবু মহাক্তি শিবা নায়দবীনি হায়সিরা …? মাগী মুংশিবা লৈত্রবা মফম অদুদি লৈকংলানি। মহাকপু কনানসু অরেম্বদা মাংহনবদি ওক্তম থোক্কে। মহাক লৈত্রবা মফম অদুদি মী হিংলরোয় ! ইতিহাস লৈররোয় ! থম্মোয় খুদিংমক্তা মাবু মুংশিবগী মঙাল অমবু ফংলবদি চীংখোং-দগী মাঙগ্রবা মুপী অদু লৈনিংবা মফমদা লৈথরবসু লৈম্মুংগী অরোনবা হিন্নায়ইগুম্না লৈরম্বসু কনানা খংবা ·· ?

মমীং মচেৎ অমা লোৎতুনা থমলীবী ঐগী চান্নবীগী অরোনবা অফোংবা শক-ফমগী বারীনা নাকোয়নবা যুক্তম ওইরবা ঐগী "থম্মোয়গী মুংশিবা" অসিবু নখোয়না করি ওইনা খনবীরিবা ? মাগী মুংশিবনা পান্দম ওইদ্রবা পুনসিনা লৈবাক মীয়ামগী থবক্ত তৌরুবদা নহৈ য়ানগদবা অসিবু কৈদনো ? মুপা অমনা মাগী মুংশিরবী মুপী অমগী মফমদা থম্মোয় য়োরবা মশিঙ্গা অমা উৎপা ওম্বগী মথৌনা অদুনা অফবা মায়কৈদা করিগী শিজিন্নবা ওমত্রিবা …? হিংবা লোয়বা ভায়রিবা পুনসিনা মুপা মুপী অনিগী মীরোন অমা শেম্বতনা পুনসিগী পান্দমলা ·· ?

"Dear is the memory of our wedded lives,
And dear the last embraces of our wives……
For surely now our household hearths are cold:
Our sons inherit us : our looks are strange.

—Tennyson



## ॥ ৩ ॥

## অকেমবা উনাগী চৈথেং

ঐগী পুনসিগী অরোয়বা সুমিৎ —নোংঙানবা অমস্তুং সুমিৎ তাবগী শাংলবা খোংচৎ —হিংবগী লোয়বা ঙায়গদবা অসিবু কয়া কুইনা য়াৎলীগয়া ? হুমদোকলুরবা নোংলৈ সুংশি কী হল্লকপা খোংচৎ —ঐগী পুনসিগী অরোয়বা পবেংনা মশক নায়বা থবক অমা তৌরুবা ঙমগনি হায়বগী থাজবা লৈবিবরা …? পুনসিগী সুমিৎ য়াম্না তাহনিংবা কুইবে ..? ঙায়নিংবগী অশিংবা অমদি লৈরবরা ? চৌংদোন্দা ফমহুনা কনাবু ঙাযবিবা, কযা কুইনা যেংখিনি হায়বসু থংদে ! পুম্নিং অসি নীংকোক নীংকোক য়াম্না লাংতক্লবি — কৈদৌঙৈ লাক্কনী, কয়া কুইনা ঙায়খিনী —!

মাকুপ খরগী মনাংদা ঙসিগী চায়থবকলীবা সুমিৎ অসি থুনমক তাহমনিংলম্মী। অদুব ঙাযনিংবগী খোৌরাংবা আশা অমনা সুমিৎ অসিবু ঙৈহাক্তং ফাহুনা থমনাংবগী অপাম্বা অমা লৈরি —চাংথোং অসিদগী য়াম্না শন্দোকখ্রিবা অশংবা লোবুক ময়াইদা ফাওরিবা লম্বী ময়াই অসিদা তপলা তপলী চৎথিবগুম তৌখিবরা ! ঐ থংডি, মহাক য়াম্না চৎনিংখিদে। ঐবু তুং হন্না হন্না বেংলকখিবা মাইথোং অহু কাউক্রি ! অনৌ তবা কনা শাংনা চৎখোকলুরগা ইনাক্তা অমুক চেনশিল্লকুনা লেপলখি —

"ফরে, ঐ অমুক চৎল.গ লৈহোৌবোকো ….—!"

থংহৌদনা কেনখিবা উনা —মীরোন কয়াগী .থাংপায়া খোংনেৎনরবা নোংলৈ সুংশিং —মফম অমস্তুং মতমগী অতিযাদা কায়নবা তাখি —লোন্না অমস্তুং থুপ্না লৈজরম্বা উনা অনিগী পুনসি অহুমস্তু ! নত্তে, মহাকপু পুনসিগী লমহাংদা অমস্তুং মপালগী লৈহাউনা নমথরব লৈমায় অসিগী লৈরোলসুংদা লম্মাংনখিহুনা মফম অসিবু তশেংনা কাউথ্রবরা —… ?

"ফরে, চৎলো, ঐ নংবু লোবা শোয়দনা লাকনী —— !"

অস্তুম্না চৎখিমাক্লে —সোরারেনগী মচা সুপা ! মহাক্না চৎখিবা খোঙ্গুলগী মমাতবু চাংদোন্দগী য়েংশ্বরী। পলেপফম থংক্রি, মাগী শকথুপখিবা মুতি ! অদুমকপু ফোংডমক্রবা পাখোংগী চনৈবা য়াহং অমা ওইখিবসু কনানা থংবা …—?

ঐগী চীংখোং পুনসিপী অহানবা লমজিন, হোগৎপা কুইত্ত্রিবা মুংশিবগী লময়োরবা মায়ী —কায়নবগী পুংকম অমা অতুক খুনা লাকনী হায়বা অসি খনবা ঙমখিবরা ? সহরদগী খংহৌদনা কায়নগ্রবা মরুপ অমদি জেলদা শকখংনহনা করিগুম্বা থবক খরদি তৌসি হায়নখিবা মরুপশিং অহুনা নোংমা ইথা খাজদনা ঐবু থিরকখিগনি হায়বা অসিমম্ব খনবা ঙমখিবরা ? থুঙ্গংগী চমলবা পুনসি অমদি হিংবগী অনৌবা য়াওনগী নীংতম্ব। ফংনবা তোংনবনা অহানবা খোংজংনী হায়বগী মঙাল ফংগ্রবা থম্মোয় অসিগী ইংথগ্রবা মৈরী —মৈতৈ পাখং কয়া অতুগী অনৌবা ঈহৌনা করি চৈনাখোল পীরকখিবা ... ?

কায়নবগী অহানবা তাংকক, থুপলবা থম্মোয়গী কাচিন্দা মচু শংখিবা থোদোকনি। চমলবা পুনসিবু লৈথক লৈথা ওস্থোকপা হোরক্লবগী লৈচিল থাবা হৌখিবা মুমিং অহুগী থোদোক, পুনসিগী পাক হেক কাউংখোকপা য়াদবা মুমিং অমা ওইহনা লৈখিবা য়ারি। হৌখিবা মতমবু, হৌখিবা থোদোকপু নোহোনা নীংশিংলুবদা করিবু কান্নবিরা?

"বী ! ঐবু লৌবা শোয়দনদি লাকউকো !"

ঐহাক লৈহোবা তাখি —লমজিল অসিদা ইতোমতা লেপহৌই। অশংবা লৌবুক ময়াই অসিদগী খজিক খজিক লাপখোকখি—মাগী চুং ফিরাল চারবা মুর্তি। চীংখোং অসিদগী লম্বী অচৌবা য়োবা ফাওবা অসি ফনা ফজনা তাম্মী —মতোলগী ফিজিল অহুনা নোংচুপ পাংনা শন্দোকখ্রিবা লমখায় অঙ ফাওবা উবা ফংখি-মাগী শাংখক ! চুমত্রিং চুম্বা লম্বী অসিদা ফনা কুইনা মীৎয়েং থমখি, মীং কুপখিদে— মমী শামী হেক উরিবমখৈ য়েংহনা লৈহৌই, য়েংহনম্ম লাকলী ; য়েংহনম্ম ঙসি ফমলী ! লমখায় অহুদগী অরোয়বা ওইনা মহাকম্ম তাম্না য়েংলকখি —কায়নবা অমম্মং থায়নবগী অরোয়বা মীৎয়েং অনি অহু লম্বীগী তামলবা অহাংবা মরক্তা মীৎলাক্লবগী খুদোংবা ফংহনখিদে। অহুবু তাম্না চৎখোগ্রবা মুর্তি অহুনা ফনা কুইনা লেপলগা ঐবু ভুং হন্না হন্না য়েংলম্বা মুমিং অহুগী রা পুন্নমক কাউত্রি। চৎনিংদনা চৎখিবা মাগী মীংয়েংনা ঐঙোন্দা করি পাখোংনো চনখিবদো ? মাগী খোঙ্গুল লাহনা মাবু লৌবা-রখিগনি হায়বগী অচেৎপা খাজবা অমবু থম্মোয়দা চেজেৎ থমলগা নোকমী নোকমী চৎগ্রবম্ম ছায়দাংলুগনি হায়বগী চৈনাখোল অমদি লৈখিবরা —- ?

মাগী শুমহৎনিংঙায় ওইরবা মীৎমু আন অহুদগী পী মরিক অমতং ওইরবম্ম শিন্থখিবরা ? মহাক্না অম্মুম অম্মুম তামখিবগা লোয়ননা উপাল য়াপালনা খনজিনখিবা মীৎলম অসিদগী ইথং হেক খংহেদনা মাঙখি—মুর্তি অহু ! অম্মুম্না মুর্তি অমম্ম মতম কুইরবগী মমাংদা হুমতনা পুখিবগুম তৌখিবরা —?

থম্মোয় অসি নীংকোক নীংকোক ইহাং হাংবগুম মুংখংনখি। ফনা কুইনা উচুক য়ুংবগুম লেগুনা পুক্রিং অসিনা মঙল মঙল খনখি —"কনানা খংবা মতুংদা অমুক উম্নবা ফংখিদবম্ম ......।"

ঙসিমু মীৎয়েং থমলী —চীংখাগী লম্বী অসিদা কনাগুম্বী অমা ছৎ হেক লাক-পম্নু য়ারী হায়বগী য়েংনিংবা, ঙায়নিংবগী লাংতক্নবা অমা খংহৌদনা ফাওরকই। ঐ-ঙকই, মী অমমুং মহাক্কী রাখল! আশাগী ময়াই কাবনা পুনসিবু ইনোৎ পীরবনু হিংবগী ফংফম খোকপা চৈনা চৈথেংগী মহৈ অহু ঐহাক ফংলবনি। লমফাংলুরবা লমলোং অসিদা হিংববুদি হিংলী। কয়া কুইনা হিংহুনা লৈখিনী হায়বনু খংদে। হিংখিগদবগী মরম্না করি? হিংবগী মুংঙায়বা অসিবু করিনো?

"সী! ঐনা করিগুম্বা ইথং খংহৌদনা খুল অসিদগী মাঙখিবা নত্রগা ʼলখিদবা খোকলবদি নহাক কমদোনা হিংহৌগনি...?" নোংমা অশুম্না হংখি, মাবু য়েংনা য়েংনা।

"হায়হৈদে অহুগুম্বা রা!" ঐগী চিল অসিদা মথুৎনা মেনশিল্লকখি —"হোয়' হিংববুদি হিংহৌবা য়াই —ঐসু মৈতৈ চমুনী। চাহ কয়া, কুনশিং কয়া, মীরোন কয়া হি হুনা লাকলীবসিনি ঐগী রারী ···! নহাক য়াওত্রবা ঐগী পুনসিনা হিংবগী মুংঙায়বা ফংগদবা অসিবু কৈদনো? নত্তে, নহাক্কি ·· ?" ঐবু য়েংলগা পাউথুম ঙায়রম্মী।

"ঐবো ···? ঐবুদি মুংঙায়বা হৈবা মীনি — নহাক য়াওত্রবা মফমদমু নীংশিং-বগী মুংঙায়রবা ইনোৎ অমা ফংলুবা য়াই —মাগী মায়কৈতবু য়েংলগা মীৎলু অসিনা পী শিন্থরুবনু য়াই ...!"

"মাগী মায়কৈতবু হায়বদি কনাগীনো?" মহাক মমীৎ লংখৎলকখি —"ঐগী মুর্তিবু নংগী মীৎলমদা লেংদনা থমলগা কনাগী মায়কৈবু য়েংজবা শারিবনো ···?"

"নত্তে, নহাক নতোমতা হিংহৌবদি ঙমগনিদনা ...?"

ঙসিগী মুংঙায়রবা তুমিং অসিমসু অরেম্বদা অসুম্মক হৌগ্রগনি হায়বা খংঙি। ঙৈহাক্নং ঙায়থো হায়হুনা লুসম পায়রগা য়ান্নরুবগী খৌনাসু ঐঙোম্দা লৈতে। কৈ, হৌখিসনু! কুমশিং কয়াদি ঙায়হুনা ফমখিগনি? ঙায়বনবু কল্লবদা ঐনা নোংমা শিরে ইদবগী মরম অসিবু কৈদনো? পাক হেক শিবমক্কি য়াত্রিবনি। মরমদি চাংহুনা লৈরিবা নীংশিং রারী কয়াবু খুনগৎপা লোয়ত্রি। মরক অসিদা পুনসি অসিমক্কী ইনো নৌবা চেপ্টর অমা অমুক হৌগৎসিরা হায়বগী রাখল অমা খল্লিবনি।

নীংশিংবা ফরবা থম্মোয়গী শৈশকপনা [ প্লে বেক শিংগর ] শকলী; থম্মোয় মুংহিকলবা পরেং খরা, খাম্বা ঙমগ্রি। অহুমকপু ঐহাক চিল লেংহুনা অভিনয় উৎপদি য়াত্রে —য়াম্না হাউনা বেরী থকলীবনি ...! থম্মোয়গী ঈশৈ, থম্মোয়না শকলী —

"কেল্লবা উনানি ঐগী পুনসি
অঙাওবা মালংদা পায়বনি
কংবগী লোয়রবা ঙায়বনি!
নোংলৈ মুংশিৎকী রারীনি-
কেন্দুনা পায়খিবা ( অহুঙৈগী ) উনা
পুনসিগী অমুক উররোয় ···!"

উম ! ওসিস্মু নীংশিংলী —ঐগী পুনসি পফেলগী অকেমবা উবা অমা ! অঙাওবা মালংদা পায়রকপা উবার্নি। মরু কোকলবা পুনসিগী ওমাং মতোপ্দা কনা হুইনা তারম্বনি। মোংমা হুমলকখি, অঙাওবা নোংলৈ হুংশিং ! হুমহুনা পুখি —থংক ওসিদি মফম কৈদনো ?

মালেমগী লাইরৈপাক —সোরারেনগী মচা শুপীনা লৈবা মমদম —মৌবীগী নোংপোক খুলেন —নোংমা কুমশিং কয়াগী মতুংদা কপলকখি। মীকপ মীয়াউথোনি লৈবাক লৈহাউগী। মী, পুনসি অমমুং থুমাইগী চৈথেংনা হকথেংমরিবা পাথং কয়াগী পুনসিদা লাকখি —কায়নবা থায়নবগী পুংফম অমা !

নহালনা কাউবা য়ারবনি। অহুবু কাউগন্দবগী কাউদ্রবনি। নীংশিংলকলে — কেল্লনদায়গী শউমদা লেংলম্বা উনাগী খোম্বাং, "ফরে, ঐ অমুক চংলগে লৈহৌরোকো !"

নোকমী নোকমীবা চিনবাল অসিনা কায়নবগী রারোই পাউমেনখি —"ফরে, চংলো —ঐস্মু মতম থরদি ফোংনা লৈবা য়াদবগী পুংফম অমা লাকলে - পুংফম অহুনা ইবানীস্মু কায়নবা তারি, মতম থরা —ওসি অহিং ঐখোয় ৭ উন্নবা হুমিংনী .... !"

মহাক্না য়াম্না লাংতরুবা মতৌ উৎতুনা হংলকখি—"নখোয় ৭ ? কনা কনানো ?"

"নখোয়গী তামোচৌস্মু য়াওরী !" ঐনা চমনা থুমখি।

"করি, করি হায়বা ...... ?" মহাক্না য়াম্না থাজদবা অঙকপা অমগা লোয়নহুনা হংলকখি —"ঐখোয়গী তামোচৌবু হিংলীবরা ..? কমদোনা মোংফমদগী কৌগ'-লকলীবনো ? মহাক শিরে হায়বগী পাউ তাখিবা কুইরবনি, ঐগী ইবুং অমা লৈরম্মী হায়বা ফাওবা কাউথ্রবনি। ঐখোয়গী তামোচৌ হিংলী হায়বা অসিবু শোয়ত্রবরা ?"

মাগী মমীং চংলবা মবুং অহুগী চরিত্র —রাহৈ অমা অনিনা লোযশিনবা রাগদবা লৈতে। মাগী মমীং মতম থরদি লোৎশিন্দুনা থমখিগে। মীং অহু নোংমা লৈবাক শাৎনা ফাওখিবনি, মতুংদস্মু ফাওরকখিবা য়াই। মতম কুইরবগী মমাংদগী মহাক মীচেন অমা ওইথ্রবনি। মফম মতমগী ফিভমনা মমা অমস্মুং মচলবু হিংবগী য়ক-লাওরবা চৈনাখোল মরক্তা হুনদোকপীরমলগা মাঙখিবা পাথং অহুগী রাবী, তোঙানবা পন্দুপ অমদা করিগী ইরোয়দগে ? মহাক লম অমগী মশক নায়বা অমদি তোমখীন ওইবা পাথং অমনি হায়বা অসি মাগী লৈকায়না সাখিনি ! মহাক লালহৌবা অমা ওইনা মীচেন ওইখিবদি নত্তে অহুবু মমৈথংদদি করি শক্তম লৌরকখিবা হায়বা অহু "রীমীয়ান লালোইগী ইতিহাসনা" পাউথুম পীহৌরসমু !

"হিংলী—ওসিস্মু মহাক হিংলী। মপুকোনগী 'লৈস্নুংলম' [অরোনবা থুঙ্গং অমগী অনৌবা মমীং ] হায়র্বা মফম অমদা নখোয়গী তামোচৌ লোংলী —মফম অহুদনি ওসি ঐখোয় ৭ উন্নগদৌরিবা ......? 'মৈত্তৈ পাথংশিংগী মীকম অমা ফমগদৌরি।"

মহাক্লা মা অমরোমদা য়াম্না মীপায়জনা পুথোরকখি —"মী ! ঐহাক মখোয়বু য়াম্না চিংনরকলে ! ঐখোয়গী তা-কেমীনা কদোমদগী হায়জিন্নকনীবনো ? নত্তে, নখোয়না তৌগদৌরিবা অসিবু করিনো ? ঐদি মহালমখৈ নংগী মাভাংবু কাগীনি হায়দুনা শন্দোকলুবনি অদুবু লুহোংবা থা তরুক কাম্রিবী ঐবু মহাক্লা কয়ি চৈনাখোল পীগদৌরিবা ...!" অসি হায়রগা য়াম্না চিংনরগ তৌনা শমথরকখি —"মীনা লাক্লবা কান্নবা ভমক্রবা ঐগী ইবুং অনিবু বীরো-য়োনো অনিগী থাক ম্রাংলবা গায়ত্রংগী পোরমদা খুৎলায় ওইনা শিজিন্নদুনা মথল্লায় থাদনগদৌরিবরা ?"

"নংগী নবুং অনি শিগ্রগা রোনো-বীরোনা কৈদৌউদসু হিংদুনা লৈহৌগদবা নত্তে !" ঐনা অসি হায়রগা কাগী তৌদুনা মাবু নোকহনখি —"কুমশিং কয়াগী মীরোন মরক্তা পীদোনবীনি হায়দুনা চিক্লবা চীংখোংদা লোৎনবা হোৎনরিবা করিনো ? অদুক খুৎকন পাঙল্লবী নংনা নহালমথৈদি নবুং অনি লৈবা হায়বা কাউরুবরা ?"

"কাউদে —মরক অদুদা পোদোন অঙাওবা নংসু য়াওরি নত্রা ?" মহাক্লা কাগী তৌরগা নোকচখি—"তামোচৌগা ঐগা অমুক্তা উন্নহল্লু —মতম কুইনা মশক উথিত্রবা ঐগী ইবুং অদু পুনসিগী অরোয়বা ওইনা ইমীৎ অসিনা অমুক্তংদি পেন্না য়েংজনীংঙি !"

"হোরেন তানজা ফংলবদি হায়গে —মহাক ফোংনদি মপান ইপান থোকপা য়াত্রবনি। হৌজিকসু মাবু কোয়থী থীরিবনি। করিসু পাখৎকনু, ঐখোয় করিসু তৌরোয় "অহিংসানা পান্দম ওইবা নহারোনগী খুৎ অমা" শেম্নবা হোনবতনি, ঐদ অমবু ওইরবসু অফোংবা মীচম অমা ওইনা অসুম লৈগনি, তম্না হল্লকনী, নংবু লোৗরগনি। করে, চৎনবা তৌরো, খুনদোম্দা "নোকুনা" নংবু ঙায়রমলগনি। ইমাতোনগা নীংথিনা অদুম লৈমিন্নোকো।" ঐহাক্লা মা লোয়শিন্নবা মওংদা পাউমেনখি।

কায়নবগী পুংকম অদু লাকলে —মা লোয়শিনবদি পাক হেক য়াখিদে। মহাক হেক চৎথিবা ভমদবগুম তৌরম্মী। শুংঙায়বা হৈবা অমসুং শুংঙায়বা হৈবী অনিগী পুংকম অদু কোচি কোরাংগী চমলবা অর্থনা কাগী ফরাংগী মখেল কয়াসু য়াওবগুম তৌথিবরা ?

ঐনা লক্লবা কাগীগী পরেংনা কায়হৌখি —"ঐবু কাউরোয়দনা ? অং ! অং ! নশক মমীং ওম্মোক্লুনা ঐবু কঙাওনহনবদি তৌজমুকো। মতুং অমুক উন্নবদদি নহাক মমা অমদি ওইরনিদনা .....!"

মগাকসু মাভাং হৈবীনি, লো হৈবীনি, নোকমী নোকমী তৌরগা লাইতোংলবী মাইবীগুম্না চৎথরকদা তুংগী পুনসিবু হেক উবদৌনা কাগী তৌরকখি — "নত্তে মতুংদা অমুক উন্নগনবগী মরমবু লৈরিবরা ...?"

"নংগী থম্মোয়গী চিথী উপুদা থাদখিবা চিথী অদুগী পাউগুমদি পীরমদনা মাঙ-জখিনুকো !"মাবু য়েংনা য়েংনা হায়খিবা পরেং অজী ভসীসু কাউবা ভমগ্রি ! কাউবগু য়ায়রোদবা মাকমনী !

"পোষ্টমেন লাকপা ভাঁয়রব্ম মকম অসিদা! কনানা খংবা মপাগা মচাগা পুনসিগী উন্নবা ফংখিদবম্ম ...!" চিংনরপ তৌনা মখা তারকখিদে।

আহ! ভসিদি ঐগী পুনসিনা মকা লম্ম' নোকপা ফংগদবা অসিবু কৈরিবরা? কায়নবা খায়নবা কয়াগী মৈচাক মৈশাগী মখল মখেল শুরবা মচুনা য়েকলবা পুনসিগী লাইরিক অসিদা মচা কায়নরবা মপা অমগী খঙ্গোয়না তুংগী করি আশাগী মৈঙালদা শাংথহনা হিংনিংবগী ময়াই কাবা অসিবু করিনো? মহু পুন্নমক অহু কোকতগী তোন ফাওবা নেসনেলীজমগী মচুনা শংলবা নেসনেলীষ্ট অমা শাংথহনা তেংখা নাওইবগী থঙ্গোয় শোম্বহনবা অহুমদি শাদোকপ: তারিবরা? হিংলীবা মী অমা ওইনা পোক-লুবগী ফংলিবা চৈনাখোল অহুদি খমুংদা লোৎনা লৈরসম্ম! চহি নৌনা ইমা ইপা কায়নথ্রবা, মরুপ মপাং কয়া কায়নরম্ববা পুনসিনা ঐগী চান্নবীদগী হেন্দোক্তুনা ইচা ফাওবা কায়নবগী মহৈ ফংলে হায়হনা শংখিবা মচু অতবু ভসিমক চামখোক্লগা ওইজবা থীবগী মায়খুম উপশিন্দুনা চংজরসিরা?

হৌথ্রবা মতমগী মকা লামহনা নোকলম্বা মায়খোংগী কিম্বরগা কৈরাক—নীংশিংলকপগী অরাবা তাংকক—চাং নাযহনা তেংথারোয়দবা অসিবু কনা লৈরিগবা? উম! লৈথক লৈখা ভম্বোথ্রবা ঐগী পুনসিগী: রারীনা মথক মখা ওন্নরোয়দবগী মরম অসিবু কৈদনো? অকেনবা উনা ওইনা চীংখোংদগী পায়খিবী মুপী অহু নখোয়না কনানি হায়হনা খনবিরিবা?

"অদো, করিগুম্বা অমুক উন্নখিদবা খোবলবদি ··?" নৌহৌনা অমুকম্ম মীপায়জবগী মওংদা হংখিবা রাহংনী।

"হোয়, অমুক উন্নখিদবম্ম কনানা খংবা—ঐদি মফম অমম্মং মতমগী ওরবিৎতা অপাযবা কোমেটনী।" ঐনা খুমখি।

"অপায়বা কোমেট?" মহাক্না মমীৎ শুক্না য়েংলকখি!

"উম! অপায়বা কোমেট! পুনসি অমম্মং লাইবকী ওরবিৎতা কণ্ডাওনরবা খোংচৎনি, ফুৎ লাওনা ভাল্লমলগা চৎখিবা ভাকনি কোমেটকী খোংচৎ—হন্নকপা য়াওই, কনানা খংবা অমুক উন্নবা ফংখিদবম্ম .... ?"

চীংখোংদগী তান্না শন্দোকতুনা লৈরিবা লম্বী অসিদা মহাক তপলী তপলী চৎপা হৌখিরম্মী। পাক হেক চৎখিবা ভমখিদে। খংলেপ লেপলগা ভুং হন্না য়েংলকখি। মহাক নোকমী নোকমী তৌরম্মী; ঐনা মসিমম্ম উরকখি—মাগী মমীৎতা পী শিম্বরম্মী! হায়নিংবা রা কয়া লৈরম্মী, হায়কম খংখিদে—কৈহাক্তং খনজান্দুনা নোংদোলদা মীৎ খম্বা তাখি। মহুদা উরকখি—চীংদোন্দা হৌরিবা উপালদগী উনা কয়া কেন্দুনা নাকৈন শাগী মালদো পায়খি। চীংদোন্দগী য়ৈথরকপা শুংখিল কোরৌ মখোক্না মচু শংলবা চীয়া তময়া অসি অম্মকী মতিক পুরিং ছরম্মী।

অশংবা নাপীনা চাংম্নাম্নরবা লম্বী অসি ইরং লংলম্বী, মথক অহুদা মহাক্না লেপথিবা শাখেক অহু অম্মুক নীংখিজরম্বী —চাংদম্নফম খংথিদে। ঙসিগী উরী মমী শামী—মুত্তি অহু! চীংখোংদগী লীরি লীরি হুমলকপা মুংশিংকী সউমদা মাগী শানোলগী শমলাংশিংনা ফর ফর হায়রম্বী, লুমাংদা হুমথরকলিবা শমলাংশিং অহুনা ঙৌরোক ঙৌরবা মায়খোং অহুমকপু মচেং অমতং খুমজিনখি! শমলাংগী পারপনা খল্লিব. মরুম অহুদা উরম্নখি —পী মতুম মতুম ......!

খম্মোয়দা মুংনাংবগী ঈথিল অমা খংহৌদনা ফাওরকখি —"সী! তু! তু! য়েংঙু —আ উশাদগী কেন্দুনা পায়বিবা উনা অসে ......!"

মহাক নোকখোরকখি, নোকনিংহুনা নোকপা নত্তে হায়বসু খংজি। ফাগী তৌহুনা হায়রকখি —"তুমিন লৈয়ু, মী তাখিনি! উদগী উনা কেনবা, মুংশিংতা পায়বা হৌনশানি, পায়থিসমু!"

"ফরে, তোঙান তোঙানবা মায়কৈদা পায়থ্রিবা অকেনবা উনাশিং অসি কদায়দা তাক্লগনি খংবরা? তু! অসিনিদো ঐগী পুনসি ·!"

"ঐসু অকেনবা উনানি নংগী পুনসি পামেল্লদগী!" মহাক্না মথা তানা হংলকখি —"অকেনবা উনাশিং অসিবু করিগুম্বা মফমদা ঙৈহাক্তং ওইরবসু পুন্না তামিন্নরুবদি য়ারোয়ব্রনে?"

"অঙাওবা মুংশিংনা খংহৌদনা তোঙান তোঙানবা মায়বৈদা খংহুম হেক হুমদোক্কখিবা শোকলবদি নংগা ঐগা করম্বা মফমদা কৈদৌঙৈনো উম্নগদবা .. ?"

"আইমা! ঐনা অমুক মফম অসিদা কোক হেক লাকলবদি উম্নরেদনা।" হরাঙনা নোকচখি।

"মতম অহুদা ঐনা অমুক চীংখোং অসিদা লৈরমজ্রবদি ···?" ঐহাক মথা তাবা ঙমদনা লেপখি।

"মহাকপু ঙায়হুনা লৈবদি য়াইদনা!' ইচং থৌনা খুমখি।

"নত্তোমতা লৈববু ঙমগক্রনে?" ঐনা কোখহুনা হংখি।

"ঐসু মৈতৈ চম্মুনি ...!" য়াম্না থৌনা লৈনা খুমখি।

মাগী পাউখুম অহু ঐহাক পেনখি। মাবু য়েংনা য়েংনা মথা তাখি —"ফরে, চৎলো —ঐসু ঙসিগী অহিং অসি চৎলুখিগে, অমুক তম্না হল্লকপা য়ারবদি নংবু শৌরগে, করিগুম্বা ... !"

"করিগুম্বা কৈদৌব ?" চিংনরপ তৌনা য়েংলকখি।

"কৈন্দু তৌদে, চৎলো হায়বনি, নোকুনা ঙায়রমলগনি!"

নোকু কনানো হায়বা অহু মতাং অসিদা য়াম্না শাংথহুনা মশক তাকল্লরোয়। নোরেস কুমার কৌবা লম অমগী পাখংনী। নোকু হায়বা অসি শমজিনবা মীংনি

ঐগী থাজরবা মীনি। মতম কুইনদগী ইচুং ইপুন্দা লাক্লবা মীনি। মুমিৎ অহুদা মহাক্না ঐগী চাক্লবীবু ইমাতোনগী মনাক্তা 'শিথীথিবগী' থৌদাং লৌখি।

ঐনা অমুক্ন অরোয়বা ওইনা পাউজেনখি—"হিংলীবা পুনসিগী ৱারীদা হিংবগী লীলা কুমহুনা হিংবগী লালহৌবা লানমীনি ঐদি—কোয়না চৎপনী, কোয়না পায়কনী—করে, চৎলো লৈজৌরগে ...!"

"বী! ঐবু লোবা শোয়দনদি লাকউকো ...!" মীপায়জনা পাউজেনলমখি।

. উম! কোয়রুরে, চৎলুরে, হল্লকলে। মুমিৎ অদুনা পুনসিগী অরোয়বা ওইনা কায়নখিবগী ৱাফমদি নত্তে। ৱোনো অমসুং 'ৱোবা'না কৌরকপা মীকম অহু তঙায়ফদনা য়াওরুবা তারম্মী। কুক্রুক কক্রাক লাওরবা পুনসিগী কাংজেবুংদা মহাক্না খুমু মখোংদা শমলৌবগুম তৌখিবরা? চীংখোংদা ঐহাক য়াওদনা নহাকপু থমনিংখিদে। মতম থরা মহাকপু ইমাতোনগী মনাক্তা চৈংদোক্নুনা থমনিংলম্মী। কায়নবগী অহানবা মরম অদু মতাং চানা নীংশিংবা ৱাফম থরম্মু লৈরে। নোংমা মরুপ কেমীনা লাকলম্বা মুমিৎ অদুদা হায়রম্বা ৱাহৈ অদু করিগী কাউরুগবা?

"বী! নহাক্কী খোংচৎ অমসুং খোংথাং শোয়রে—থাদোকপা ৱারগদবা লীপুন অমনা নহাকপু পুনপ্রে, য়েংঙু নহাক শিথি নাথিবা খোকলবদি নংগী মুপী অঙাংনা কমদৌনা হিংহৌবা তারি?" কেমীনা ঐবু খৌদুনা হংখি।

ঐনা মাগী ৱাহংবু য়ানিংবা উৎপা ওইনা খুমখি—"তঙায়ফদবা মরম অমনা মপাং নায়বা পুনসি অদু চংবা তাখিবনি। মমা মপা অমদি মবুংনো হন্দোকপীরম্লবি মুপী অদুগী অকোয়বদা ঙাক শেনবীনবা মুপা অমা চংফম খোকত্রা?"

"নহাক নত্রবদি মাবু ঙাকশেনবীনবা মুপা অ।সেবু লৈত্ররবা? নহা কাংলুপ অমগী মাংজিল থাবা মীশিংগী মহুংদা নহাকপু মী অচংবা অমনি হায়দুনা লৌনরিবনি, অদুগবু মুংশিবগী সহুমনা অদুক থুন্না খোং-থাংজিনবদি চুমদবনি।" কেমীনা ঐগী ৱাথলবু য়ানিংদবা উৎলকখি।

"মুংশিবা হায়বা পোৎশক অদুবু মশক থংত্রবদি নহাক্না কৈদৌঙেদম্বু ৱীমীয়ান লালোই ওইবা য়ারোয়। লৈবাক অমসুং মীয়ামবু মুংশিবগী যুক্ষম অদু মুংশিবা অমগী যুক্ষমদগী পাকথোরকপা মীৎয়েংনা শাগৎফম খোকপ্রা?"

ঐনা মতাং চানা কোচি অসি কোংশিনবগা লোয়ননা শমথখি—"কেমী! ঐদি ইমাগী নায়তোম পোকপা কোরৌনী—ইমাগী অরোয়বা পাউজেন অদু ইনবা তাবনি, করিগুম্বা ঐনা শিখিবা খোকলবদু ঐগী খোঙ্গুল লীরম্বা ইচাগী মীরোন অমা শেমহৌত্রবদি কনানা খোঙ্গুল লীবিরকনী ...?"

"বস! নংগী ৱাথল অদু ফাওবদি য়াম্না 'ফজরি!" কেমীনা ৱাহৈ কয়াম্ন হায়দুনা ঐবু থাগৎলে, য়ানিংবা উৎত্তুনা অঙাংনা মায়খোং মকা 'জাম্না নোকচখি—"মমাগী পীবুক মসুংদা মমী তমজবা, নৈরু অহুদু মুপা ওইরকনী হায়ববু থংজরবরা?"

"ঐমু পান্নজি খোংলগা মরু হুনগ্রিপোৎনী!" ঐনা নোক্কখি ;

অমুরা ঙৈহাক্কি নোকমীন্নখি ইবানী। মহৃ নেক্কথরমা কেমীনা মুমিং অহূগী মা লোয়শিনবা ওইনা হায়রকখি—"করে ঐ চৎলগে! অহুবু বী। মামু মতম থরদি কদায়দনো অমা থৈদোক্কুনা থম্বীবনা করোয়দ্র ?"

অমুরা ফংবা তাথি, কায়নবগী অহানবা চৈথেং! আহ! ইবেম্মা! ঐগী চোকথরবা পুনসিগী কম শেন্নবী নস! ঙসিদি নহাকপু কদায়দনো? নংগী মায়থীরবা লালোইনা নংবু কোয়না থীরি। নত্তে, নত্তে ইবেম্মা! কনাগী ছাইজিনদনো...?

পুনসি অসিমগী মা ঐ থায়নখিবা তারবম্মু ইরাইবকৌনি হায়দুনা খন্দোকপা ঙম্বগী থৌনা অমবুদি ঐঙোন্দা লৈবা কুইরে। অহুবু লোয়শিনফম থংত্রবা খম্মোয়গী শৈরাংবনা ঙসিম্মু মাতবু খৌরাংনা কৌরি—

"আহ! ইবেম্মা! সোরারেনগী মচা মুপী!
পুনসিগী অরোয়বা মুমিংতি য়োরে
মচোয় মচোয় ভারবা পুনসিগী চেনা
নৌনা লেংলখো পুনসি সাহিত্যগী পরেং
থরায় ছাপলখো, আশা পীরখো—
য়েংনীংঙি নংগী অনৌবা শকফম
থমনীংদে নংগী নীংথায়রব মূর্তি
লোযনিংদে নংগী মারীগী পরেং
লৌশোকলখো অরোয়বা পাখোংগী মাহং ···!"

মপুং ফনা ফংলে কায়নবগী মথেল অমা—মহুগী মৈচাক মৈশা, চৈনা চৈথেং! ঐনা মহাকপু মুংশিরম্মী, ঐনা লৈহাউসিবু মুংশিরম্মী, মুংশিবা অহুগী মরক্তা খল ওনখি, খল অনিগী মরক্তা করিনো ঐনা ফংজীবা পোলোয়? ঙসি ফাওবম্মু মুংশিরি, মুপী অমা! মাগী মায়কৈনা ঐবু পী শিন্থহল্লী!

মচোয় মচোয় তাগ্রবা মতম অমগী শানৌ নহা লালোই কয়া—মায়থীবগী অমুবা মায়থুমনা থুমথ্রবা কয়াগী পুনসি— ঈগী মারীনা লোয়খিবা কয়া—ইতিহাস লৈতবা লৈবাক্ক ঙসিদি কাউবীরবরা ·· ?

"I've seen around me fall
like leaves in wintry weather,
I feel, like one
who treads alone
Some banquet-hall deserted."
T. Moore.



## ॥ ৪ ॥

## মেরা থাউমৈগী মৈঙাল

ঐগী পুন্সিগী মালেম—লম অসিগী লৈমায়দা ঐহাক পোকখি। মাগী তম্পাক অসিদা ঐবু নাউপুবী পালেমনা শীন্নবীরম্মী, মাগী মতম্পাক অসিদা ঐহাক চাউরকখি। অমরোমদদি খোম-ইনবী ইমাগী শকলোননী। মীকোন থাগোনবদা চংখোনবীনি। নাউপুবী পলেমনা নোংগাঙ্রবম্ম মহাক্কী মতম্পাক্তা নোংমদি শিবা তান্নী। মরম অদুনা ঐনা মাবু মুংশিবা অমদি মহোশাদগী লৈরকলী। ইমাদগীম্মু হেন্না মুংশিফম থোকই হায়সিরা? মাগী ছি-য়াই চেন্নবা মতম্পাক অসিনা হিংবগী মতৌং পীরীরি। 'মাগী লৈহাউনা চমথরকপগা লোয়ননা হিংবগী নীংতম্বা লৈরকত্রবদি অনৌবা লৈহাউ অমা হাপহৌবা তারিবরা? ব্রাহং অসিগী অনৌবা ঈহৌনা পুনসিবু মথক মথা ওন্থোকখিবা হায়বা অসি হৌনশানি। কায়নবা থায়নবগী চৈথেং মরক অসিদা করম্না কাউগনী—সোরারেনগী মচা মুপী? মতম অদুগী তোয়না কৌরকপা মীকপ মীরাউথোল অদুনা ঐগী চান্নবীগী মীনোক্তা রাস্থনা লৈবা অদু ওমখিবরা?

নীংশিংলক্লে—লুহোংবা নৌরিউগী চিংথদুনা লৈহৌবা পরেং থন্না। য়াম্না অর্থ লৈথিবনি অহিং অদুমম্মু। ওসিম্মু কাউশোকখিবা ওমত্রি মাগী খোরথুম্নরবা চিন্নবালগী মোমোন মীনোক্না চনখিবা পাথোং অদো। ঐগী থম্মোয়দা চাকথলকলিবা মৈরীবু মহান্না মুথংনবা হোংনবা অদু ওমখিবরা?

"বী! নংগী অপোকপী পলেমবু লময়ৌনা মুথশিবগী মুক্তনা শাগংলীবা অথোইবী পলেমবু লময়ৌনা মুংশিরবা থম্মোয় অদুনা ঐবু কনানি হায়দুনা থজি—?"

মহাক্না য়াম্না মীপায়জবগী মওংদা ঐবু চাংয়েংদুনা হংখিবা ব্রাহংনী। চহি কয়া মমাংগী অর্থ লৈরবা পাউরো অসিনা পুনসিবু চাকথেকখরবনি। অদুবু করম্না পাউথুম পীবা তারিবা?

ঐনা ঐগী হিথাবু য়াম্না হুংশি—মাগী অরোয়বা পাউমেমনা ঐগী পুনসিগী লমজিং মৈরানী। মাগী অরোয়বা পুংকম কাওবা য়েবা মতোল লোয়না তৌজখিগ

ঐনা ইমা মুংশিবমু হায়ম—নৈরুায়দা হারীনরিবনি। ইমা মুংশিবগী লময়ৌরবা শক্তোর অহনা মুপী অমগী মুর্তি মরুমদা লোৎলীবা মমা অমগী শকরুম অহুবু করি সীম্বোল ওইনা উথিবনো ?

ঐনা মাগী হাইংদু করেম্নখি —"ইমানি হায়দুনা খল্লুরা ? নত্তে, করি ওইনা খনথো হায়রিবনো হৌজিকপো ?"

"করে অহুদি, মহাক্তা নংগী অপোকপী মুংশিবগা ঐবু মুংশিবগা করম্বনা হেল্লী ?"

য়াম্না কোৎচিৎ থাংনা নোক্লখি।

"সোরারেন, মালেম অনি অসিবু করম্বনা হেনবগে ?" ঐহাক্তা য়াম্না শিংমা পাউথুম পীখা ওইনা মথা খরম্ব তাখি—"নংনি ঐগী সোরারেন, নংনি ঐগী মালেম—নংনি ঐগী তালোয়, নংনি ঐগী ইমা .. !" হাইহে অসিগা লোয়ননা ছৈরেং মতেক অমম্ব তাহনখি—

"কোরৌ নোংনা হাংবরা ···?
পাম্মৌ ইপানা মহেল্লি
মালেম লৈমানা লুম্বরা
পলেম ইমানা মহেল্লি !"

"শকলোন অনিগী মুংশিবা অহনা পুমহৈ ওইনা হৈজিল্লগা অহুমম্বুবা শকলোন অমা য়েকপবু তমগত্রনে ? অর্থ লুমনখ্রে নংগী মীৎয়েং অহু। ঐগী মুংশিবনা লমজিং মৈরা ওইবগা সোরারেনগী মচা মুপীবু নংগী হারীগী নায়িকা ওইহল্লিবা করিনো ? নত্তে, নংগী সোরাবেনগী মচা মুপী হায়বা অসিবু ঐরা ?"

ঐনা অমুকম্ব শন্দোকখি —"মুপীদি ইমানি, মুপীদি তালায়নী —শকলোন অনি অহু সমান্তরিক ওইবা লৈই অমনা চিংলবদি কদায়দা উন্নগনি ····?"

ঐগী ফজরবা জোমিত্রিকেল হায়েৎ অসি মহাক্তা ফারক তাহন্দুনা করেম্নববখি —"লৈ অনি অতুগী মরক্তা ঐগী মুংশিববু নংনা নেসনেলীজমগী সীম্বোল অমা ওইনা উৎকে হায়দুনা সমাবাহু ত্রিভুজগী 'ত্রি-মুর্তি' অমা পুশোকলীবরা ? নত্রগা ত্রি-মুর্তি অমবু শকলোন অমত্তা ওইনা চোংথোকহল্লগা পাখোং চল্লিবরা ?"

"হৈবীরেদা...! সমাবাহু ত্রিভুজগী [মরাক ময়ুং মাম্নবা লৈই অহুম্না কোয়শিনবা ত্রিভুজ ] কোন অমদি কনানো হায়ববু খংজরবরা ?" ঐনা কোৎচিৎ থাংনা হংখি।

"অহুদি হায়ম্ব—সমাবাহু ত্রিভুজবু মখক মথা ওম্বোল্লরবদি করি মাল্লি ...?" মহাক্তা নোকফেৎ তৌরকখি।

"পোক্লকম লমদম ; হায়বদি নংগী ...!" ঐনা চম্না থুমখি।

"কৈদৌবা, কৈদৌবা —ঐগী কৈদৌবা ...?"—খুনিংনা পুকনোত্তা খীল্লকখি—
"প্রামান হৈবীরেদা হিংচাবসিদি...!"

ঐনা অহিং অচুগী লামায় থুপচিনবা ওইনা মাগী ইথক ইপোম হৌরবা হকচাংবু চেক্তেংগা কোনশিনখি —"নংগী সুংশি খ্রীকপ মীয়ামখোল অসিনা ঐগী পুনসিগী লীলা অসি কমদৌনা লোয়গনী হায়বা খংলবরা ·· ?"

"মীৎলু পীরাং নত্রগা —ঈগী খোজ্লুল ···!" মহাক্না অসি হায়না হায়না ঐবুসু চেক্তেং কোনশিল্লকখি —"মীয়োন লৌশিংবু নাউকোন্দুনা লান্নবসু "অনৌবী ওইহনা লাকলবী মাগী সুংশিবগী মতম্পাক্তা মীয়োন খুদিংগী ওমর ওইহনা লাকলবা ঐগী সুংশিবগী লমজিং মৈরানা পৃথিবীগী চিদায় অসিদা নংগী খ্রীমীয়ান থৌওরীনা অনৌবা মীয়োনগী য়াওন অমা পুরকপবু ওনজগত্রনে ?"

ঐহাক য়ানিংখি মাগী হাহং অচু। খোং নাম্বা কনশিনবদি হৌরবা পুনসিদা চিংনবা কয়া লৈখিদবসু নত্তে। তুংগী পোমীৎ উরবী মহাক্না হায়রম্বা হাইনা ওসি অচুম্বগী শক্তম লৌগ্রবরা ?

মী, পুনসি অমসুং সমাজনা মশক খীরকলবা মতমদা পৃথিবীগী নেসনেলীষ্টশিংনা অরোয়বা খোংচৎতা লালহৌবা অমমম ওইনা লাইমীং লৌনখি। নৈহৎ তুহৎপীরবা অমদি লোয়লমগী চৈনা চৈথেংনা কনথৎতুনা মীনায় নায়থাং পুহনা থাংবগী অয়ৌবী থাক নাম্বোকথ্রবা মতমদা পৃথিবীগী পাথং কয়ানা নোংলৈ ক্ষুংশিৎ হৌখি। মায় পাকপা অমসুং মায়থীবগী হাকমবু তুংওইননা থয়রগা থরায়বু মস্তিক্রবা খোংথাং অচুগী মায়কৈদা খোং থাংজিনবগী মতম অমা লাকখিবরা ?

সোসিয়েল রীফোর্মেসনগী পান্দমনা চুংগোয় ওইরবা নহায়োমগী খুৎ অমা য়োনো ইবানীনা সহরদা শেমখি। মচুগী হাকম মথক্তসু পনগ্রে। অচুগুম্বা খুৎ অচুনা মতৌ করম্না তায়োম্নখিবনো হায়ব অচু ওকই! খুৎলায় পায়হনা লালহৌরগা মীচম কয়াগী পুনসিবু ঈ তাহন্ত্রবদি সমাজ অমদা অওনবা অমা পুরক্লবা হোংনবা অসিবু থক য়াগ্রবরা ? করিগী য়ারোয়দগে ? অচুবু রাজনীতিগী থাইদগী অরাংবা থাজি খুৎলায় পায়হুনা লালহৌবা অসিনি হায়বগী থাজনবা অমা লৈবগুম তোরবরা ? মরক অচুদা মায়থীবগী ইতিহাসনা ওসিদি করি করি পাউখুম পীবা তারিবরা ? ইতিহাস অচুগী অনৌবা মৈরীনা মাবু ওসি কদায়দা হুমদোকপীগ্রবা ····· ?

ঐগী পুনসিগী মায়কৈ —অমুবা নোংগী মপেনা মমশিনগ্রবা সমুক্রগী ইয়াইদা লমুক্লবা হিরোইগী ওাওনরবা খোংচৎনি! নোং ওানবা অমসুং শুমিৎতাবা ওায়বগী চাক চারা অনিনা হামচং ওইরগা শাগৎলীবা মীওইবগী পুনসি অসিদা ঐনা হৌজিকসু করিনো তৌগদবা ? ওসিগী মায়কৈসু মমশিনখিবগা লোয়নর্মা হুংখিলগী শরুক লোয়গ্রে। উরবা ফংগনি হায়বগী থাজরম্বা আশা অহনা ঐবু হন্না য়েংলমলগা চৎগ্রে! অসুম্না তেনশিল্লকলে পুনসি অসি নোংমা মোংমগী। '

সুমিদাং ওইরে। থাজগী লংথ্রিক লংনা সনা মচুদোনা কজরবা মঙাল —নোং-পোক চীংখাং নাপোমদগী শাম্লোরকলে। চীংদোল অসিদগী নীংথিনা উবা ফংলি —ওয়োল্লা পুক্লিং নৌখোক্লবগী মশকনি। ওসাইমখৈ থৌগংলুরবা থম্মোয় অসি থজ্জিজং মইংবগুম তৌই। অহুবু নীংশিংবগী য়ারৌদি লোয়বা নত্তে। থাবল ফিজং মরুমদা ভাশিন খোমজিন্দুনা লোংশিনথিবা সীন কয়াগী য়ারী য়াতায়, মীনোক মীৎয়েং কয়ানা নৌহৌনা অমুকন্সু হল্লকলী।

পীনা থুমহ'লবা মীৎলম অসিদা উবা ফংলী, মুৎসি মুৎসিবা মৈঙাল। ইস! করিনো উরিবসি? খুল্লংগী অকোয়বা চীংয়া তময়াদা মেরা থাউমৈ থানগৎনরে। চীংখাদগী মুংশিৎল্লা হুমহুনা পুখৎলকপা অপুনবা লাইশোন ঈশৈগী খোম্থাং অমনা নাকোং অসি শিংজা য়ৈররি! ইথং হেক থংহৌদনা থম্মোয় অসি তিং লাওথি! মেরা থাউমৈগী অহানবা মৈঙাল অসি হেক উরুবদা পুক্লিং অসি ইনৌ হেক নৌখোকই। নীংশিংলকলে চীংখোংগী মেরা থাউমৈ মখোংদা হৌথিবা অহিং কয়াগী চয়েৎনরবা পরেং কয়াগী মীনোক মীৎয়েং অমম্মুং য়ারী। মখঙা খরম্ম পনখ্রে —মতুনা লমদম ভাল্লা লৈহৌরবা মফম অমগী য়ারীনি। মেরা থাউমৈগী মৈঙাল মরুমদা লোংথিবা য়ারী কয়াবু মতাং চানা শমজিনবগী মথৌ অমা তারিবরা ···?

আহ! মেরা থাউমৈ! নংবু উরগা নীংশিংভি শক্তম অহু! মুর্তি অহু! শাখেক অহু! নোংমা লাকথি —কঙাওনরবা পুনসিগী ন'স ওইনা মুৎথরবা, মুৎথরকলবা ঐগী পুনসি মেরা থাউমৈ মখোংদা লেপলথি-নোকমী নোকমী! নীংশিংবগী অতেক অকায়বুদি করিগী কাউরুকম লৈ? থম্মোয় অনিনা শকথিবা অহুঙৈগী মুংশি ঈশৈ —ওসিম্ম ইতোমতগী থম্মোয়না শকপা তারিবরা ...?

"পুনসিসে মেরা থাউমৈনী
মেরা লোয়বা ডায়বনী
ঐনা পুনসি পামেলনী—
নংনা মেরা থাউমৈনী
লেপচগে পুনসিগী পামেল
ঙানবীয়ু পুনসিগী মৈঙাল!"

সহরদা লৈরী ঙগী কুইরবা পরেং —মুংশিবা হৌরকপগী শৈহৌ ঈশৈ অসিবু নীংশিংলবদি অহিং অহুগী চিংখহুনা লৈহৌবা য়ারীবুদি করিগী কাউরুগবা? মহাক লেপলম্মী —থাউমৈ মখোংদা! থাউমৈ চিংখৎতুনা শকলম্মী, মেরাগী মুংশিব্বা লাইশোন ঈশৈ। কদোমদগীনো অঙাওবা য়াখল অমা ছৎ হেক্তা ফাওরকথি। মতুং ওইরম্মা মরুম অমদা ঐহাক্লা লুমহুনা লৈরগা হায়থিবা পরেং, ওসিম্ম করিগী কাউথিগনি, "পুনসিসে মেরা থাউমৈনি, ঙানমিন্নসিকো শুপ্পা মীক্লপ অমতং ···!",

মহাক খংবগুম করিগুম য়েংলকয়ি —কোয়রৈ লৈহন্না। ইশক উহনবগী খুদোংচনা অহু মহাকপু, কংহনখিদে। অহুবু মাহৈ অমিনা মাগী শম্ভোয়দা কনাদো হায়রগী বাহং অমা হংজখিবগী মতিক অহিং অহুমা তুমা য়াখিনবরা? খুমিং অহুগী অহিং অখেংবদা ঐনা মখোয়গী ভুম্মাং মতোনদা পরেং অসি লেপ্তুনা মাবু কৌখোকপা ওইনা মেরাগী ঈশৈ শমখখি —

"নংনি ঐগী হৈয়েংগী পরেং ...—নংনি ঐগী ঈশৈগী পরেং
নংনি ঐগী পুনসিগী মুর্তি ...।—নংনি ঐগী খম্মোয়গী থাউমৈ ..
ভানবিয়ু খম্মোয়গী সোয়ারেন।—পুনসিমে মেরা থাউমৈনি ......।"

শুর পানবকা নংখিবা নত্তে, লৈয়েংদা চিনফা পুবা মীগী ঈশৈগী শুর অমা তাপ হেক্তা ফারগা থক হেক্তা শকতিনখিবনী —ইস! ফনবু চায়রুই। মহু নত্রগবু কলাকারস্মু নত্তবা ঐনা উপু অখোংবীস্মু খোংদনা মীকুপ অহুদস্বু কদায়দগী শুর পান-গনি? ঈশৈগী অর্থ লৈরবা পরেং অসিনা মাবু কৌখোকপদি ভমখি। ইমাংদা মঙ ফাওনরক্তুনা লেপলখি — অহুরৈগী মুর্তি অহু নোকমী নোকমী!

"হে হে পী-থাদোই নং ওইরেকো! ঈশৈগম্মু মহৈবোরেকো ...!" হুংখিবগী ওইনজবা ওইনা নোকচখি।

ঐনা থিগংখি —"চরোই কোকিলদোনা খোয়থুম্নবদি খরা মরাংলবস্মু তুম্বদি য়ারিরোয়নে ..!"

"তাম্মোকপা খোবকপনি!" নোকমী নোকমী শমথরকখি —"ভসায় ঐবু লক্নরম্বা অহু চরোই তেত্তু নং ওইরিনি?"

"ঐ নত্তনবু নংগী থাউমৈ মখোংদা কনা লাকপীগনী?"

মহাক্না শকফম হেনবগী মাপল কারম্না ভাংজরকখি—"মায়কৈ মরী, শুমদায় মাপলগী খোইমুনি ভাংলরিবা?"

মাগী মা লোয়ফাংত্রিরৈদা ঐনা নং অমা হুৎ লৈশিনহৌবগী তানজা ফংখি — "মরক অহুদা মেরাগী কোকিল ঐসিনা খোইবী নীংথৌ? হা! করি হায়গে ...!"

"হোয়মেহে বমন্তগী চরোই ...!" নোকমীয়খি ইবানী!

অমুম্না হৌখিবা অহিং অহুগী মা খোয়না শাংথরুবগী কান্নবা লৈতে। মথক্তী অহৌবা পল্লুক্তা পমখিবা অহুনি। হৈ শিংলবা ভাবোকশিল্পা পরিং কায়রবা মারী অসি মতাং চাবা চাবদা হেক্তা শমজিল্লুনা ইদিটিং তৌবিনবগী অধিকার অহু থমজরি। হৌবদগী পরিং কায়রবা অমদি মীংশিংবগী অশোয়বা অমনহু পারিং থুগায়-রবা ঐগুগী মারীমখুদি মমৈ অকোক শম্নগদবা অসিবু কৈদদো? ঐনা অসিমদি খংজি —মাখলগা খুৎকা কাজেন তানবা থক য়াদে। হৌরকপদা লৈবা য়াবা মাফম কয়াবু মাখলনা নীংশিংহনখিবদি কুইরবনি। খুৎনা নত্রগা চিলনা শোঙহৌবদগী

হৌজিক্তা থুংলেরি —চিংথহৌরবা ৱাকম কয়া। ৱা অমত্তু লৈ —হৌজিক হৌজিক ওইরিবা পুনসিগী ৱাকমদগী হোৌগংতুনা ৱারী লীথংলবদি মকোক্তী অহৌবা পরেংদা লোয়শিনখম থোকপ্রা ? ঐগী ৱারী পরিং অসিনা নিয়ম অত্থু ৱাত্থুনা চংলবরা হায়বত্থু ইথল্তা হায়জবা ঙমজদে।, কোংঙমজ্রবা পাথোং ওইখিবত্থু য়ারি। ৱারী অহুম মরী চয়েৎনখিহনা মরী অমত্তা লৈনজ্রবরা হায়বত্থু চিংনদবা ঙমদে। মোহৌনা হৌগ্রবা মতমগী লোয়শিনগ্রবা ৱারী অমগী মুমফম অমদা তোঙানবা মুর্তি অমগী মীহুৎ নত্রগা সীখোল ওইনা লেপহল্লগা নখোয়বু কণ্ঠাওনহনবগী নীরাং থুহনবা মাল্লবরা ? ৱাথল চোয়থোকপা তৌদনা মরোল অহুমগী মীৎয়েংনা য়েংবিরগা ঐগী পাখোং অসি ফোংবা ঙম্বীগদ্রা ?

মেরা থাদা ঐহাক লৈবা ঙমদে। ঙসি মফম অসিদা লাকলীবা মসিত্থু মেরা শল্লা কৌবনি। চীংখোংগী মেরা থাউমৈ মখোং অসিগীত্থু মচু শংলবা ৱাকম কয়া লৈরিবনি। মহাক হল্লত্থুনা মেরা থাউমৈ থাল্লমবত্থু য়াই হায়বগী ওইররোয়দবা অমদি অপুনরবা ৱাথল অমদা তাউহনা লাকথিবনি। লমদম তাল্লা লৈহৌরবা মুর্তি অত্থুনা চীংখোংগী মেরা থাউমৈ মখোং অসিদা ফনা কুইনা লেপলমবগুম তৌথিবরা ·· ? নীংশিংলক্লে —চীংখোংগী মেরা থাউমৈ মখোংদা চয়েৎনখিবা অহিং কয়াগী ৱারী কয়া —মচোয় মচোয় মতং মতং।

"মেরা থাউমৈ থানবগী মরমবু খংজরবরা ? ইবানীগী হৌখিবা মতমবু নীংশিংনবা ওইনা চীংখোং অসিদত্থু মৈ থানগে হায়রিবরা ?" ৱা য়ুংবা সুমিৎকী অয়ুক অহুদা ঐনা হংখিবা ৱাহংনী।

"ইপা সোরারেনগী মফমদা মচা সুপীগী মীরোন হিংলী হায়বা অত্থু খংহল্লুনা কৎচবনি, চীংমীগী তম্মীনা হিংলী হায়বগী মৈঙালনা থুদম পীবগা লোয়ননা লাইওইরবা ইপা ইপুগী মীংথৈ শক-শোনবগী থানবনি হায়নৈ।"

মেরা থাউমৈ থানবগী ৱারী কয়া মরুম লৈ। ঐনা অথং অহৈ শা·না লিরুবগী মখৌ তাদে। হিংলীবা পুনসিগী মচু শংলবা সীন ওইগিবা তাংকক অত্থু লীবতনা ঐগী ইথৌনী। অত্থুমকপু মেরা থাউমৈগী মৈঙাল অসিগী য়াম্না থাক ৱাংলবা ৱারী থরদি মীরোন কয়াদগী চিনথাঙ নায়হনা লীনরকলী। কৈরাক শারম্বা ইপা ইপুগী মীংচৎ মীংথৈ, মতিক থৌনা শক-শোনবগা লোয়ননা মথোয়গী মীরোন অমদি চারোন ঙরোন কয়ানা হিংহৌরি হায়বগী থুদম উৎতুনা তাইবংমপুগী থুয়াদা কৎপনী হায়হনা থাজনৈ।

সুমিদাং মহাক্না থাউমৈ মখোংদা হৈরুক হৈরাক কৎচহনা থুরুম্মী, য়াম্না থাজবগী মঙং অত্থুমক উৎচখি। মতুং হেক তারকপদা মথাগী লাইসোন অসি শক-শোন্দুনা থাউমৈ চিংথংলী —

দাককম অহু লৈতসমু। ঙসিমু মহাক্নবু হিংলম্বা থোকলবদি মেরা থাউমৈ থাম্দুনা ঐবু নীংশিং নীংশিংলগা মচি অমদা কপ্তুনা লৈরম্মু কনানা থংবা ? চাঁংয়া তময়াগী অকোযবদা থাঙ্গিবা মেরা থাউমৈগী মুসি মুসিবা মৈতালবু য়েংজরগা মাগী মশাবীনা মাবু নীংশিংলী হায়বা অসিবু শংলীগত্রা ?

"ঙসিগী অহিং অসিমম্মু কাউররোয়দবা অহিং কয়াগী মতোওম্না কল্লাংদা ইশিন্দুনা থমসিরা ?" মাগী অনোবা ৱাহংনী।

"মেরা থাউমৈ মুংলমদায়গী চুথরক্কদবা নেংঅহুনা চামখোখিনবগী থোরাং তোজবা শারিবরা ?" ঐনা চৈহংখি।

"চামখোকথিসমু ; ঐদি থক কাউররোয়—থম্মোয়গী চেমায়দা ইশিন্দুনা থমলবনি।" অসি হায়রগা মাগী মায়থোংনা ঐগী থবাক্তা মুরু মুরু নৈহুনা ওইনজখি।

নীংশিং ৱারীগী পরেং কয়ানা ইবা চক্লবা থম্মোয়গী লামায় খরদি পাখোরকলে। থম্মোয়গী শৈশকপনা শোকলব খোম্বাংদা থীবগুম তৌরি, পরেং খরগী ছেরেং—

'আহ ! ইবেম্মা ! থম্মোয়গী মেরা থাউমৈ !
কায়নবগী ইরেজরনা ঙসিমক মুংথংলরো
থম্মোয়গী খাতাদা খোংখিবা পুনসিগী অঙ্ক ;
শেগায়রবা থাঙপোক্কী ফিম্বরবা ফক্লাংদা
নংনা মৈতালনা ইরম্বা পুনসিগী ৱারী
কায়নবগী লৈখোমনা ঙসিমক মুংথংলরো !
নংনা য়ুংলম্বা চীংখোংগী মেরা থাউমৈ মখোং
ঙসিমক য়াম্বথংলরো কায়নবগী থাংজোনা,
মুংথংলরো থম্মোয়গী মেরা থাউমৈগী মৈতাল
কায়নবগী অরোয়বা মুংশিংকী সহুম্মা হুমদুনা।
ইতোমতা ঙায়রবা পুনসিগী খোংচংনী —
হিংবা ৱায়বা নংগী চৈনাখোল মরক্তা
লোয়শিনফম থংত্রবা পুনসিগী পরেং
চিংলখো ময়েক শেংলবা অরোয়বা চৈথৈ !"

ঐনা অসিমমু নীংশিংতি—মহাক্না মেরা লোয়বা ফাওবা মৈথানবগী খুদোংচাবা অহু ফংজখিদে। মেরা থয়াই চক্লকপদা ইথং হেক থংহৌদনা থুংলসি—মৈতৈ পাথং ৭ উম্নবগী পুংকম অহু। চীখোং পুনসিগী লময়োরবা মুংশিং ইয়াইদা ফনা কুইনা কাউখোকলুই—অহুতৈগী অচেৎপা ৱাশক ! অহুবু নোংমা মুমিদাং কেমী লাকলম্বা অমদি মাবু নোংঙানবদা থৈদোকখিবগী ৱাকম মথক্তা পনগ্রে। হৌজিক্তি অমুক ঐগী ৱারীনা কয়িগী পরিং কায়রুফম লৈ ? পাখোং থরবুদি কোংবা তারিবরা ?

তৌরম্বু ঐগী চীংখোংগী পুনসিদা লৈরবা থুপী অহু কনানো হায়বা অসিতনি। নখোয়না লোয়নো নত্রগা নৌবী অহিগী মরক্তা করম্বনু চিংনরিবা — ?

কেমী লাকলম্বা অহিং অহু থাখলনা কুম্বংনরগী। মীৎ উইহৌনিংবা য়াম্নিদে। মঙোন্দা শম্পৎনা থাবী থরম্বু নীঙ্গনা তাহনখি। ঐবু কনা য়াম্না চৈ খাংখি।

"বী! ঙাওশিনগনা হঙ্গবদি তৌজন্নকো! ঐহাক চৎপ্রবদি কনানা থনবীহৌগনী চীংখোংগী মেয়া খাউমৈ ?"

"হোয়, কনানা থংবা পুনসিগী মেরা খাউমৈম্বু ইথং হেক থংহৌদনা যুৎথিবম্বু য়ারি" ঐনা থুমখি।

মহাক্না কাগী হৌরকখি —"মুৎলোয় কৈম্বু —খাউ মতিক চানা য়াওরি ——!"

ঐনা কয়া হৈনিংঙাংতনা হায়খি —"নোং অমম্বুং নোংদৈ মুংশিং মরক্তা মেরা খাউমৈগী মৈঙালনা কয়া কুইনা ঙাম্নগনী ····· ?"

অম্বুম্না চীংখোং পুনসিগী অহানবা লমজিন্দা অকেনবা উনাগী হৈথেং অমা কংবা তারম্মী। মুমিৎ অত্তগী মুমিদাংদা মচু শংখিবা থাকম থরম্বু লৈরি। মহু লীখোকপগা লোয়ননা চৎখিবী অমম্বুং লৈহৌবী অসিগী মশক হায়ফেৎ তাকপম্বু চুমলীবরা ?

মুমিদাং অত্তগী পুংকম ঙায়বা ওইনা মুমাং মচি অমদা ঐহাক উয়ুংগী মতৌগুম্না তুমিন্না লেপত্তুনা লৈরম্মী। কনানো থুপী অমনা ইতুং ওইরগা চংশিল্লত্তুনা লেপলবগুম তৌখিবরা ? য়েংখোকলুত্রবম্বু অঃমক থঃবা ঃমখি —মীশক অহু! খাউমৈ মখোংদা চংশিনখিবগী সউম অমা তাবা ফংখি। লোয়ননা অমম্বা মরক অহৃদা মৈঙাল অমা ইনৌ নৌনা উরকখি। তুং হন্না য়েংখোকলুই —পুনসিগী মনিংখোংদ আশাগী লংলবা মৈঙাল অমনা শোম্বুবম্বা থম্মায় অসিদা অনৌবা খৌনা অমা লাকখিবরা ?

"হসীবু কদায়দা কৈদৌবগী থৈ দাকত্রিবনো ওক্সা ?" নৌবীনা ইনাক্তা লেপ্তুনা হংলকখি।

"ইমাতোনগী মনাক্তনি। নঙ্গে নৌবী! মেন তাত্রবা ঐগী কঙাওনরবা পুনসিগী মুৎথরবা, মুংলুবরা মেরা খাউমৈ মখোংদা নহাক্না অনৌবা মেরা খাউমৈগী শক্তম লৌদুনা করি চৈনাখোল অমুক পীবা লাকলীবনো ?"

"খাউমৈ নঙ্গে ঐদি মীনি; থাতোন্দা ইথক্সা ঙানরঃ কিজেবো ····।" মরৌ লৈরগা অর্থগী চিনবালনা নোকখি।

"মাখোংদা ঐনা নেট থন্দুনা লেপত্তরদি ——?"

"অদে, করিগুম্বা অমুক খুজিন থুংনাহোত্তগী নেট তৎপ্রবদি ······?" নৌবীগী কোথজবা য়াহৈনী।

"অহু ওইরগনা থম্মোয়গী মেরা খাউমৈ মখোংদা নহাকপু পুনসিদো হায়রিবরা ?" ঐনা লৌ তৌরক্তী।

নৌবীনা পাখোং চন্নবা ওইনা হাঁয়রকখি —"মালেম লৈশাগী শক্তম লৌরিবী ঐবু বাত্তোম্বা থাউমৈ ওইনা পুখৎতুনা থানবীরবদি ঈশিংগী ইপাক অহুদা মী হিংববু য়াথিগদ্রা …?"

মমী অমা উরম্মী নৌবীগী শকলোন। ঙৈহাক্তি মী কুপথিদে। হেক থংনবা মীকুপ্পা ফাগী ওইনা পাউখুম পীখি—"লাইমুরা ৭ অমমমুং লাইবুংথৌ অমা নৌনা মালেম লৈশেম্বগী মথৌ অমা তারে —ঙসি অহিং লাইবুংথৌ ৭ উম্নবা মুমিৎনি।"

"লাইবুংথৌ ২ অহুদি কনানা শক্তম লাংগদৌরি ?"

"সোরারেন অমম্মুং মালেমগী থম্মোয় লময়োরবা-বীরো-বীনিগী বাথল অমম্মুং মুংশিবগী পাখোংনা মহুগী শক্তম লৌবদি কমদোই ?"

"ওজা, নহাক অমুক লাকপদি লাকখোকো, ঐনা নংবু ঙায়হুনা লৈরমথিগনি —; মুংঙায়বা পাক্ত অমম্মু পুরকউ. ইসীবুম্মু ( ইচে 'সী'গী শমজিনবা মীং ) পুবীরকউ।"

"ফরে, নৌবী, ঐ চৎলুথিগে ,নহাক্ত মুংতিগী মুমিদাংদা চীংখোংগী মেরা থাউমৈ অসিবু মুৎত্তনবা থানবীগে খঙিবরা ?"

"অরিবী অনৌবী কুমশিংগী মীরোন মরক্তা ইসীনা লেংগোম্নহুনা শিন্নরম্বা মীরোনগী মৈরীবু মুৎতনবা থানবা হারবা অসি ঐগী থৌদাংনী !"

ঐহাক ঙকলম্মী, নৌবীগী থাক রাংলবা রাঙাং অহুনা মাবু কবি ওইনা উখিবা ? মতম কুইনা লৈমিন্নরমলগা ইথং হেক থংহৌদনা উন্নবা ফংলরোয় হায়বগী মীপায়জবা, রাজবা অমদি চিংনজবগী মমী অমা —মাগী নৌজরিবা অমদি অত্তাবগী লৈচিল থাজিনবা হৌরকলীবা মায়থোং অহুদা মমী তারম্মী। ঐনা মসিমম্মু উথি —মীৎলু অনিদা পীগী ইরা চেল্লিবহু।

ইথং থংহৌদনা নোং চুথরকখি জম জম! মেরা থাউমৈ মুংখিবগী সহুম অমা ফংবগা লোয়ননা থংমম হেক মমশিনথিবা অহু উরকখি —"তু! তু! নৌবী! মৈ মুংখ্রে! মসিনী পুনসি হায়বা অহু! অম্মুম্না মুংখিবম্মু য়াই, ঐগী পুনসিগী মৈরা থাউমৈ

ঐহাক চৎপা হৌরম্মী —লাপতক্না উরম্মী —নোংনা ফুত্রিং ফুৎনা চোৎলবা চীংখোংগী অমম্বা মরক্তা লেপ্তুনা লৈহৌবা মুর্তি অহু! চৎলমদায়গী পুংফম অহুদা থংহৌদনা মুংখিবা মৈঙাল অহুনা চৎথরক্কদবা পুনসিদা করি খুদম পীথিবনো …? অমবু ওইরবম্মু, চীংখোংগী মৈ মুংখ্রবা মেরা থাউমৈ মখোংদা নৌবীনা করি আশাগী লাইনীং পরৈ চেৎতুনা ঐগী মায়কৈবু য়েংলগা মীৎলু পীরাং শিন্থ্রবা ……?

"From the unreal lead me to Real.
From darkness lead me to light.
From death lead me to Immortality."
—Upanishad



## ॥ ৫ ॥

## নোংলৈ নুংশিংকী অতিয়া

ঐগী পুনসিগী অতিয়া—অঙাওবা নোংলৈ নুংশিং কয়া থেংনহনা লাকলবনি ! ঙসি ফাওবস্থু থেংনবগী লোয়বা লৈতবা চৈনা-খোল অমা হকথেংনরি ! কায়নবা অমস্থুং থায়-নবগী তাংকক কয়ানা মথং মথং শমথরক্তুনা পুনসিগী অরোয়বা ওইনা কায়নবগী পন্দুপ অমা লাকপা য়াই হায়বা অসি থনবা ঙমথিবরা ? মৈতৈ পাথংশিংগী ঈহৌনা অহানবা ওইনা হুমদোকলুবরা অকেনবা উনা অত্থ অমুক হন্না পায়রকথি মফম অসিদা ! মুমিং অহুনা অরোয়বা ওইনা কায়নথিবগী মফমদি নত্তে হায়বা অসি মথক্তস্থু পনথ্রে। তাংকক কয়াবু মফম চাবা চাদবা চায়থোক্তুনা থমলীবা ঐগী মারী অসিনা অকোন অহানগী পরিং শীবদা থরদি চম্মনহনবা অমা পোবহল্লবস্থু শামজিনববু হৈরবদি করিগী ফজরোয়দগে ? মথল মথেল মুরবা কায়নবা থায়নবগী পরিং কয়াবু তোথায়না লৈজবা অসিনথুম মতাং চাবস্থু হেনগত্র —?

লৈস্থংলমগী অহানবা মীফম অত্থ ঐহাক য়াওরুই । হল্লকথি—অরোনবা অফোংবা ওইন ফনা কুইনা লৈবা তাথি । ঐগী ইমীৎ অসিমক্কা মহাক অঙাং ফাইবোক অনিগী মমা ওইবা অত্থ উথি। মপাং নায়রবা পুনসিদা ইচা অনিগী মরক্তা অনৌবা পুনসি অমা হৌগৎলম্মী । রীমীয়ান লালোইশিংদগী লাপথোক্তুনা লৈনিংলম্মী। অহুবু নোংমা অরোয়বা ওইনা কায়নবগী পুংফম অমস্থু লাকথি। মহুদদি মহাকপু থৈদোক্লবগী তানজা ফংখিদে। মথস্তা লৈহৌবনি — মথাদা মচা অনি ! ঐনা চৎথ্রিবৈঙগী চৈরক অহুদা মহাকপু চীংখোং অসিদগী কনানা পুথোকপীগ্রবা ......? নত্তে, মফম অসিদবু কদায়দগী রাবোননো ··? মহাকপু পৃথিবীগী মচি অমদা ঙসিস্থু হিংলীবরা নত্রগা শিগ্রবা হায়বগী চম্মনরবা মাহং অমনা মাবু কোয়না থীরিবনি —ঙসিমক উন্নবা ফংগনি হায়বগী থাজবা অসিবু কৈদনো ···? থাজবা পুন্নমক্কী আশা লোয়রবা তাংককনী । মারীগী অরোয়বা পরেংস্থু লাকলে। শেগায়রবা পুনসিগী কিরুক মস্থুংদা মহাক্কা লোৎলম্বা পুনসি কয়াগী মারী —থাংপোকশঙ অসিবু থাদোকলগা মহাক কদায়দা চৎপ্রবনো ......? চীংখোং অসিনা মহুগী পাউখুম পীবা ঙমগ্রি। তময়াগী চীংয়ানা ঙসি করিগী কপলীবা .........?

হুপীগী পুনশিদি ঙাক-শেনবীনবা হুপা অমদি অংংঙি। চহি নৌরিবী [illegible] মাবু মকম অমদা থৈদোকতুনা শন্থীরয়বগী মতম [illegible]বিবরা? শুঙ্গিংদা য়াম্না [illegible] অমা লৈরবরু মাবু থাদোককনদি তারম্বী। ঐগী [illegible] শিন্দুনা মাবু ঙাক-শেনবীরবা পোং [illegible] [illegible] তৌখিবরা ...? নীংশিংলী অরোয়বা মীকুপ অহুগী শরেং থরা —মচোয় মচোয়!

"সে থাং অসি লৌ —কায়নরমদায় অসিদা নঙোন্দা পীনি' ঙাক্ষ করিম্নু লৈতে; অর্থ থংলরবা ...!" ঐনা থাং পীরগা লোয়ননা হায়খি।

"ঐহু মৈতৈ চম্নুনি !" মহাক্না ইচং থৌনা খুলাখি।

মাগী পাউথুম অহু ঐহাক পেনখি। অহুবু ফাগী মতেক অমতংদি নোংশিনখি —"খোইবীগী মতৌ তমহুনা ঐঙোন্দদি লংলকহুহে ......!"

মতাং অহু ফাগীগী পুংফমদি নত্তে। মীংলুদা পীগী ইরা চেন্নবা মমীং অহুনা ঐঙোন্দা মুম্না য়েংলগা থাং অহু লৌহোই, খোম্বাং নিক্না হায়রকখি—"বী! নংগী খুংগু থাংলেন অসিগী মতেংনা মৈতৈ চম্নু অমগী ফিদম ঙাকপা ঙম্নবগী থৌনা অহু পীবীরম্মু!" মপুরোইববু মাগী ঈশ্বরমকনি হায়ত্তুনা খনজরবী মহাক্না ঐবু খোং শোক্না খুরুমখি।

"মপু ইবুংঙোনা খৌজানবীসনু ......!" ঐনা খৌনা পীরম্মী।

"বী ......!" খম্মোয় শোক্না ঐবু কৌহুনা লৈহৌখি। ঐ থংঙি —অনৌবা খোংথাংগী লাইমীং অমা লৌবগা লোয়ননা হিংবগী নীংতম্বা ফংনবগী খোম্লাউ অমা লাউবা হায়বা অসিমক য়াম্না খুদোংথৌনিংঙায়নী। কায়নবা থায়নবগী নাম্বোকপা য়াত্রবা পুংফম কয়াগী পন্দুপ মথং মথং লাকখিবনি। অরোয়বা অহিং অহুগী রাফম পুম্নমক নীংশিংলী। অহিং অথেংবদা সরকারগী লানমীনা চীংখোং অসি কোযশিন্দুনা ঐবু ফাখি। অহুমগুবা জেলগী পন্দুপ হৌখি। ইস্কাল জেলদা মতম থরা লৈরম্মী। মমৈশংদা মীয়মগী কৈশুমশংদা থৈদোকপীখি। অহুবু ঐগী করি ইরাল লৈশিবা? অমবু ঙইরবসু, মুমিং অহুনা কায়নবগী অনিম্মুবা পন্দুপনি। চহি কয়া মমাংগী মচু শংলবা মুমিং অহুগী বা নীংশিংলুরগা চিংনবা অমা নৌহৌনা লাকলী —নত্তে, মহাকপু থাং অহুগী মতেং লৌহুনা ...? অহুবু অঙাং অনি অহুনা মফম কদায়দা ...? চীংখোংদা শো লোন্দুনা লৈরিবা থাংপোকশঙ অসিনা করিগুম্বা পাখোং অমদি চন্দুনা থমলীবরা?

ঐগী খম্মোয় অসিনা মহাকপু পুনশি অসিমগী কাউথোকপা ঙমগনি হায়বসু থাজদে। কুমশিং কয়া, মীরোন কয়াগী মরক্তা রাজরবীনি, কপচহৌবীনি, —কুমশিং কয়াগী শককম ওলবা মায়খোংনা মকা লাম্না নোকচখিগনী হায়রা আশাবু চেংনা থাগোমহুনা লাইনিং পরে চেংনা' লৈহৌবনী। নীংশিংলী পরেং থরগু অরোয়বা মুমিংকী অরোয়বা পাউমেন—

"সী ! পুনসিগী ওইনা ঐ অমুক হল্লকখিদবনু কনানা থংবা —?" ঐনা মাবু অরোয়বা ওইনা য়েংলম্মী. "কায়নবা থায়নবা হায়বা অসি লালহৌবা লালহোৱীশিংগী পুনসিনদদি নাম্থোকপা য়াত্রবা থৌদাংনী — থোয়না মিংবা কায়বদি তৌরুগনু, পুক্লিং থৌগৎলু, থম্মোয় শোম্থগনু। নংগী মীৎলুগী পীরাং অহুনা 'রোকু-রোমু' অঙাং অনিবুদি নীংথীনা মথৌ শংহৌরসনু। করে ঐ চৎলে —।"

"কোকু-রোমুগী অনৌবা মীরোন অমনা নথোয়গী থোঙ্গুল লীরক্কবগী থৌদাং অহু লৌহৌবা ঙমবগী থৌনা অহু পীবীরম্মু —।" ঐবু চিংনা য়েংহৌথি—"বী ! নহাক শোয়দনা হল্লকখোকো —— ! অমুক উম্মথিসিকো ——!"

পৃথিবী ! মীনম সোরীবনা পীক থল্লবা পৃথিবী ! নংগী থরো থরো ওন্থখিবা থোংচৎনা মহাকপু কদায়দা থম্বীগ্রবা ! অমুক্তা ওনথৎপীরকখো নহাকী ওন্থগ্রবা থোংচৎ। পুনসিগী অরোয়বা ওইনা মহাকপু অমুক্তংদি উন্নবা ফংহনবীয়ু ! মুংঙায়বগী পীরাংনা থুমহৎলবা মাগী মায়থোং অহু কুমশিং কয়াগী মতুংদা অমুক্তং য়েংজরগা পেনজরগেনে মায়থীবগী অরোয়বা পন্দুপ ! ঐহাক লাকপগী হরাও মথোয় কারবা চিনবাল অহুগী মীনোক অহু ঙসিদি কদায় .... ?

মহাক হিংলমখিনি থন্দুনা হল্লকপা থোংচৎ অসিনা করিগী নীংবা কায়রোয়দগে ? ঙমিৎ অহু ঐহাক য়াম্না হরাউরম্মী মতম কুইনা লাপথোক্লরবা থম্মোয় অনি উম্মরগনি হায়বগী রাথল অমনা মী'হুন অসি তিং তিং হেক চোংবমথৈ থুনজিন্দগী মমীং কোর কোরহুনা চীংথোং তম্নকখি থংনবা মীকুপ্তা তু চুংথি ! লুতোন শাৎনা থাই লাওথি ! থোং তলান্দুনা লৈরমলবা চীংথোংগী থাংপোকশঙ অসি হেক উরুবদা থম্মোয় অসি শেগাক কায়খি। থীংগৎতুনা মলুরবা মীৎলুগী পীরাংনা ইচেল নায়হুনা চেম্থরকখি ! কোয়চে চেন্দুনা অঙাওবগী মতৌগুম্না থুনজাশিংদা মাগী মপাউ হংথি, কনাম্নু পাউথুম পীবা ঙমথিদে, চীংথোংদা লৈরম্বা মুপী অহু কমদৌনা মাঙথিবনো হায়বগী চম্মন-রবা থাহংনা মতম অম্মুক কুইবা অসি পী শিন্থবতনা ইশরুক ওইরিবনি। চীংদোন্দা চেনথৎতুনা মাগী নীংশিং উপাল মথোং অসিদা লেপ্তুনা মায়কৈ মরিদা কোইয়েং য়েংহুনা কৌথি, মাগী তোল্লবা অমদি খোয়থুম্নরবা মমীং ——! তিংশোক্তুনা কৌথিবা থোনজেল অহুনা চীংয়া তময়াদা খোন্থাং য়ৈথি—"সী ..! সীনি —! মুসীনি —!"

মুসীনি কনানো ? নৌনা মশক তাকলুফম করি লৈরিবা ? মী অয়াম্বনা মাবু 'সীনি' হায়রগা থঙনৈ। ঐনা মুংশিজবদগী 'সী' হায়হুনা অমুক তেনশিন্নবীরি। "বীরো সীনি" নত্রগা "বীনি—সীনি" হায়রগা থংনবা ইবানীগী মীংম্নু হেন্দোকনা জুরা চাবনি। মুংশিবগী জুরা ওইহনা শক্লম লাংলীবা চীংথোং পুনসিগী ৱারী অসিগী নায়ক, নায়িকা ওইনদি বীনি-সীনিনী জুরা হায়হুনা ৱারী তৌনৈ। ঐগী উপন্যাস —হিংলীবা পুনসি অসিমকী ৱারীনি —ঐনা হিরো কুমত্রবদি কনাবু অমুক নেকলুফম নৈ ...?

ঐগী মপুংফাবা ইমাং বীরমনি কৌই। মরুপ মপাংনা বীরো হায়দুনা কৌরিখিবনি। মহুনা পাক শন্না খংনবস্থু ঙম্মী। অহৌবগা অয়োয়বা মরেক্তা ভায়শিন্নরগা "বীনি" কৌবস্থু ঙ্গাওই। খোয়দোঙ্গা সীনিগী মফমদদি ঐহাকপু বীনি হায়রগা খঙৈ। মহাক্না অমুক মুংশিজবদগী "বী" হায়দুনা কৌজখিবনি।

আহ! ইবেম্মা! নোকমী নোকমীরবা নংগী চিনবালনা ঙসিস্থু অমুক্তং মুংশিনা কৌরখো—"বী' ...!" নংগী খোয়থুম্নরবা মীংগী অহুতং তাজরগা পেনজরগেনে খোংলবা ইথম্মোয়! পুনসি পৃথিবীগী খোংচৎতা খরো খরো ওম্মুদুনা লাকলবস্থু কাউঙমজ্রবা নংগী মুংশি মীংলেনবু থম্মোয় শোক্না ঙসিস্থু কৌদুনা তেংখারী—"সী ..! সীনি! মুসীনি ...!"

ঐগী চীংখোংগী পুনসিদা লুহোংখিবা মুপী অদু নখোয়না মতম কুইনা চিংনদুনা লাকলীবা নৌবী নত্তে, সোরো নত্তে। সহরগী পুনসিদগী শকখংন্দুনা লোয়ন-ম্নকলবী মুসীনি অসিনি! খোয়দোক্না নৌবীবুদি ঐগী লোয়নবী ওইবা য়াবগী ঙ্গাকম অসিবু কৈদনো? "লৈবাক্কী মপী নপা অমা ওইদুনা নত্রগা ওজা অমগী খোদাংগা চাংদম্নবা য়ারবা মওংদা লৈশেম লৈঙাক্কী থবক তৌরিবা মীওইশিংনা মশাগী ওইজবা থীবগী মহুৎতা খাদোকপা, কংখোকপা অমদি মুংশিবগী লময়োরবা পুকচেলগী মীৎ-য়েংনা লৈবাক মীয়ামগী অমদি তুংগী মীরোনগী য়াইফহৌনবা মুক্ষম অমা থোনবীরমদুনা মশক নায়বা মওংদা শেমদুনা থমলম্নবগী অচৌবা থোদাং অমা লৌফম খোকপ্রা ..? মরম অদুনা নৌবীবু ঐগী চাম্নবীগী শকলোন লৌবদি কদায়দগী য়ারুগবা ?" নত্তে, লৌবীনা ঐগী পুনসিদা, ঐগী ঙ্গারীদা করম্বা শকলোন অমা লৌদুনা লোৎশীবনো হায়বগী পাখোং অদুমদি ঙ্গাখল লৈবা ভাবোকশিংগী মফমদা থমজরগে। লোয়ননা সোরো কনানো হায়বগী চম্মনরবা ঙ্গাহং অদুমস্থু নখোয়না খুন্নীগদ্রা?

ইমাগা ইমা লৈবাক্তা থাদোক্নবা য়াদবা মরী অমা লৈনবগুম সোরোগা নৌবীগস্থু থাদোক্নবা য়াগদবা অসিবু কৈদনো? মুপী অমদা লৈরিবা মমা অমগী শকলোন অদুগী কিম্ব্রবা যুক্ষম অদুদা সোরোবু কনা ওইনা উখিবনো হায়বগী চনৈনরবা ঙ্গাহং অদুমস্থু নখোয়না কমদৌনা খুন্নীগনি?

সহরদা লমদম তাম্না লৈহৌরবা ঐগী মুসীনিগী মুংশিবা অমা পুদুনা লাকখিবা থম্মোয় অসিনা ঙ্গাখলনা শাগৎপা ঙ্গারী অমবু নাকোয়ন্দুনা চয়েৎনহল্লগা সোরোবু লুহোংবগী ঙ্গারী অমা লোৎশিন্দুনা থমলগা নখোয়গী কোক ঙাওহনবনি হায়দুনা খনবীগদ্রা? ঐগী চীংখোংগী পুনসিদা লৈরম্বা মুপী অদু নখোয়না মুসীনি নত্তে হায়দুনা মরৈ য়েৎপীনবগী ঙ্গায়েৎ লয়েং অমা পুখোকপা ঙম্নীগদ্রা? সোরোগী মমীংবু "সী" হায়বা অসি খোনজিনবীরগা কাগী হৈবগী লীলা শাম্নবনি হায়বীগদ্রা? অমবু ওইরবস্থু, ঐহাক লৈবা মফমদা মুসীনি লৈগনি, মুসীনি লৈবা মফমদা ঐহাক লৈগনি। "বীনি-সীনি" লৈখিবা য়াই অদুবু "বীরো-সীনি"গী জুরাদি থক থাদোক্নবা য়ুব্রবনি!

বীরোগী সীনিবু মশক থংঙ্ৱবা কনাগুম্বনা. মহাক্পু থেংনরবদি কৈদৌঙৈদসু মাঙহনবা তৌদনা থমলমগনি। বীরোনা ফংখিবা স্নুসীনিবু স্নুংশিমগী মঙাল অদুগী তুংনফম ওইরবা মীওইশিংনা নাইতোম তারবা স্নুপীগী অচেংবদা খুদোংচাবা লৌবগী মচুংতা খুদোংথীবা মায়য়োক্নহনা মথরায় থাবগা লোয়নননা স্নুপীগী ইজৎ ভাকপীরোয়দবা অসিবু কৈদনো? অস্নুম অস্নুম ঙকপগী থাক য়ৌরকলবরা ঐগী পাথোং —? অতৈ ইরাইবু লাইরি —কুমশিং কয়া চীংদোনদা ফমহনা "ঐনা" রাহৌরগা মীৎলু পীরাংগী রারী লীহনা "বীরো"গী মীংফম লৌরিবা মৈতৈ পাথং অমগী শকলোন অসিনা করি পাথোং চল্লিবনো —? ঐগী মথোংহুকত্ত্ররবা রারী অসিবু নংথোয়না "সীম্বোলীক নোভেল" অগনি হায়হনা মশক তাকপীগদৌরীবরা ...?

নৌবীগী নোংপোক খুলেন্দা "বীনি-সীনি" নত্ত্রগা "বীরো-সোরো"গী জুরানা অনৌবা য়াওন অমা পুরকপা ঙমলবদি অফবা মমা মপাগী অফবা মচা মস্নুগী মীরোননা সোবারেনগী কৈরক্কা করিগী কাথৎপা ঙমলোয়দগে ···? অফবা মমা ওইরকপা য়াবা অথোইবী স্নুপী অমা শীবা ফংত্ত্রবদি মপাং নায়রবা পুনসিদা চংদবনা ফরোয়ত্ত্র? ইচা ইস্নুগী অফবা মীরোন অমা শেম্বা ঙমলোয়দবগী মমী অমা মাংজোননা উথোকপা ঙমলবদি য়ুম্বাল পুনসি চংদবনা ফরোয়দ্র? হকচাং থয়াৎ তিন্নবত্তনা য়ুম্বালবগী পান্দমনি হায়বা অসি, 'বীরো"গীপুনসিগী অর্থ নত্তে। অযবা স্নুপী অমদি ঐহাক থেংনখি — ঙসিবু মাবু কাউঙমত্ত্রিবনি!

স্নুসীনিদি অথোইবী মৈতৈ চস্নুনি! চস্নুরা লীশিংগী মরক্তা তোমথীন থোকপা শক্তিক থাবানি। শুমহৎপা গুন কয়াগী রাসিনা লৈতেংলবা শকফম্না মপুং ওইরবী স্নুপী অমা ওইবগা লোয়নননা লমচৎ লময়োবীনি, য়ুম্বাল হৈবীনি। মতম অসিগী লাইরিক হৈরবী চস্নুরা অমা ওইরবস্নু চস্নদা লম্বা লৈত্ত্রবীনি। নোংপোক খুলেনগী য়ুমথোং খুদিংনা অমদি হোগৎলকলীবা নৌবীগী মীরোননা মথোয়গী মরক্তা অয়ুক্কী নোংহোগুম মালেমদা নোঙ্‌মহনা সলাইলেনগী মতিক থৌনা শকলম্বী মহাক্কী মমী তাহৌরবা ফিদমগী কৈরাক্তা কাথৎপা হৌরকলীরবা? মরম অহনি ঐনা মাবু অমুক শাথীনা কাউঙমত্ত্রিবা! শকলোন অহুমগী শকলোন পুবীনি —নোংমা মহাক্তা লৈশারিঙৈদা মথংলেনবু স্নুংশিবগী লময়োরবা লমচৎ অমদি মায়থোং অহুনা মৌগী শিংদা চনখিবা স্নুমিংতা মপুরোইবা নীংবী অমা ওইরকখি। নোংমদি অফবা মমা অমা ওইরকনি হায়-বগী থাজবা অমস্নু উবম্মী। রোকু-রোম্নুবু মথাদা চেজেৎ কোন্দুনা মথংলেনগী মৈচাক থংজহৌবী অংনা মমৈথংদদি অফবা মবেমবোক অমা ওইহনা মস্নুগী অফবা মীরোন অমা শেম্বদা অচৌবা থৌদাং অমা লৌরকখিগনি হায়হনা থাজখিবনি। অহুগুম্বী 'চস্নুরা অদু লৈত্ত্রবা মফমদদি অফবা মীরোন অমা [illegible]খিগনি হায়বা অসিবু থাজফম লৈরিবরা? সহরগী চীংমৈরোংদা চিঙ্কা লৈজরম্বী 'স্নুসীনিবু কখিস্নুংগী পুবিরকখিবা?

মহাক য়াওজবা পুনসিগী অরোয়বা পন্দুপ, থম্মোয়গী শৈশকপা থুপচিনবা হৌরকলে ঙসি অহিংগী ফিজং ! খোকলবা খোংহাংনা ঐগী চিলম্ব লেংবা তারিবনা —

"ঙসিগী হুমিৎতি তারে'—পুনসিগী হুমিৎনা ভায়রী
ঙসিগী অহিংদি ওইরে —পুনসিগী অহিংনা থামলী
হয়েংগী অমুক্তা নোকলী —কোরৌগী মশেঙ্কা ঙায়রী
আশাগী মৈঙালনা হিংলী —নোংলৈ মুংশিৎকী রারীনি !"

মমা ওইবীনা মচাবু মথাদা অমদি মতম্পাক্তা পমহনা থমনৈ —মুংশিনা অমদি পামুনা ! মত্তৌ অদুনা মমা শকলবী নৌবীগী নোংপোক খুলেনগী চীংখোং চীংয়াগী তময়া অসিনা মাবু কোনশিন্দুনা থমহৌবনি —নাউশুমগী মশক ওইরবা খাংপোকশঙ অসিনা নাউশুম ঈশৈ শকহৌবনি । মহাকপু অদুক লুনা কোনবীহৌবা চীংখোং চীংয়া অসিনা হুসীনিবু কদায়দা করিগী থাদোকপীগ্রবা ...? কায়নবগী অহুমশুবা পন্দুপ অমনা ঐগী সীনিবু পুনসিগী উন্নবা ফংদবগা লোয়ননা চীংখোংগী চমলবা রারীগী অরোয়বা তাংকক ওইরবা য়াই হায়বা অসি হুমিৎ অদুদা থনবা ঙমখিবরা ......?

পুনসিগী অরোয়বা ওইনা কায়নখিবগী অরোয়রা নোংলৈ মুংশি কী মচু শংলবা হুমিৎ অদু করিগী কাউরুগনি ? মতাং চানা হুমিৎ অদুগী রাফম থরদং শম্পৎনা পীহৌবনা চুমলীবরা ? কুমশীং ১৯৬৮-৬৯ লোম্নবা মতমগী ইতিহাস অদু মরিক চুন্না ইনীংবনী । অদুবু ইতিহাসকার অমদি ওইরুদবনিনা শম্পৎনা থরদংদি হায়হৌবা তাবনি । লম লমগী মশক নায়বা, মমীং চৎপা অমদি মীয়ামগী থবক্তা তোমথীন ওইবা কয়াবু লমহেনবীনি, কাহেনবনি অমদি লালহৌবনি হায়জিনবীদুনা পাথং ২০০/৩০০ বু পংফাদা ফাজিনদুনা কৈশুমশংদা অরাবা খাংহনখি হায়বা অসি ঙসিগী মীরোননা কাউ-নরবসু কৈশুমশংগী লাইরেম্বীনা সাখিনী ! পাথং ৬০/৭০বুনা ত্রিপুরা জেলদা থৈদোক-পীখি । মরক অদুদা ঐহাক য়াওখি । মুংশিরবা চীংলৈবাক অসি থাদোকতুনা চৎ-লমদায়গী অরোয়বা পুংফম অদুদা সীনিগা অরোয়বা ওইনা ঙম্নবদি ফংহৌই মহুগী মতুংদদি ঙসিফাওবা উন্নদ্রবনি । কায়নরমদায়গী অরোয়বা চীঙ্গোয় পাউমেমখিবা পরেং অদু ঙসি করিগী কাউরুগনি ·····?

"সী ! ঙসিদি ঐহাক অমুক মীরৈবাক্কী জেলদা চৎপা তারে —নংবু অমুক্তং উন্নজগে হায়জবদগী মফম অসিদা লাকপনি ।"

"মীরৈবাক্কী জেলদা অমুক ?" মাগী থম্মোয় কায়খিবশুম তৌথিমাল্লে নিংডি । থম্মোয় মুংহিক্লা শমথরখি —"চহি কয়াগী মীয়াৎ তারবগে ?"

"পুনসিগী ওইনা নংগা উন্নবা ফংদবসু য়ারি ··!"

মাগী মীংলু অনি অদু পীনা ইরা চেল্লম্মী । ঐবু মুক্লা য়েংলকখি —"বী ! ঐনা নংবু ঙাল্লদুনা লৈরমগনি —করিগুম্বা ঙায়বা ঙমখিদবা খোকলবসু শরুক্তা ঙয়রবা ঐগী পুনসিগী মুর্তিনা নীংশিং থুদম ওইনা থমলমগনি ; নংগা উন্নবা ফংহৌদনা কেমলবা ঐগী পুনসি মুর্তিবু মৈথাহনা মাংহনবাক্তি তৌদনা ঙায়রমখিগনি —অদুবু কনানা থংবা ...?"

"ঐদি অঙাওবা মাঙংদা পায়বা উমানি, কমানা খংবা মতুংদা অমুক উন্নবা কাওদিবসু য়ারি। নংগী মুত্তিদুদি খঙ্গোয়দা য়েকশিন্দুনা পুরকনি ......।" ঐগী খোন হিকলম্মী।

মতম কুইনা ৱারী শাবগী খুদোংচাবা ফংখিদে। চৌংখোং চীংয়া অমদি য়ুমগী অকোয়বদা খুৎলায় পায়বা সিপাহি কয়া লোয়নদুনা লাকখিবনি। লাণ্ডুরা পাখং কয়া অমসু গারীদা তোংদুনা কাংনরমদায়গী তাংকক অদু য়েংদুনা ঐগী অৱাবদা শরুক য়াবিখিবরা? নাঙ্গোম্ভনা চেন্নবগী পাম্বৈদি লৈখিবরা? লালহৌবগী লাইমীং লৌরবা পুনসিনা করিম্নুংগী মপাং নায়বা পুনসিদা খোং থাংজিল্লু রিবনো হায়বগী অমুত্তাপ অমা তৌজবা তাখিবরা? পাখং কয়াবু ফাগৎলকপা মরক অদুদা ইত্তোপ তোপ্পা পান্দম অমগী মথাদা লোন্না খুপ্পা লৈজরম্বা রীমীয়ান লালোই পাখংবু কমদৌনা য়াওরকখিবনো হায়বা অত্তুমকসু অঙকপনি। লালহৌবা কয়াগী তোঙান তোঙানবা মীংফমদা খুৎ কয়া মরুম লৈরম্মী অদুবু রীমীয়ান লালোইদি মতম অদুগী ইতিহাসনা মমীং পাম্নখিদ্রবসু থুঙ্গং তরেৎতা পাখং ৭না হিংবগী নীংতম্বা ফংনবগী লরাইনা অহানবা পান্দম ওইদুনা লৌবুক লমহাংদা থবক পায়খৎখি হায়বা অসিমদি নোংপোক খুলেনগী চৌংদোম্দা মীৎলু পীরাংগী ৱারী লীরিবা বীরোনা সাখিরা ..? খোংচৎ অদুদা ঐগী মরুপ অতৈদি য়াওখিদবগুম তৌখিবরা? ঐবুদি অদুম ফাবা তাবনি। ছাত্র ওইরিঙৈদগী মনম লৈরকপনি। সরকারগী অফিসার ফুরুবদগী থবক তোকখিবনি, অহানবা ওইনা জেল চংখিবনি। মতুদগী ইদিটর ওইদুনা কলমগী খুৎলায় পায়দুনা থবক পায়খৎলম্ব অমদি নহারোলগী ওরগেনায়জেন কয়া শেমগৎলম্বগী রীপোর্ট কয়াবু থমলমলগা খুঙ্গংদা লোৎপা লাকখিবনি। মরম অদুনা লাং থাকচিন্দুনা ফাবদা করিগী মরম চারোয়দগে? তোঙান তোঙানবা খুৎকয়াগী অনৌবা পাখং কয়াগা লোয়নদুনা চৎপা তাখি। চৎলম দায়গী ৱারোই পাউমেন্নখিবা মীকুপ অদু নখোয়না উরম্বা থোকলবদি সৌনিগী অৱাবদা শরুক য়াবীগদ্রা ...?

"সী! মফম অসিদা নহাক নতোমতা লৈহৌবা হায়বা অসি অফবা নঙ্গে অদুনা ঙসিমক ইমাতোনগী মনাক্তা চৎনবা তৌ।" ঐনা মীপায়জনা পাউমেনখি।

"নংগী ইমাতোনগী মনাক্তদি ঐহাক অমুক হন্না চৎলরোয়।" চৎনিংদবগী মতৌ উৎতুনা হায়রকপা ৱাহৈনী।"

"অদুদি মফম অসিদা অসুম? নঙ্গে, সী! নহাক নতোমতা লৈহৌববু ঙমগদ্র?" ঐনা মাবু চিংনা য়েংখি।

"ঐসু মৈত্তৈ চন্নুনি—রীমীয়ান লালোই অমগী মুপীনি!" রোবী-কেমীগী মচলনি। মাঙেম লৈমগী মতম্পাক অসিদা হিংহৌবা ঙম্নবগী থৌনা পীবীরম্মু।" মহাক্তা থৌনা লৈনা খুমখি।

মাগী য়াহৈ অদুনা ঐগী শোন্থরুরবা খম্মোয়দা আশাগী অনৌবা ইনোং অমা লাকখি। মহাক্না হায়বা অদু য়ানিংখি। সৌনিগী মথৌনা মরিংজেল ঐ খংজি। ঐহাক চংথ্রবগী মাবু ভাক-শেনবীহৌনবা মীদি অরাৎপা নৈরোয়। ঐ শিখিবা য়াই অদুবু রীমীয়ানগী পাখংশিংনা 'সৌনি'বুদি মাঙহনবা তৌরোয় হায়বা অসি ঐগী অচেৎপা থাজবনি। অদুবু ওসিদি ঐহাক চিংনরকলে—রীমীয়ানগী পাখংশিং অদু থেংনজিং-ঙৈদা মাবু মীতমথীগী নৈকংলানা য়োৎথ্রবরা ...?

"বীরো! লেংনবা তৌরসি!" ঐগা লোয়নদুনা লাকলীবা অমদি পাখং কয়াবু থীনবগী থৌদাং লৌরিবা পুলিস অফিসার অদুনা হায়রকখি।

"কনি, চৎলসি।" ঐনা থুমখি।

ঐহাক চৎপা হৌরক্নী। ইমুংদা অমুক্তং চংদুনা তুমলীবা ইচা অনি অদু মরাইবক্তা অরোয়বা ওইনা চুপনিংলম্বনি. মতম ফংখিদে। সৌনিবু তুং-কন্না হন্না য়েংদুনা চৎপা তাখি। হেক খংনবা মীকুপ্তা গারা তাংখৎপা তাখি—"সা: বীদায়! মীৎলু পীরাংগী বীদায় ...!"

চীংখোংগী লমজিন ফাওবা মহাক চেম্থোরকখি—ঙাওবীগী মতৌগুম। ঐগী ইশক হেক উরিমথৈ য়েংহৌবনি ঐগী ইশক উখিদ্রবা মতম অদুদা চীংদোন্দা তনচেন চেনখৎলদুনা খুনিং কাংলগা খুবাক শাইথন তাদুনা চিংনা য়েংহৌবগুম তৌখিবা মুর্তি অদু মমী শামী ওইনা উবা ফংখিবরা? চীংদোন্দা লেপহৌবা মুর্তি অদু নখোয়না কনানি হায়দুনা থনবিরিবা ?

অরোয়বা ওইনা য়াহৈ পরেং অমতংদি তান্না তাবা ফংখি। মাগী পীরোইনরবা খম্মোয়গী য়াবা অদুনা চিক্লবা চীংগোলদা খোন্থাং য়ৈদুনা নৈহৌখি—"বী! অমুক উন্নখিসিকো ! ঐনা নংবু ঙায়দুনা নৈরমখিগনি—!"

নোংমা নত্রগা নোংমদি ঐহাক শোয়দনা হল্লক্লনা মাগী মতম্পাক্তা পুনসিগী য়াহিকম ওইরখিগনি হায়বগী অচেৎপা অমবু থাগোম্নদুনা ঙায়জহৌবী মহাকপু মায়কৈ কদোমদা অমুক করম্বা নোংলৈ সুংশিৎনা হুমদুনা পুবীথ্রবা ...? মাগী মকশিল্লবা নায়খোংবু নোকহনগনি হায়বগী চোংথোরকপা পাখং কয়াবু মকম খংহৌদবা নোংলৈ সুংশিৎনা হুমদোকপীখিবা অদুগী অহানবা তাংকক—সোরারেনগী মচা মুপীনা অরাং চীংদোন্দা থুৎলাম ঙোয়না কৌহৌবা মীরাউখোল—তুমদুনা নৈহৌবা চীংখোংগী খোমদোন মৈরোবীনা তাবা ফংখিবরা? চীংদোন অসিদা 'মহাক' মথন্তা লেপ্লুনা খম্মোয় সুংহিক্লা তেংথাহৌবনি। নীংশিংলী য়াকায়রোনগী পরেং থরা—

"মৈথৌ নহা য়াকায়রো
মৈগী মৈরম থীরকউ
মৈতৈ পাখং হিংগৎলো
মৈতৈ চনু হিংগৎলো ......!"

চহি কুইনা তুমলুরবা মৈগী চীং পোকথায়বগী য়ক লাওরবা থাক অদু য়োৌবা ওমখি-ত্রবদু মৈতৈ পাখং হিংগৎলকপগী পুংক্রম অমদি লাকখিবরা ? মৈথু কাবা হৌরকখিবা মতম অদুগী অভিয়াদা পেন্দবগী মৈ খরদি ওমশিন্দুনা লৈরোয়দবগী মরম অসিবু কৈদনো ? লমদম অসিগী লৈহাউদা পোকপা, লমদম অসিগী লৈহাউবু সুংশিজবা, মীয়ামগী থাক মান্নবা পুনসি অমসুং হিংবগী নীংতম্বা পামজবগী রাখলনা লাইমীং ওইজরবা নহা কয়া, লাইবিক হৈরুরগা খৌরেম ওইরবা তুংগী মুন্নীরেল অথোয়বা কয়াবু মকম অমসুং মতমগী নোংলৈ সুংশিংনা ঙাওচৎনহনখি। মতম অমগী সনালৈবাক্লা মপুং ফাবা রাজ্য অমা ওইগ্রিভৈগী রারী — রাজনীতিগী অকনবা চৈথেংনা তুহৎপীরবা মী কাংলুপ অসিনা অতৈ রাজ্যদগী হন্থবা থক্কা লৈবা অদু রাখল খনবা নহারোলদা শাথীনা চৈনাখোল অমা পীখি। অসুম্না চিকলবা চীংলৈবাক অসিদা নহারোলগী ঈহৌ অমা লাকপা হৌরকখিবরা ··? ইতিহাস অদুগী লামায় —খোংথাং অমসুং খোংচৎ শোয়রবা মৈরী —মায়থীবা অমসুং নীংবা কায়বগী চাউরবা ইতিহাসনী। ঐ ইতোমতগী নত্তে; পুন্নমক্কিনি। মায়থীবগী মরমদুদি হেন্দোক্লা কয়া লৈ। লৈথিসনু। তোঙানবা পন্দুপতা লীবা হায়বদুনী।

অসুম্না কিন্থরবা পুনসিগী টারগেট মরুমদা ইশক লোৎতুনা লৈনিংবা কুইরবনি। মায়থীবা অমসুং নীংবা কায়বনা মরেপ থুমহৎলবা পুনসিনা লমদম অসিগী লৈহাউদা মুর্তি অমা ওইনা লেপ্লুনা লৈনিংলুবগী মীহৌবা অদু লৈখিদবা কুইরে। নোংলৈ সুংশিংকী অতেক অকায মরক অসিদা ঐনা মাবু থীবা লাকলীবনি। নোংমা, লৈপুং-মচা অমতং খোগংচনিংলম্বা মৈতৈ পাখং অমগী তায়োম্নখিবা রারী —নীংশিং থুদমগী অতেক অকায়না মরেপ থুমহৎখিবা পুনসিগী অহিং —কুমশিং কয়াগী লেমহৌবা নীংশিং থুদমগী চিকলবা চীংয়া তময়ানা কপলী। মীৎলুপীরাংগী অরোয়বা পরেং য়োৌরবা পুনসিগী অরোয়বা সুমিংনা রাহং অমদি হংতুনতা লৈরি —"নোংলৈ সুংশিংনা হুমদোকপীথ্রবা সোরারেনগী মচা সুপী —নৌহৌনা খোঙ্গুল লীববু ফংখিগদ্রা -- ?" মহাক্লা লৈরবগী খোঙ্গুলদি লৈহৌরি চীংখোং অসিগী তময়াদা। সুমিং কয়ানি লেপ্লম্বগী থুদম ফংলী। অদুবৈগী নোকলম্বা মায়খোং—খাংপোকশঙ অসিনা উহৌবনি, চীংশাং অসিনা কপলী। খৌগংলবা খম্মোয় অসিগী শৈশকপনা লোম্না থুপ্পা, হিক্লা তেংশারী, অরোয়বা পরেংগী ঈশৈ —

"পুনসিনা মোংফমবু য়েংলী
মোংফমগী মৈথুনা কৌরী
খম্মোয়না খরায়বু থামলী
হকচাংবু খোংথাংনা ফারী
পুনসিগী লৈমায়না থামলী।"

নীংশিংবগী লেমহৌবা চীংয়া তময়াগী ইহিং নাহিং শারবা তম্পাক অসিদা মৌগী শিংদা চন্দুনা মথংলেনবু ভাইজহৌবী, মচা মশুবু মাউকোন্দুনা মাউশুম ঈশৈ শকতুনা লৈহৌরবী চহুরা অহু অমুক হন্না উবা ফংথিনী হায়বগী থাজবা অমা ঐগী থম্মোয়দ অসিদা লৈরিবরা ? মাগী শরুতা ভায়রবা পুনসিগী মূর্তিমা ঐবু মফম কৈদা ভায়রমখিগনি ........?

চীংথোংগী পুনসিদা শেমগৎখিবা বীনি-সীনি নত্রগা বীরো-সীনিগী অনৌবা মীরোন —ভসিদি কৈদনো মমাগী মথাদা কোন্দুনা লৈহৌবা ইচা অনী ...? লৈকং-লাগী অচ কপা মৈরক্সা মরুদ্যানগী মশক ওইববা অমদি অকবা মী লৈবা য়াদবা লৈমায় অসিগী লৈহাউনা নাইতোম তাহৌরবী সনাগী খম্বাল অহু লৈনা চোয়না শেৎতৎপীরগা নৌমিবা অভাং অসিবুসু পুময়োং য়োৎতুনা মাঙহনবীগ্রবরা ? তাহ ! মসিন্না লৈবাক নীংবা মুপা অমগী অরোয়বা পরেং ? করি মহৈনো লাংলোই অমনা ফংলীবা পন্থুং-কম ? অমবু ওইরবসু, মাগী মশাবীনা খম্মোয়দা ফাওরিবা অংদি ৎসি চাকলীবা মৈরী অসিনা অথুবা মীৎয়েংদগী পাকথোক্লুনা ঈ-মা লমন খুম্বগী মহুৎতা সুংশিবনা লমন খুম্বগী পুকচেল অহু য়েম্থোকচবা নত্তন ঐদি খোনা লৈজদে, অংবু য়াম্না তমথীরবা মশিঙ্গা অমদি মৈ-মুদুনা খমলীবনি —মদুনা অকবা মায়কৈদা অমদি লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবগী লানফমদা মওং চুন্না বলিদান তৌবা ভমলবদিনমোংফমগী ইতিহাসনা করিগী লৈহাউ চমলুগনী ? ঐগী চান্নবীবু অমদি ইচা সুংশিবগী চাকলীবা মৈরীনা ইশাগীতা ওইবা য়েক্লবগী মায়কৈদা লমন খুমলুরগা জেলগী চেকপন মনুংদা লোয়শিন-থিবা পুনসিগী মোংফম —হিংবগী মপুং ফাবা পুনসিনী হাযসিরা ? কনানসু মাঙহনবা ভমলরোয়দবা ঐগী সুসীনিগী অকোয়বদা মাগী মশাবী থারগা মৈতৈ পাথং ৭ লৈ হায়বা অসিমদি করিগী কাউবীফম থোকলীবা ? নৌবীগী মোংপোক খুলেনদা সোরোগী সুংশিবগী মুক্ফমদা শাগৎখিবা সীনিগী সুংশিববু মশক থংগ্রবা পাথংশিং অহনা নোংমদি সোরারেনগী মচা শুপীবু থীবা ফংথিনী হায়বা অসিবু ঐগী (বীরো) থম্মোয়না থাজবা লৈরিবরা......... ?

∴ তময়াগী চীংয়ানা কপলী !
অহিংনা নোংভানবা ভায়রী ...!



"If God hath made this world so fair,
Were sin and death abound.
How beautiful, beyond compare,
Will paradise be found."

—James Montgomery